# উত্তররামচরিতম্

(মণিপুরী অনুবাদ)



শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা

ছন্দোকচবা :

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্ম্মা
কাব্যব্যাকরণস্মৃতিতীর্থ

ফংকম
ও: কে: ষ্টোর
পাওনা রোড, ইম্ফাল।

---

      মমল রুপা ৪·০০

থোক্লবা—

[illegible] কে: ঠোর

[illegible]স্তক বোর্ড, মণিপুর



অহানবা সংস্করণ, ১৯৭২ নবেম্বর

কোপী মশীং ৫০০

নম্ফম ঃ—

বীণা প্রিণ্টিং ৱার্কস

[illegible] কৈশামথং রোড, ইম্ফাল

# বাহৈদোক

উত্তররামচরিত হায়বা নাটক অসি সংস্কৃত ভাষাদা ইরবা করুণ-রসগী নাটক অমনি। মসিবু ইরম্বা পণ্ডিতনা ভবভূতি কৌই। মহাক উদুম্বর হায়বা ব্রাহ্মণ পরিবারদা পোকপনি। মহাকী লৈফম বিদর্ভ লৈবাক্কী পদ্মপুর হায়বা মফম অমনি। মফম অসিদা মহাকবি ভট্টগোপাল কৌবা বাজপেয়যজ্ঞ কংখিবা কাশ্যপ গোত্র চৎপ ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মি। মাগী মচানুপা নীলকণ্ঠনা জাতুকর্ণী কৌবী ভার্য্যাদা ভবভূতিবু পোকখিবনি। মহাক অসি ভট্টগোপালগী মশুনুপানি, অমসুং ব্যাকরণ, কাব্য অমসুং ন্যায় শাস্ত্রবু মুন্না খঙবা পণ্ডিতনি। "শ্রেষ্ঠঃ পরমহংসানাং মহর্ষীণামিবাঙ্গিরাঃ। যথার্থনামা ভগবান্ যস্য জ্ঞাননিধির্গুরুঃ" হায়বা মহাবীরচরিতকী প্রস্তাবনা শ্লোকনা মরম ওইদুনা ভবভূতি, জ্ঞাননিধিগী শিষ্যনি হায়রি। কনাগুম্বশিংনা ভট্ট কুমারিলগী শিষ্যনি হায়রি। "শ্রীকণ্ঠ" হায়বা বাহৈ অসি মহাকী উপাধিনি। শ্রীঃকণ্ঠে যস্যসঃ হায়বা বহুব্রীহি সমাসগী বাক্যগী মতুং ইন্না মখো-ঙদা সরস্বতী ফম্বা হায়বা মিংথোল অসি ফংখিবা কবিনি।

মহাক্কী অসাধারণ ওইবা (তোপ তোপ্প) বুদ্ধি, বিদ্যা, ব্রাহ্মণগী লমচৎ কবিত্ব শক্তি মচিংবা সদ্‌ গুণশিংনা মরম ওইদুনা মাগী ফজবা মিংচৎ অসি মায়কৈ শুনা শীল্লক্রবদা মহৈ মশিংদা পুক্রং চংবা মীগী অথোইবা মগুণবু খঙবা কান্যকুব্জগী নিংথৌ যশোবর্ম্মদেবনা মাগী সভাদা ঈকাই খুম্নবগা লোয়ননা ভবভূতিবু লৌশীনখি।

মতুং অসিদা বীর ময়ক্কুগী অথোইবা কাশ্মীরগী নিংথৌ ললিতাদিত্যন যশোবর্ম্মগ করিগুম্ব ময়ম অমদগী লান্থোক্নখি। মতুদা যশোবর্ম্মদেব মায়থীখি। লালঙ্ম্লবা ললিতাদিত্যনা মাগী সভাদা ভবভূতিনা অমুক্কং খোঙদোবিরবদি সদ্ধি তৌসি হায়রব বাকম অসিদা য়ারখি।

ললিতাদিত্যন কাশ্মীররাজ্য ছাক্রম্বা মতম খৃষ্টাব্দ ৬৯৩ দগী ৭২৯ কাওবনি হায়রৈ। যশোবর্ম্ম দেবসু মতম অদুমক্তদা কান্যকুব্জবু ছাক্লম্মী। ময়ম অসিনা মহাক্কী সভা পাণ্ডিত ওইব মহাকবি ভবভূতিসু যশোবর্ম্মদেবনা লৈপাক ছাকপা মতমগী অহানবা শরুক্তা পোকখিবরা নীংছি, অদুনা খৃষ্টাব্দ ৭০০ কী মমৈদা ভবভূতি পোকখিবনি হায়না লৌপ্নৈ। মহাক্কা ইরম্ব লাইরিক অহুম্নি। (১) মহাবীরচরিত; (২) মালতীমাধব; (৩) উত্তররামচরিত।

উত্তররামচরিত হায়বা নাটক অসি রামায়ণগী উত্তরকাণ্ডগী থোৌদোক অদু লৌরনা ইরম্নি অহেকপা মশক ফংব নায়ক নায়িকাগী চরিত্র অদু য়েক্লুনা য়রগা লোয়নবা পূম্নমক্কী মকুংদা থগৎনব হায়রবসি কবিশিংনা কাব্য লেংবগী মক্কুওইবা য়রম্মি। মী পূম্নমক্কা মিত্তা ফজনা উৎসবগীদমক মহাকবি অসীনা রামায়ণদা তৌরিবা বর্ণনাদগী থরা থরা হোংদোক্নি। নাটাকারশিংনা মাগী মফমদা থোৌদোক অদু চপচানা উৎকদবদা শরদং সুহোইদ্রে, অমসুং মতৌক চাদে হায়না শরবদি সুহোইরবা ফজনব থর হোংদোক হোংজিন তৌনৈ। কবি-শিংনা হায়নবসু লৈরি "যংস্তু দন্থুচিতঃ বস্তু নায়কস্য রসস্যবা বিরুদ্ধং

পোকপীরি, প্রজাপতিগুম্বা মাতম্বিন্নুমকম্বা মচু পোকপনি, রঘুবংশ অসিগী মৌনি মহাক্না। সূর্য্য অমসুং ঐনা বংশ অসিগী গুরুনি। অতুমা ঐনা আশীর্বাদ পীরি—"অকনবা অথৌবা মচানিপা পোকচৌ" ঋষ্যশৃঙ্গগী মুপীশাস্ত্রানা রামচন্দ্রদা-চেনকপা সীতানা মীংবা অপান্বা পূর্বক থুংহনগদবনি হায়রবা পাউমু হন্নংলে।

অস্টে বক্রহমথুবদা লক্ষ্মণনা চিত্র (অয়েকপা লাই) পুদুনা য়ৌরকই। চিত্র অদুদা য়েক্লিবদি শ্রীরামগী পুন্সিগী থৌদোকশিং অদুনি। শ্রীরামনা মাড় উবদা সীতাগী মপূক্কীঙ মুত্তোইনবগী উপায় অমনি থক-লদুনা মুত্তোইখি। মতাঙ কদায়ফাওবগী চিত্রমো হংবদা লক্ষ্মণনা সীতাদেবীগী অগ্নিপরীক্ষা ফাওবনি হায়না খুমখি। মদু তাবদা সীতাগী পূক্কীং মুত্তোইতবা য়াই থক্লদুনা শ্রীরামনা সীতাবু অমেত্তবা য়াকৈনা লেমই। মথং মথং চিত্র উৎপা চৌথি। লক্ষ্মণন জৃম্ভকাস্ত্রনা ব্রহ্মানচিংবা গুরুশিংনা মশাগী তপস্যাগী তেজগী মশক ওইনা চোং-থোক্লকপবু উৎখি।

রামনা জৃম্ভকাস্ত্রশিংসিবু সীতাগী মচাশিংনা ফংজরকসনু হায়না আশীর্বাদ তৌরি। সীতা লুহোংবগী মতাঙ উবদা সীতানা মিথিলা লৈপাকপু নীংশিংলকই। পূক্কীং চৎরাওলক্রবা সীতানা লক্ষ্মণদা ফাগিগ্ন তৌই। পরশুরামগী মাপল য়ৈথোকপগী মতাঙ য়ৌরকপদ রামনা মমশীলগা অত্তোপ্পা থৌদোক উহনখি। রামনা বনদা চৎপা সীতাহুথিবনচিংবা দৃশ্যশিংবু লক্ষ্মনমা উৎলি। বনবাসকী তোঙ্গানবা দৃশ্যশিং উবদা সীতাগী পূক্কীং হনো অমুক থৌরকই। সীতানা বনবু

য়েংবা অমসুং ভাগীরথী স্নান পায়খিম্মি। সীতাগী পামজবসি থুংহনব-গীদমক রামনা লক্ষ্মণদা দোলাই শেমশানবগী য়াথং পীনখি। লক্ষ্মণনা দোলাই পুদুনা লাকই। মিতুংথোক্ত ময়াদা রাম অমসুং সীতা চঙ-লকই, সীতা তুম্মিংলক্লুনা রামগী তম্প ক্তা মোম খাতদুনা তুম্মি।

মতম অসিদা নৈপাক্কী ই পাউ খঙনবগীদমক থাকুবা দুর্ম্মুখ কৌবা দূত লাক্লুনা শ্রীরামদা হঙংলে। মতুদি মহারাজবু প্রজাশিংনা য়াম্না নীংজে; অদুবু রাবণগী মথুং চন্দুনা নৈকুরবী সীতাগী চরিত্রগী মরমদদি চিংনৈ। রামনা মতু তাবদ পুক্নিং যাররস্ত রাজা প্রজাগী মবুক থুংহনবনা ঐগী ইথৌনি লৈপখি। দোলাই শেম্লগা সীতা পুদুনা বমদা থাদোক্লুবগী য়া লক্ষ্মণদা খঙহন্লু হায়না শ্রীরামনা দুর্ম্মুখদা শিন্নখি। মতু তাবদা দুর্ম্মুখ য়াম্না নুংঙাইতনা চংখি। শ্রীরামসু নুংঙাইত্রদুনা সীতাগী নাক্তগী হন্দোকখি। মতম অসিদা ঋষি ময়াম লাক্লুনা যমুনা মপান্দা নৈবা ঋষিশিংবু লবণ কিংচাবনা ওংনৈরে, অদুনা ঋষিশিংবু কনবিয়ু হায়না শ্রীরামদা হঙংচরৈ। শ্রীরামনা লবনাসুর হাংদনবা শত্রুঘ্ন থাগে হায়না লৈপখি। শ্রীরামনা লেঙ-ত্রবদা সীতাদেবী মিকপ থোক্লক্লে, শ্রীরামবু উদ্রবদা য়াম্না রাখি। মতম অসিদা দুর্ম্মুখ লাক্লুনা সীতাদা হঙংলরে লক্ষ্মণনা দোলাই পুরক্লে, দোলাইদা লেঙখংপিররসি হায়না।

অনীশুবা অঙ্ক ঃ—মসিদা ফগুকারণ্যগী দৃশ্য য়াওরি। পঞ্চ-বটীগী বনদেবতা বাসন্তী অমদি আত্রেয়ী অমীমক বারী বাতাই শারি। আত্রেয়ীনা বেদগী শরুক ওইবা উদগীথ তম্নবগীদমক বাল্মীকিগী আশ্রম-দগী অগস্ত্যগী আশ্রমদা চংলি। কবিগীদমক মফম অসি থাদোকপনো

হায়না বাসন্তীনা হংবদা আত্রেয়ীনা থুম্লকই মকম অসিদা কনাগুম্বী লাইরেম্বী অমনা মমাগী মখোম থাইবদা হায়ম্বিবা মিপামচা অনীমক পুম্নক্কুমা থম্লয়ে। মখোয় অনীগী মশক উবদা তীব পূম্নক নুংশিবনা পুমতক তকই। চহী ১১শুরকপদা বাল্মীকি ঋষিনা ক্ষত্রিয়মচাগী তৌকম খোকপা উপনয়ন (লুগুণ থাংবা) তৌবিরগা বেদ তম্বিবা হৌরে। অনী অসিনা মবুদ্ধি কমমথিবনা কনাগুম্বা অমতা মখোয়গা তম্মিয়ব ঙমদে। অসিদস্থ নত্তুনা ব্যাধ অমগী তেম্না, ক্রৌঞ্চ হায়ব উচেক লাবা অমোমগী মম্নুডদা লাবক কাংপা উয়বদা মহর্ষিগী চান্দগী ফজবা শৈরেং অমা থডহৌদনা (ফং লাউনা) থোকখি—

মানিষাদ প্রতিষ্ঠাংত্ব মগমঃ শাশ্বতীঃ সমাঃ।
যং ক্রৌঞ্চমিথুনাদেক মবধীঃ কামমোহিতম্‌॥

কবিগী কাব্যবাণী তাবদ ব্রহ্মানা পেনবিরদুনা বাল্মীকিদা অহানবা কবি ওইযু হায়না বর অমম্তং রামচরিত লেংখনবগী য়াথং পীনবিরম্মি। য়াথং কায়দননবা মহর্ষিনা রামায়ণ লেংবদু উয়দুনা লাইমিক তম্বগী অকায়বা মরম অমনি থল্লদুনা আত্রেয়ীনা অগস্ত্যমুনিগী আশ্রমদা চংখি। পঞ্চবটীগা অত্রেয়ী লাক্লে হায়বসি বাসন্তীনা খঙ্খি। পঞ্চবটীনা পেংও ওইদুনা মহাক্না সীতাবু নীংশিংলক্কুনা য়াম্ন বাখি। মহাক্না সীতা মোঙ্গাক্লে হায়না তমখি সীতাগী পাউতাবদা বাসন্তীস্থ রারীদুনা মাগী মরমদা হঙ্খি। আত্রেয়ীনা সীতা থাদোকপগী মরম অদু বাসন্তাদা তমখি। বাসন্তীনা মগংগী র হংথরকপদা আত্রেয়ীনা থডদ্রে হায়না থুমখি সীতাগী পুদোংখিহনখিবদগী বশিষ্ঠমচিংবা গুরুজনশিংদি শাউ-দুনা মপানদ নৈথ্রে হায়রসিন্থ তমখি। সীতাগী মূর্তি সনানা শাদুনা রামচন্দ্রনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌরি হায়রসিন্থ থডহনখি।

মতুগী শগোল হাকুবা লক্ষ্মণগী মচানিপা চন্দ্রকেতুবু লাম্মী তেঙ্গোলগা অমস্তুং শগোলগা লোয়রনা থায়। মতম অমিদা ব্রাহ্মণ অমনা অপিবা মচানিপা পুবক্তনা রাজদ্বারদা লংশিল্লে অমস্তুং হায়-রকই ব্রাহ্মণগী অবাবা থোক্লে।” নিংথৌগী রাজ্যেল চুমদবা নত্তনা প্রজাগী মপুদো মতম চাদনা শিরা বাবসি থোক্লোই হায়না রামনা খনখি। মতম অমিদা আকাশবাণীদা হায়রকই—“শম্বুক হায়বা শূদ্র অমা তপস্যা তৌরি। হেরাম! মাগী মকোক কক্তুনা ব্রাহ্মণ মচাবু হিংহন্লু।” মতু তাবদা রামচন্দ্রনা পুষ্পকবিমান তোংদুনা মায়কৈ থুদিংদা শম্বুকবু থিখি। আত্রেয়ীগী বা তাবদা বাসন্তীনা হায়রকই—শম্বুকা মদ মফম অসিদা তপস্যা তৌরি। অদুনা রামচন্দ্র, শোয়দনমক বন অসিদা থোক্লাবিরম্বিগনি। মতুংদা আত্রেয়ী বাসন্তী অনীমক চংখি।

অদুদগী রামনা বিমান তোংদুনা লাকই। য়েংথংবা মথুং য়েংদুনা রামনা হায়খি “মরাল লৈতবী সীতাবু থাদোকপা ঙম্বা রামগী মশা ওইরগ মঙোন্দা দয়া লৈবরা।” রামনা শূদ্রকবু হাৎলবদা শূদ্রশম্বুকগী মশাদগী দিব্যমূর্ত্তি অমা থোক্লক্তুনা রামদা ভক্তি তৌখি। রামনা মঙোন্দ অমাঙ অতা লৈতবা লোক ফংজো হায়না তাকপীখি। ঐনা তৌজবা তপস্যাগী মহৈমা ফংজমদবা লোক ফংজগদবা নত্তে, নহাক্কী কৃপাকুননি, তপস্যাগী মহৈদি লাপথুবা অযোধ্যাদগী দণ্ডকারণ্য তাপ্প লেঙবিরকপা অসিনি হায়বা শূদ্রকগী ময়াহৈ তারগা রামচন্দ্রনা মমাঙৈ থোদোক পূম্নমক মীশিংলকখি। মমাঙৈগী থবকশিংহ উবদা সীতাবু মীংশিংলক্তুনা অরা মৈথা লাখি। রামগী য়াথং

কংলছুনা শম্বুক থুরুমজরম্লগা চৎখি। মতুংদা রামনা মমাঙডৈদা উখিবা লমদম পূম্নমক উবদা সীতা নীংশিংলক্লুনা বাম্বিডৈদা শম্বুক অমুক হন্নক্লুনা হঙ্গৎলৈ—"মহর্ষি অগস্ত্যগী আশ্রমদা লোপামুদ্র, মহর্ষি পূম্নমক্না ইবুংঙোবু ঙায়রুনা লৈরি। অদুনা শ্রীন্দনা দর্শন পীনবিয়ু।" শ্রীরামচন্দ্র বিমান তোংদুনা অগস্ত্যগী আশ্রমদা লেংখি। মফম অদুগী দৃশ্য পূম্নমক শম্বুকনা উৎখি।

**অহুমশুবা অঙ্ক**:—মসিদা তমসা অমসুং মুরলা নদীদেবতা অনীনা উরে। মুরলানা তমসাদ হায় মদুদি অগস্ত্যাশ্রমদগী লোপা-মুদ্রানা গোদাবরীগী মফমদা মাবু (মুরলাবু) পাখোন শীখি। মদুদি সীতা থাদোকডৈদগী রামগী অরাবদু মশাগী চীঙলেম্বনা মরম ওই-দুনা মপাম্মোংদা পংকোং ফোংদ্রবসু থম্মোইনুংদগীদি ওমচাক্লদুনা লৈবনা রাম তিনগং য়াঙ্গংখ্রে। থোইদোক হেন্দোক্ল তপ্পা চীঙলেম্বা ওইরবসু পঞ্চবটীগী মফুঙদা হন্না হন্না বাম্ভরবা য়াই। মরম অসিনা চ্যেকশিন্না মহাকপু ঙাকশেনগদবনী।"

তমসানা মুরলাদা হায়—হান্না নোংম মোংমগী গর্ভনা লু মথ-মকপনা রামনা সীতাবু বাল্মীকিগী আশ্রমদা থাদোক্লম্লগা লক্ষ্মণ হনখ্রবদা প্রসববেদনা (মাউয়েককী অরাবা) ফংলবী সীতানা গঙ্গাদা চোংথখ্রগা ঈসুঙদা মচানিপা অনী পোকখি। ভগবতী গঙ্গা অমসুং পৃথিবী দেবী অনীনা সীতা অমসুং অঙাং অনীবু য়সাতলদা পুখি। গঙ্গানা মশামক্না থোম থাইরবা মতুংদা মহর্ষি বাল্মীকিগী মফমদা অঙাং অনীবু শিন্নরে। মতম অসিদা সরযূগী মচিন্দগী রাম্না জন-স্থান (দণ্ডকারণ্য) দা লেংলকই তাবদা মহাকী (রামগী) থুদোংঙাইবা

খোক্কনি খনববা করিগুম্বা থবক অমগী হায়রিজিন্দুনা গঙ্গাস্থ সীতাগা লোয়নবা গোদাবরীগী মাক্ত লাকই। গঙ্গানা সীতাদা হায়রকই মাহুাঁদ "ঙসি লব-কুশ অনিগী তরানিথোয়গুবা মপোক শুমিৎলি। নরম অসিনা শাগেগী গুরু সূর্য্যদেববু নথুৎমক্না চেক্লক্লবা লৈরাংনা পূজা তৌ। ঐগী ইতিকনা থুমহৎলবা মংনা বনদেবতাস্থু উবা ফংলরোই, মীওইবগী রাকমদি থম্বু থমথসি।" তমসাবুস্থু গঙ্গানা সীতাগী মতাংরোয় ৎইনা থাখি। মুরলানা রাঙোন অসি লোপামুদ্রাদা তম্বা চৎলি। মেৎনদা, সীতাবু তায়নিংঙ্ভাই লৈতনা রাঙ্গৎলবী অমস্তুং তেঙ্গ্রনীগী শক্তমদা উবে। তমসাস্থু মহাক্কা লোয়মৈ।

রামনস্থ বিমান অথোয়বা পুষ্পকদা মরুম অতুদা তানমবা মরাথং পীরকই। সীতানদি মকাক্কী খোঙ্গেলবু থত্তলমই। রামগী মুৎঙ্মন্ত্রবা অরা-মৈচাক অমুক হন্না হৌরকলে। মহাক্না জানকীবু নীশিংলক্কনা বিলাপ তৌরকই। মতম অসিদা নাসন্তীনা অরাপ্পদগী হায়রকই—"সীতাদেবীনা য়োকচরকপা শামুমচাদা অতোপ্পা শামু অমনা হোৎচল্লক্কনা ওৎলরে। অতুনা মাবু কল্লু।" বাকৈ অসি সীতা অমস্তুং রাম অনীমক তাখি।

রামগা সীতাগা উনরে। রাম, সীতা অনীমা শামুমচানা ঙঙ্গে হায়বত্তু উবদা কনাওরে। মতু উরগা সীতানা কুশ অমস্তুং লববু নীংশিংলক্কনা রাখি। তমসানা মতোন্দা তাক্লকই—"মচা হায়বসি মপা মমা অনীগী পূক্নীংবু ফানবা লাংনি।" সীতানা য়োক্রম্বা উচেক রাঘা শাশিংবু উরকপদা রাম রাজুনা অস্তাওবগী পান্দমগুম কপখি। রামদা বাসন্তীনা নিরম্না হায়খি হেরাম! ইবুংঙো মহাক্না সীতাদা তাকপিখিবদাই,

মহাক্না এগী থবয়নি, মিৎমহানি, হকচাংদা তৈবা অমৃতনি" অসি ত্তাকপিথুগা মহাকপু কল্পিগীদমক থাদোকপিগি? অসিদগী হেন্না ফজদবা মিংচৎ করি লৈরিবগে?" বাসন্তীগী বাহৈ অদাবত্থু অরগা রাম রাক্নুমা তেংথাখি। মহাক্না হায়খি থম্মোই অসি কায়নীং কায়নীং তৌরক্লে। মুংগী মৈশাদা হকচাংবু চাক্লে, উৎতি ওইক্লে। হন্না হন্না মূর্চ্ছাদি ওইরে, থবায়দি মাঙক্লে। সীতাগা চহী তরানিথোই চপ্প কায়নরবা কাওবা এমা হিংডুনা লৈরিবা! অসি হায়দুনা রাম-বান্থুখবদা মশক উদবী সীতানা থুৎনা নান্দুনা রামবু ত্তাম তাকখি। সীতাগী মথৎনা এবু শোক্লে হায়বসি রামনা খঙ্খি। বাসন্তীমদি চোইরোলদি হায়খি। রামনা বাসন্তীদগী বিদায় লৌখি। বাসন্তীনা তন্না লেঙবিমবা হায়রবা। তমদা সীতাদা কুশ অমসুং লবগী চহীগী তারকপা জন্ম তিথি পূজাগীদমক ভাগীরথীগী নাক্তা এথোয়মু চৎলদি হায়খি।

মরিশুবা অঙ্ক:—অঙ্ক অসিগী বিষ্কম্ভকতা মহর্ষি বাল্মীকিনা অমসুং মাগী শিষ্য সোধাতকি অমসুং ভাণ্ডায়ণগা শান্নখিবা বারী-দগী খঙবদি মহর্ষি বাল্মীকিগী আশ্রমদা মহর্ষি বশিষ্ঠ, অরুন্ধতী, কৌশল্যা অমসুং রাজর্ষি জনক লাকই। বাল্মীকিনা মতৌক চানা সেবা তৌই। জনকতি বশিষ্ঠগা লোয়নদি লাক্লুবনু মতোমদা কুইনা তিম্নরক্লবা মরূপ বাল্মীকি মুনিগা উন্নবা লাকখি। অতি-থিশিং অসি লাকপদগী আশ্রমদা লাইরিক লাইমু তম্বগী থবক লেপখি। বশিষ্ঠনা অরুন্ধতীবু কৌশল্যাগী মফমদা থাখি। মঙোন্দা ত্তাক্লিবদি মহাক্না কৌশল্যাদা হায়রু নহাক মশামা চত্তুনা জনক উন্নরু। জনক আশ্রমগী মপান্দা উগী মথাদ ফমদুনা লৈরমগনি।

জনকনা সীতাগী দুর্দ্দশাগী বা তাবদা সুঙচোইতব ঋাবা। মহাকপু উমমবগীদমক অরুন্ধতী অমসুং কৌশল্যা লাকপা। জনকনা অরুন্ধতীদা থুরুমখি, অদুগা কৌশল্যাদা ঈ-পাউ হঙ্খি। কঞ্চুকীনা হায়খি ঋামনা সীতা থাদোকখ্রবা মতুঙদদি কৌশল্যানা ঋামবু উমখিদ্রে। মী পুম্নমক্না অবাবা হেন্নকই। কৌশল্যানা হেক হেক বাস্থরকপা মতমদা জনকনা কমণ্ডলুগী ঈশিংনা হেক হেক থীকপদা কৌশল্যা জ্ঞান তাবকই। বিলাপ তৌরিবী কৌশল্যাদা অরুন্ধতীনা হায়খি— মহর্ষি বশিষ্ঠনা আশ্রমদা হায়খি—শোয়কদবদগী থোকাখবনি, মতুঙ-দদি য়াইফররকনি। মহর্ষিশিংগী য়াথংদি কদোইডদা শোয়বা হোনদে। মিলথোংনা শ:ম শামনা লাকপা অচাংশিংগী মপুডদা ঋামগী শকমানবা বিদ্যার্থী অচাং অমা উবদা কৌশল্যানা ঋামগী শকমানবা অচাং অসি কনানো হায়না ঋাথল তৌই। অরুন্ধতীসু অসুম তৌনা মহায়। কঞ্চুকীনা মেখলানচিংববু উবগা হায় "এসি ক্ষত্রিয়া মিপা-মচা অমনি।" জনকনা মাবু বাল্মীকিগী মকমদা অচাং অদুগী মরম খঙনবা থাখি।

লবনা গুরুকমশিংবু মাক্না চঙশিন্নক্লুনা থুরুমজৈ। অরুন্ধ-তীনা তম্পক্না পন্নী। জনক অমসুং কৌশল্যানা অচাং অদুগী ঋাম অমসুং সীতাগা মান্নবা শকফম অদু উবদা পুক্নীংদা খঙনিংবগী ঋাথল হেনগৎলকখি। মতম অদুদা লাম্মীশিংনা লাউন খোংমররকখি মতুঙদা খঙখিরম্মি—লক্ষ্মণগী মচানিপা চন্দ্রকেতু ঋামগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল ঙাক্লবগীদমক তেঙ্গোল পুহনা লাক্লে অমসুং মহাক্না তেঙ্গোলদা লাঙ-থোকখি—বনদা লৈবা তাপসশিংদা অবাবা পীরোয়দবনি। আশ্রমগী

বিদ্যার্থীনা শগোল অদুবু উবদা ঙক্রদুনা লবগী মনাক্তা লাক্তুনা শগোল অদুগী মওং মতৌ পুন্নমক ঙৈন্নে। মদু লবনা কারগা মকম অদুদা পুখি। তেঙ্গোলনা লাউরকপা মরোল অদুম ঙম্বা য়াবগবু হাৎপা ঙম্বা য়ামগী শগোলনি হায়রা নাপল খোল্লাউ তাবদা লবনা শগোল অদুবু কাখিবনি।

মঙাশুবা অঙ্ক:—শগোল কাবা লব মথন্তুনা চন্দ্রকেতুগী তেঙ্গোলগা লাম্নেংশরিবে মতম অদুদা চন্দ্রকেতুসু সুমন্ত্রগা লোয়ননা মকম অদুদা লাকই। মতুদ তেঙ্গোলগী পাঙ্গল হেক্কংলকপা পুক্নীং লুংজরকপা। লবগী মথোন অদুবু চন্দ্রকেতুনা থাগৎলকপা। সুমন্ত্রনসু অঙাং অদুগী অঙকপা মথৌনা অদু উবদা ঙকপা। লবনা মাগী তেঙ্গোলবু মথং মথং হাৎচিল্লক্রবদা পরপ্ পরপ্ মকম অদুদা চঙ-শিল্লকপা। চন্দ্রকেতুনা লবদা লানগীদমক শীংনতুনা কৌরকপা। লবসু অকি অথং নৈতনা মাগী মনাক্তা চঙশিল্লকপা। চন্দ্রকেতুগী তেঙ্গোলনা ফুক্তিল্লক্রবদ লবনা জৃম্ভকাস্ত্র শীক্তিন্নদুনা তেঙ্গোলবু পঙপঙমরা। লবনা কদায়দগী জৃম্ভকাস্ত্র ফংলকপনো হায়রগা সুমন্ত্র ঙকখি। ভগবান্ বাল্মী-কিদগী লবন জৃম্ভকাস্ত্র ফংলকপনি হায়না চন্দ্রকেতুনা হায়খি। মতুঙদা সুমন্ত্রনা হায়খি—“হৌলাই অসি কৃশাশ্বদগী বিশ্বামিত্রন, বিশ্বামিত্রদগী শ্রীরামচন্দ্রনা ফংবনি।” চন্দ্রকেতুনা হায়—মস্ত্রগী অর্থমুম্না খঙবা ঋষিদি পোৎশক পুন্নমক লোইনা খঙবনি। মতুঙদা চন্দ্রকেতু অমসুং লবনা মহৈ মহৈ অমনা অমবু থাগৎনৈ। লবনা নৈপাকথক্তা লেপ্পা উবদা চন্দ্র-কেতুনা রথদগী কুমথরুনা লানথেংনবিংবদগী সুমন্ত্রগী য়াথং নিখি। সুমন্ত্রনা তৌকম খোকপনি হায়খি, আশীর্বাদসু পীখি। চন্দ্রকেতুদা

মোলাই তোঙখৎলু হায়রবা লবনা হায়রখি। লবদশু চন্দ্রকেতুনা মোলাই তোঙখৎলু হায়রবদা লবনা ঐদি মোলাই তোংবা ঙমনরক্তবনি খুমখি। সুমন্ত্রনা হায়রখি—শ্রীরামচন্দ্রনা লববু উবরুবদি মাগী অশ্মোই অমু বাৎসল্য প্রেমনা থুন্নাংলমগদবনি। চন্দ্রকেতুনা লবদ হঙ্খি—"ভগবান্ রামচন্দ্রগী থোইদোকপা মতৌক মগুণ তাবদা শাউবরা?" লবনা খুমকই—"রামদি মাপল নৈতবনি ইন্দ্রর খুতুম চনবনি। অদুবু লাম্মী-শিংগী মাপলগী মাঙোং তাবা ঙমদে। ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মবু মী অমত্তদা অতম্বন নৈবরা?" মদু তাবদা সুমন্ত্র শাউদুনা হায়রকই—শ্রীরামচন্দ্রদি ভগবান্ পরশুরামবু ভম্বনি। লবনা খুমকই—"চৌন্দদা কনবা ব্রাহ্মণবু ভম্বগা মাবু অকনবা মিপানি হায়গের? মহাক্না অমুকশু শ্রীরামচন্দ্রনা বালী হাৎপগী মরমদা নিন্দা তৌখি। মদু তাবগা চন্দ্রকেতু শাউদুনা মখোয় অনী লান তৌমবগীদমক শেম-শারখি।

তরুকশুবা অঙ্ক:—অঙ্ক অসিগী বিষ্কম্ভকদা বিদ্যাধর অমসুং বিদ্যাধরীগী ভংনরকপা বাঙাংনা চন্দ্রকেতু অমসুং লবগী অকনবা লান-কম্বগী মওং উৎলি। চন্দ্রকেতুনা কাপ্লকপা আগ্নেয়াস্ত্রনা মায়কৈ পূম্নমক্ত মৈগী মৈরা শীলহনখি। লবনা বারুণাস্ত্র কাপ্তুনা মাহু মুৎহলখি। চন্দ্রকেতুনা বায়ব্য স্ত্র কাপ্তুনা নোংরাম অদু চুমদোকহনখি। মতম অসিদা শম্বুক হাৎলুবদগী শ্রীরামচন্দ্র হল্লক্তুনা অনীগী লান অদু লেমহনখি।

মতুংদা শ্রীরামচন্দ্রনা রথদগী কুমথরগা চন্দ্রকেতুবু খেন্দুনা য় ইক মপাউ হংখি। লবগী মশক উবদা থম্মোইদা প্রেমগী ঈংথৌ থৌখি। লবনা চন্দ্রকেতুদা রামগী মরমদা হঙ্খি হংবদা চন্দ্রকেতুনা লবদ

মহাকপু পোকপনি তাকখি। মতুংদা লবনা হংলম্মি—অপোকপা মরিগী মসুক্ত কনাবো। হায়না হংলবদা চন্দ্রকেতুনা খুমখি—অহলনি হায়না। লবনা শ্রীরামবু খুরুম্মি। রামনা মহাকপু কোমথিরে অমস্তুং নামলেপ্লে। রামনা লবদা হংলকই—জৃম্ভকাস্ত্র কদায়দগী ফংলকউ। লবনা খুম্নকই—মথন্তুনা চঙলকপনি, খুংলাই অসিবু ফংবা ঐখোয় ইচিম ইমাও অণীনি। মতম অসিদা কুশনা লানবাউ তারকুনা পোনাগা লোয়ননা মফম অদুদা লাকই, লবনা ঐগী ইয়াম্বা অহলনি হায়না তাকই। লবনা চত্তুনা কুশদা খেমজিল্লি, অমস্তুং হায়—উর্মিলাগী মচানিপা চন্দ্রকেতু মহাক্কী মরূপ ওইরে, অদুনা চংলগা খুরুমি খন্দুনা রামচন্দ্রবু খুরুম্মিয়ু। কুশনা চত্তুনা রামদা খুরুম্জই, রামনা মহাকপু মতম্পাক্তা পমই। রামনা মাগী মপাদা রাম অমস্তুং সীতাগী শক মাম্নবতু উখি। রামনা মখোয় অনীগী মশক্তা রঘুবংশগী অঙাংশিংগী মশক্তা অমস্তুং সীতাগী শককমগা মান্নবতু উবগা সীতাবু বাল্মীকিগী আশ্রম ময়াদা থাদোকপা, সীতাগী গর্ভ অনী শুই হায়না খঙবা, অদুগী মথক্তা মখোয় অনী ফাইবোক মচীন মনাও ওইরম্বা জৃম্ভকাস্ত্রনা মখোয় অনীদা খঙকাও কাওরবা, মমাঙদো চিত্রদর্শনগী মতমদা জৃম্ভকাস্ত্রনা মচাদা চঙলকসনু হায়না সীতাদা বর পীখিবা পুম্নমক অসিনা অঙাং অনি অদু সীতানা পোকপনি হায়না খঙলম্মি। লব-কুশনা সীতা রামগী প্রেমগী ওইবা শৈরেং থনা থারকপতু তাবনা রামনা হেন্না হেন্না রাখি। মতম অদুদা বাল্মীকি, বশিষ্ঠ, দশরথগী মহারাণীশিং, জনক অমস্তুং অরুন্ধতী অহল ওইরম্লুরতুনা খুদিং মিনা মিশা উকথু উকথুনন লাক্লি হায়না মেপথাদা লাক্লকপা।

**তরেৎশুবা অঙ্ক :**—অঙ্কগী অহৌবদা লক্ষ্মণনা লাউথোকই —বাল্মীকিনা লেংবা লৈন অম থক অপ্সরাশিংদ আশ্রমগী মনাক্তা গঙ্গাগী মপান্দা উৎহলগদৌরি। বাল্মীকিনা রাম অমস্তুং মাগী প্রজা-শিংবু য়েংনবা কৌরি। মহাক্কা তপস্যাগী শক্তিনা লাইশিংগসু য়াওনা মথবায় পানবশিংবু য়ৌহল্লকখি। রাম লক্ষ্মণসু প্রজাশিংগা লোয়ননা মফম অদুদা লেঙলকই। নাটক সূত্রধারনা লাউথোক্লি—মহর্ষি বাল্মী-কিনা দিব্যচক্ষুনা নাটক অসিগী রাকম অদু তয়ং তয়ং উয়রুনা লেঙহনি। মসি করুণরস অমস্তুং অদ্ভুতরসনা তিনবনি। রামগী রাজ্যংদগী বাল্মীকি আশ্রমগী মনাক্তা লক্ষ্মণনা শীন্দুনা সীতা থাদোক-লদগী নাটক অদু হৌরে। পৃথিবী অমস্তুং গঙ্গানা থুৎ শন্নবী সীতাবু উৎলি। পৃথিবী অমস্তুং গঙ্গানা হায়রি—সীতানা ঈশিং মনুঙদা রঘুবংশ কুমার অনিবু পোকই। রামনা অসিগুম্বা করুণদৃশ্য অসিবু উরগা রাম্থখি পৃথিবীসু সীতাগী দশা অসিদা রাখি। রামগী মঙমদসু শাউখি। গঙ্গানা থেমদুনা লৌরনা পুকক্বাথখি। পৃথিবীনসু হায়রি সীতাবিরহগী অরা মৈচাক কংলবা রামনি হায়রবা ঐ থঙলি, ইচাগী থোক্লিবা দশা অসিগীদমক ঐনা নুঙঙাইতবতনি। মতম অসিদা জৃম্ভকাস্ত্রনা অঙাং অনীদা চোংশিল্লকই। মহাক্ক হায়রি—"চিত্র-দর্শনগী মতমদা রামনা সীতাগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অনিনা দিব্যাস্ত্র (লাইগী ওইবা থুংলাই) ফংনবা আশীর্বাদ পীনখি।" অঙাং অনি অসিগীদমক ক্ষত্রিয় মচাগী তৌফম থোকপা সংস্কারবু কনানা তৌবি-গদগে হায়না সীতানা রাথল তৌখি। ভাগীরথী (গঙ্গা) না হায় অঙাং অনি অসি খোমথাইরবা মতুঙদা বাল্মীকি ঋষিদা কৎশিল্লুগনি। মহাক্কা

ক্ষত্রিয়গী তৌকম থোকপা সংস্কার তৌবিগনি। লীলা অদু উরগা লক্ষ্মণনা রামদা হায়খি—লীলাগী কুশ লব হায়বা অছাং অনি অাস লৈরিবা অছাং অনিসিরক্নি। বাল্মীকিগী আশ্রমদা লৈরি, মখোয়গী চহী তরা নিথোয় শুরে। সীতা পুদুনা পৃথিবী ভাগীরথী চৎখি। রাম রাম্বুদুনা তাই।

রামনা বাম্বুবিদৈগী মথুক্তা গঙ্গাগী ঈশিং মখুক্তগী সীতাগা লোয়নবা গঙ্গ অমসুং পৃথিবী ফাওগৎলকই। দেবী অনীমক্না সীতাবু অরুন্ধতীগী মথুক্তা শিন্নরম্মি অমসুং হায়রম্মি সীতা পুণ্য চেনবী সুপীনি। অরুন্ধতীনা সীতাদা হায়—রামগী মশাদা মখুৎনা শোক্কু না রামগী লৌশিং লাকহল্লু। সীতানা মদুমক তৌবদ রাম লৌশিং ফংলে। মনাক্তা সীতা, অরুন্ধতী, ঋষ্যশৃঙ্গনচিংবা গুরুজনশিংবু উরকই। অরুন্ধতীনা রামদা ভাগীরথীবু উহল্লি। ভাগীরথী গঙ্গা) না হায়জরকই "হে জগৎকী মপু! রাম! চিত্রদর্শনগী মতমদ: মহাক্না ভাকপীখি—"হে ঈমা! ইবেম্মা! ভগবতী অরুন্ধতীগুম্না সীতাগী য়াইফ বাখল থনবিয়ু ময়াথং অদু ভাকচখ্রবনি। পৃথিবী-নসু হায়জরকই—সীতা থাদোকপা মতমদ মঙোন্দা রামনা সীতা কনবীনব হায়খি। মদুদগী ঐ নাম্বোকচরে। অরুন্ধতীনা পুরবা-সিশিংদা হায়রি সীতাবু গঙ্গা অমসুং পৃথিবীনা থাগৎলি, মমাংদদা অগ্নিদেবনা সীতাগী ময়মচৎতা করিসু অমাংবা লৈতে হায়না লাউথোকখি, ব্রহ্মাশিংবা লাইশংনা মহাক্কী মতীক মগুণ থাদুনা লৌশি লৈখোমখি? হৌজিক মরক অসিদা প্রজাশিংগী করিদ্ত

লৈবগে ? মহাক্না সীতাবু রামচন্দ্রগী মফমদা শিন্নরে অমসুং বাল্মীকিদা হায়জরে—কুশ লববু পুবিয়ক্লো হায়দুনা। বাল্মীকিনা কুশ লববু পুযক্লে। পুম্নমক উন্নরে। মতম অমিদা লবণাসুর হাৎলম্লগা শত্রুঘ্নসু মফম অদুদা থুংলে! পুম্নমক উন্নবগী সুক্কহোইবা ফংলখি। মক্কলগী রাহৈগা লোয়মনা নাটক লোইশিনবা।

উত্তররামচরিতকী থোদোকশিংগী মফম—অহানবা অঙ্কগী চিত্র দর্শনগী থোদোক অযোধ্যাদা। অনিশুবা অঙ্কগী থোদোক দণ্ডকারণ্যদা মফম অদুদনি রামনা শম্বুক হাৎনবা চৎখিব। অহুমশুবা অঙ্কগী থোদোক পুম্নমকসু দণ্ডকারণ্য অমসুং পঞ্চবটীদা থোকখি। মরিশুবা মঙাশুবা, তরুকশুবা অঙ্কগী থোদোকশিংমা বাল্মীকিগী আশ্রমদা থোকখিবনি। বাল্মীকিগী আশ্রম গঙ্গা মপালদনি।

# নাট্যদা য়াওবা মীশক

## —নিপা কাণ্ডলুপ—

| | |
|---|---|
| সূত্রধার— | রাজৌলোকপা মকোক ওইবা নট |
| নট— | পরিপার্শ্বিক কোবা সূত্রধারগা শুগ মাংব কনাগুম্বা অমা। |
| রাম— | সূর্য্যবংশদা পোকপা অযোধ্যাদা পানবা নিংথৌ। |
| কঞ্চুকী— | লৈমকোনগী অকায় অতোই য়েংশিনবা, অহল ওইবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত। |
| অষ্টাবক্র— | মুনি অমা। |
| লক্ষ্মণ— | মমা সুমিত্রানা পোকপা রামগী মনাও নিপা। |
| দুর্ম্মুখ— | কনাগুম্বা গুপ্তচর অমা। |
| শম্বুক— | শূদ্র লাইনিংবা অমা। |
| সৌধাতকি— | ল্যাইরিক লাইশু মপূং ফানা হৈতবা কনাগুম্ব মুনি মচা অমা। |
| ভাণ্ডায়ন— | লাইরিক লাইশু মপূংফানা হৈবা কনাগুম্ব মুনি মচা অমা। |
| জনক— | সীরধ্বজ কৌবা মিথিলা নিংথৌ। |
| কুশ<br>লব | রামগী মচানিপা অনী। |
| চন্দ্রকেতু— | লক্ষ্মণগী মচা নিপা। |
| সুমন্ত্র— | অহল ওইরবা সারথি |
| বিদ্যাধর— | মমীং খঙদবা লাইগী কাংলুপ্তা চনবা অমা। |
| বাল্মীকি— | কনাগুম্বা মহর্ষি |
| মুনি বালকশিং— | লবগা লোয়নবা আশ্রমদা লৈবা ব্রাহ্মণ মচা শিং |

## —মুপী কাংলুপ—

সীতা— জনককী মচানুপী রামগী মুপী

আত্রেয়ী— সংস্কৃত পূম্নমক তৌথুরবী ব্রাহ্মণী অমা

বসন্তী— বনগী লাইরেম্বী

তমসা } মুরলা } তুরেলগী লাইরেম্বী

কৌশল্যা— রামবু পোকপী

অরুন্ধতী— বাশিষ্ঠগী মুপী

বিদ্যাধরী— মমাং থক্তদবী বিদ্যাধরগী মুপী

ভাগীরথী— গঙ্গা দেবী

পৃথ্বী— পৃথিবী

প্রতিহারী—লৈমকোননী থোংহাংকপী

## নায়ক নায়িকানচিংবগী মশক তাকপা

শ্রীরামচন্দ্রনা—দিব্যাদিব্য ওইবা ধীরোদাত্ত হায়বা অনুকূল নায়কনি।

সীতানা— স্বীয়া, প্রকূঢ়যৌবনা হায়রবী মধ্যা নায়িকানি। বনদা থাদোক্ত্রিদ্রৈদে স্বাধীনভর্তৃকা, থাদোকত্রবদা প্রোষিত-ভর্তৃকা হায়রবীদুনি।

রসনা— করুণ বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গাররসনা প্রধানরসনি।

রীতিনা— বৈদর্ভী রীতি।

গুণনা— মাধুর্য্য।

# নাটকতা য়াওরিবা লৈপাক্কী মমিং

| খায়নগী | | | হৌজিক্কী |
|---|---|---|---|
| লঙ্কা | ... | ... | সিংহল |
| বিদেহ | ... | ... | ত্রিহুত |
| ঋষ্যশৃঙ্গাশ্রম | ... | ... | সিংহেশ্বর (ভাগলপুর) |
| মিথিলা | .... | .... | মিথিলা |
| অযোধ্যা | ... | ... | অযোধ্যা |
| পঞ্চবটী | ... | ... | পঞ্চবটী ( নাসিক হায়রবা মফমগা তাইরবা ) |
| দণ্ডকারণ্য | ... | ... | নাগপুরদগী নাসিক ফাওবা পাক শল্লিবা মফম। |
| জনস্থান | ... | ... | দণ্ডকারণ্যগী শরুক অমা। |
| বাল্মীকি তপোবন | | ... | বিঠুর ( ব্রহ্মাবর্ত ) |

# উত্তররাম চরিতম্‌

## অহানবা অঙ্ক

প্রচীন কবিখিবিকপু      খুরুমজৈ কায়জৈ ঐহাক্না
বিষ্ণুগী অংশ ওইরিবা      রস লৈবা অমৃতগুম
মতীকচাবা বাহৈশিংবু      ফংজরগেকো চানবিয়ু ॥১॥

(নান্দীপাঠগী মতুংদা)

সূত্রধার—শাংলুহুনা কাররে। ঙসি ভগবান্ কালপ্রিয়নাথগী চহীগী মহোৎসব অসিদা সভ্যশিংগী কাদা ঐনা নীংশিংজরী—কাশ্যপ গোত্রদা পোকপা "শ্রীকণ্ঠ" হায়বা রাৈজনা উপাধি ওইবা ভবভূতি কৌবা ঈকাই খুম্নাঙাই ওইবা কবি অমা লৈ হায়রবসি খঙবিগনি।

সরস্বতী দেবীনা      মখা পোন্নবী অংগুম,
ময়াথংবু ঙাক্লিবা      অতুগুম্বা ব্রাহ্মণনা
লেংজবা মথৈ থংবা      রাম চরিত উৎচগে ॥২॥

থোদাংগী মতুং ইন্না ঐহাক অযোধ্যাদা লৈবা মতম অদুগী মীওক অমা ওইজরবনি। (মায়কৈ খুদিং কোয়না য়েংলগা) কো ঈবুঙোশিং পুন্নমক! ঈকাই খুম্নাঙাই ওইবা পৌলস্ত্যবংশগী ধূমকেতুগী মওক ওইরিবা মহারাজ রামগী অভিষেককী মতম্না। মতম আসিদা হয়াওকুম্বৈগী নুংঙাইবনা তংলরোইদবনি।

অদুগ করিগীদমক রঙ্গভূমি অসিদা নটশিংগী মখো লেপ্লিবনো ?

নট (চঙলক্লগা) ওবা ইবুঙ্ঙো ! মসিগী মরম হঙংচগে—লঙ্কাগী লান-ফমদা মতেং পাঙথিবা পাঙল্লবা য়োংশিং অমসুং হিংচাবশিং, মোনা রাজসিংহাসন ফংলব মহারাজগী মকমদা সুম্ভোইবা ফোংদোক্লব-গীদমক মায়কৈ কয়াদগী লাক্লবা ব্রহ্মর্ষি অমসুং রাজর্ষিশিংনা পেন্নবগীদমক মহারাজনা সুমিৎ কয়ানি হয়াও কুম্মৈ তৌরম্বনি। মখোয় অদু কৌজিক্তে অযোধ্যাদগী মহারাজনা থাদ্রে। মরম অমনা—

রামচন্দ্রনচিংবগী মমা ইবেম্মা কৌশল্যা
অসিনচিংবীথিবিকসু অরুন্ধতীবু মমাঙদা।
থাকল্লগা বশিষ্ঠনা শেমদুনা যজ্ঞগীদমক
মরা মিপাগী আশ্রমদা লেঙেং লোইনা হুপ্পুনা ॥২॥

সূত্রধার— ঐনা মীয়েবাক মচা ওইবনা হংজরি—মরানিপা হায়ববু কনানো ?

নট— দশরথ মিংথোনা পোকপী মচানুপীদি
মমীং শান্তা কোবীনি মাবু মপা মিংথোনা
লোমপাদ মিংথোদা মচা ওইজো পীনখি ॥৩॥

মহর্ষি বিভাণ্ডকগী মচানিপা ঋষ্যশৃঙ্গনা মাবু লুহোংদুনা লৌখি। মহাক কৌজিক চহী (কুম) তরানিথোই চঙদবা যজ্ঞ অমা হোৎখ্রে; মদুগীদমক্তা কৌশল্যানচিংবী গুরুজনশিংনা কুম থা শুরবী সীতাবু থাদোক্তুনা মফম অদুদা লেংখ্রবনি।

সূত্রধার—হয়ে, মাসদা দৈনকদুনা করি কারগদগে ?

চৎলি লাক্লো, ঐগী ঐগী জাতিগী নিয়ম মতুং ইমা নিংথৌগী পোক্লদা য়ৌরকনি।

নট—অদু ওইরবদি ওয়া ইবুঙ্গোনা নিংথৌগী মরীদা করুপদবা খাগৎরাহে অমতং থনবিগনি।

সূত্রধার—নট :—

মতম খুদিংদা ঐথোয়না পীক্লিমকরগদবা—
মরমদা মথল খুদিংদা তোকত্রা দোষ লৈতনা।
মীনা করবদি হৌনদে নুপী ওইবীগী মথক্তা
রাকৈশিংগীনু মশাদা কেক্তা পীবনি করুবা ॥৫॥

নট—থোইদোক্লা কত্তে, হায়বনু মতিক চাবনি।

সীতা দেবী কাওবনু মীনা ভস্মি পাওথোকপা
হিংচাবে'দা লৈরুয়ে অসিতমি থল্লিবা
তৌথি অগ্নি পরীক্ষা অসিবু দি থাজদে ॥৬॥

সূত্র—মীপাউথোক করুদবসিনা মহারাজগী সনা নাকোং য়ৌরবদি অরাবা ওইগনি।

নট—ঋষিশিং অমসুং লাইশিংনা মঙ্গল পীবিগনি। (থোক্তথাং কয়াবুক থাংচুনা চৎলগা) হো কনা কনা লৈবগে ? মহারাজনা হৌজিক করোমদা ? (তারগা) মীয়ামনা অনুপ্না ভাঙ্গনরি—

মিথিলা নিংথৌ জনকনা রামনচিংবনু চান্দুনা
পেন্তুমসনু হায়চুনা লেঙবিরক্লগা 'যোধ্যাদা
অদুনা কুইরবা মতমসি লৈবিরক্লগা নুভক্তাইনা
সেক্তত্রে ভলি মিথিলাদা অদুবু পুক্লীং রারীবা—

সীতাগী পূক্নীং ফাজবা     ইদিংথৌ শঙ্গায় লেঙশিনখ্রে ।।৭।।

(অকৌময় চৎখি)

প্রস্তাবনা লোইরে ।

(মতুংদা সিংহাসনদা লেঙশিন্দুনা রাম অমস্তু সীতা লৈরম্মী)

রাম— দেবি ! ঋাকুগন্ঠু. গুরুজনশিংনা ঐখোয়বু মতম কুইনা হুন্দোক্নুনা লৈবা ঙম্মিরোই ।

অগ্নিহোত্রমচিংলব—     কর্ম্মগী শোয়কদবনা ।
সাগ্নিক * ওইবা মীশক্না     পামদে মীয়ুমদা লৈবনু ।।৮।।

সীতা—আর্য্যপুত্র ! খঙ্গে । তৌইগুম্বসুং গুরুজনশিংগা কায়নবা হায়বসিমক্তবু অবাবগী মশক্নি ।

রাম— চুম্মি, ঐস্ু য়াই দেবি ! অাইবংপামগী কায়নবা লোয়নবনচিংবা পৃন্নমক শস্মোই কায়না ডাক্তনি ; ত্তাম লৈবশিংনা চামগু অমসুং মপোৎ ময়ল পৃন্নমক হুন্দোক্নুনা বনদা চৎলগা পোথানরি ।

কঞ্চুকী—(চঙলক্লগা) রামভদ্র (কিদুনা) মহারাজ !

রাম— (মোমোন নোক্ন') আর্য্য ! গুরুজনশিংনা ঐডোন্দা রামভদ্র হায়না তাকপীবনা হেম্নদুম ফজে । অদুনা হৈনবিরকপদুদমক তাকপীগনি ।

কঞ্চুকী—রাজা ! ঋষ্যশৃঙ্গগী আশ্রমদগী অষ্টাবক্র লেঙলক্লি ।

---

* সাগ্নিক=সূর্নিং খুদংগা অয়ুক অমসুং নুমিদাং বাইরমদা বেদগী বিধি শতুং ইন্না হৌগৎহনবা মৈদা হোম তৌবা মীশকপু সাগ্নিক কৌই ।

সীতা— অদুদি খীনবিরগনু আর্য্য!

রাম—পরপ পরপ্পা লেঙশিনবিহল্লকউ।

(কঞ্চুকী থোকখি)

অষ্টাবক্র— (চঙলক্লগা) অনীমক য়াইকবা ওইয়ু।

রাম—থুরুমজরি। ভগবান্! অসিদা লেঙশিনবিসি।

সীতা— ভগবন্! থুরুমজরি। জামাত * গা লোয়ননা গুরুজনশিং অমসুং আর্য্যা শান্তাদেবী য়াইকরিদনা?

রাম—ঐগী ইবায় সোমরস থকখিবা ভগবান্ ঋষ্যশৃঙ্গ অমসুং আর্য্যা শান্তাদেবী ফুরৈ ইরৈ চেলহৌদেকো?

সীতা— ঐখোয়বু কাউবিদেকো?

অষ্টাবক্র—(ফমুগা) পুম্নমক য়াইফহৌরি, নখোয়বুসু কাউদে। দেবি! ভগবান্ বশিষ্ঠদেবনা মঙোন্দ তাকপীরক্লি।

মতীক মগুণ চেল্লবী — তাইবংপানবু য়োক্লিবী
ঈমা পৃথ্বী নৈমমা — অমদি ব্রহ্মাগুম্নবা
জনকমা পোকপীদি, — মখোয়শিংগী বংশদা
কোয়ৌহনবা সুমিংনা — ঐখোয়না গুরু ওইবা—
নিংথৌশিংদি অদুগী — মঙনা কুলবধূখি ॥১॥

অদুনা অতোপ্পা করম্বা আশীর্বাদ অমা তৌসিগে, বীর ওইবা মচানিপা পোকচবী ওইয়ু।

রাম—থৌজাল ফংজরবনি।

---

* জামাতা=নীঙোল মপা।

সাধুশিংগীদি চুম্নগী বাহৈনা ইরৈ অর্থবু।
প্রাচীন ঋষিশিংগীদি বাহৈবু তারৈ অর্থনা। ১০॥

অষ্টাবক্র—ভগবতী অরুন্ধতী, কৌশল্যাদেবীনচিংবী অমসুং শান্তা-দেবীনা হন্না হন্না অসিমস্তু তাকপিরকই—"গর্ভগী মতম অসিদা সীতানা চানীং থক্লীংবা পুম্নমক থীন্দনা পাঙথোক্কদবনি"

রাম—হায়রবদি পুম্নমক তৌজগনি।

অষ্টাবক্র—সীতাদেবীগী মমম্মগী মপুরোইবা ঋষ্যশৃঙ্গনা অসিমস্তু তাকপিরকই—"ইবেম্ম কুমথা শুরবীনি কায়তুনা ঐগী আশ্রমদা পুরক্কবনি মহাকপু। ইবুঙ্গো রামভদ্রবুস্তু মঙ্গী মবুক মেম্নব-বগীদমক থম্নম্নবনি। অতুনা তম্পাক্তা মচানিপা পম্নবী মহাকপু য়েংলখিগনি"।

রাম—( হন্নাউ মমোন তৌতুনা ) মতুমক ওইনমু। ভগবান বশিষ্ঠনা করি তাকপিরকই মনাইদা?

অষ্টাবক্র—তাবিসি—

জামাতাগী যজ্ঞ। ঐখোয় নৈয়ে পুন্দুনা
অঙাংনিদো মহাকস্তু মৌরি নিংথৌ ওইবস্তু।
পূক্নীং চঙ্গদবনি প্রজা পেম্নবদা
অকমিংচৎনা 'ভূগী লস্নি' থোয়বা মখোয়গী ॥১১॥

রাম—ভগবান্ বশিষ্ঠনা তাকপিরকপা অচুম্বনি।

প্রজা নুঙঙাইনবদা নুংশি' থোজাল' নুঙঙাইবা—।
সীতাবুস্তু থাদোকপা ভমজগনি রাজরোই ॥১২॥

সীতা—মরম অসিমক্তা রঘুবংশগী নিংথৌশিংগী মনুংদগী লুচিংবা ওইরিবনি।

রাম—মকম অসিদা কনা কনা লৈবগে ? ভগবান্ অষ্টাবক্রগী পোখনবা তৌ—।

অষ্টাবক্র—( হৌগত্তুনা খেণ্ডকম থরা চৎলগা ) এঃ ! কুমার লক্ষ্মণ য়োবিরক্লে ( অসি হায়রগা খোকখি । )

লক্ষ্মণ ( চঙলক্লগা ) জয় ! মহারাজগী জয় । মহারাজ ইবুঙ্ঙো ! ঐখোয়গী পাউডাক মতুংইন্না চিত্রকার (লাইয়েকপা মী ) না মহারাজগী চরিত্র পূম্নমক কক্লাংদা য়েক্লে ; মসি স্না মিৎয়েং তাবিসি ।

রাম—ইবুঙ্ঙো ! মহাশক্তি নতৈমগী বায়বা মপূক্লীডবু কাথবা ’হৈরনি। অদুবু য়েক্লিবদি মতাঙ্ক কদায় কাওবনো ?

লক্ষ্মণ—অগ্নিপরীক্ষা কাওবনি ।

রাম লেপ্লসি ।

পোকপদগী শেংজরকপী সীতাশেংনবা কল্লি লৈ ।
তীর্থগী জলগা মৈগবু শেংবা হোনমে অমমা ॥১৪॥

যজ্ঞভূমিনা পোককম ওইবী দেবি ! পূক্নীং মুঙ্ঙোইডবা তৌগনু ।

পূন্সি চূপ্লগদবনি ।

অকবা শাগৈদা পোকপশিংনা
মীপুম তিংনা পেলহনগনি হায়বা
অবাবনি দেবি অসিমদি
মখোয়না হায়খি অবাবা বাহৈ ।
ঐখোয় অনীগী ইকমদা ’হুবু
মতীক চাদবনি মতোম্দদি

মহৌশাগি নৈগী কোক্তা থেংপা
কপ্তে মাবু নৈহৎপদি খোঙনা ॥১৪॥

সতী—হায়নজসম্মু ইবুঙো ! হায়নজসম্মু ! লেঙতুম লেঙশিল্লশি, চিত্র মিৎয়েং তাবিনবা।

( অসি হায়রগা খোঙ থাংই )

লক্ষ্মণ—(অয়েকপা লাই) চিত্র অসিদা নৈরে।

সীতা—( য়েংলগা ) মথক্তা চঙুংনমা নৈরিবশিং'সি কনা কনানো ?

মখোয়শিং অসি আর্য্যপুত্রবু খঙ্গবগী মতাঙ্গুম নৈরি।

লক্ষ্মণ—মখোয়শিং অসি মহ্নগা কোম্নবা জৃম্ভকাস্ত্রনি। ভগবান্ কৃশাশ্বদগী বিশ্বামিত্রগী খুৎ য়োৱগা মহাক্না অমুক তাড়কা হাৎলবা মতুঙদা আর্য্য ( রামচন্দ্র ) দা চানবিদুনা পীনবিখিবনি।

রাম—দেবি ! স্বর্গগী খুৎলাইশিং অসিবু খুরুম্মু।

ব্রহ্মামচিংবা লিয়ব গুরুখিবিক্না বেদবু
তাকে হায়দুনা তপস্যা তৌখি চহি লীশিং হেল্লা
খুৎলাইগী মশক ওইরকপা তপকী তেজবু উরশি ॥১৫॥

সীতা—পূম্নমক অসিবু খুরুমজরি।

রাম—হৌজিক্কি মখোয় অসি নচাগী মখুৎ য়োৱগদবনি।

সীতা—খৌজাদনি।

লক্ষ্মণ—মসিনা মিথিলাগী থৌদোক্নি।

সীতা—হায়মা ! আর্য্যপুত্রগী মূর্ত্তি য়েক্তুনা নৈরে। চকুশামা শাৎলবা অশংবা থম্বালগী মতৌগুম শংবামবা মরেকমহাউ কায়বা, থোৎলবা, ফজরবা পাঙ্গল্লবা হকচাংগী ফজবা মতৌনা

ঐগী পিতৃদেব ( ইপা ) না পূমগুক ভকথিদুনা মিৎকম চোইদবা য়েংলি। ইরায় লায়না হরধনু থেক্লি, মায়খোং অসি কেৱে কেৱে লাউবা শন্না'ংনা য়েংবদা মিৎকম কোংনিংদে।

লক্ষ্মণ—আর্য্য! মিৎয়েং ভাবিসি—

গৌতমনদি পোক্লবা— শতানন্দ পুরিৎনা
ইকু নিংখো 'মদি বিবাহগী সম্বন্ধী—।
খোক্লমবা বশিষ্ঠ ঋষিনচিংবশিংদা
মতিক মতিক চানবু উৎলি ঈকায় খুম্নবা ॥১৬॥

রাম—মসি য়েংকম থোকপমক্লি—

পেল্লোইদবনো কমানা জনকরযুগী মরী'সে।
পীরিব বিশ্বামিত্রনি লৌবসু মহাকমক্লনি ॥১৭॥

সীতা—মতম অদুদা পুরোহিতশিংনা কাশাস্ত্র সংস্কার তৌবিখ্রবা অমসুং বিবাহ দীক্ষা ফংখ্রবা ইবুঙো মায়মক নৈরে। মকম অদুদা মতম অদুদা নৌরিমাল্লে হায়না ইশাবু ইশানা খল্লি।

রাম—অচুম্বনি।

কৌখ্রবা মতম অদুবু কৌকিক ওইরিবা মতমগুম
খল্লিদো ঐন. শৌংথিবি! শতানন্দনা পীরকপা।
খুজি ফজবা শিরব— মখুৎ অদুনা ঐহাকপু
শক্লাইরব মকোৎসব অমগুম মুজোইহল্লম্মি ॥১৮॥

লক্ষ্মণ—মসিনা আর্য্যা দেবীনি, মসিনা আর্য্যা মাণ্ডবীনি, মসিনা বধূ শ্রুতকীর্ত্তিনি।

সীতা—মসিদদি কমাযো ইবুঙো?

লক্ষ্মণ—( খজিক্কং ঈকাই মীমোক তৌদুনা ) ও! আর্য্যা (ইতৈমা) মা ঊর্ম্মিলাগী বা হংবিরি। করে, মিৎকম হোংনবা তৌরগে। (কোংনা) আর্য্য! মিৎয়েংতবা য়াবা থৌদোক অসিমগা মিৎয়েং তাবিয়ু। মসি ভগবান্ পরশুরামনি।

সীতা—( তকিং তকিংনা ) ঐ মীক্লে।

রাম—ঋষি! খুরুমজরি ঐনা।

লক্ষ্মণ—আর্য্যে! মিৎয়েং তাবিয়ু, আর্য্য (রাম) না মসিবু ( বাহে মতেক অসিগী তুংদা )

রাম—( খামদুনা ) ইবুঙ্গো! য়েঙ্গনবা য়াম্না নৈরি; অতৈ অতৈদুম উহল্লু।

সীতা—( প্রেমগা অমসুং ঈকায় খুম্নবগা লোয়মনা রামবু য়েংলগা) আর্য্যপুত্র! মোল্লুকপা হায়বা গুণনা কয়ামুক নিংথিজবিরি।

লক্ষ্মণ—ঐখোয় পূম্নমক অযোধ্যা য়োরে।

রাম—( পি শিন্দুনা ) কাউগে হায়ববু কাউঙমদে।

ইপা ইবুঙ্গো হিংলিঙৈ মোনা ইয়ুম্বু পামবা কাল
মতম'দুদা ইমা শিংনা মুঙ্ঙাইনবা ঐখোয়গী
শীনবিথিবনি চ্যেকশিন্না হোৎশ্রে মতম'দু হৌজিক্কি ॥১৯॥

সীতা অসিনা মতম অদুদা—

অকুপ্পা অয়নবা অমদি মতোন্দা হাইথয়ক্লিবা
পূক্কীং হূয়বা শন্নাংম', চাংদা মাম্নবা য়াশিংনা—
য়েংবদা নিংথিজববা— কোয়দামনবা মায়থোংনা

থাজগী মতালগুম্বা    য়েংবদা পুক্নীং হুয়বা
লোয়নজন্নরূপা নিংথিবা—    হকচাং শাথেক্না তিন্নবা—
মথোক্ত মথুৎনচিংবনা    পল্লেমশিং পুক্নীং পেলহনথি ॥২০॥

লক্ষ্মণ—অসিনা মন্থুরাদি।

রাম—( পাউথুম পীদনা ওন্নবা মায়কৈদা উত্তুনা ) দেবি! জানকি!
শৃঙ্গবের পুরদা    মাগী মথোক্তদা অদুহৈ।
ব্যাধলুচিংবা থেংনবা    ইঙ্গুদী পান্থী অদুনি ॥২১॥

লক্ষ্মণ—( নোক্তুনা মথন্দা ) ও! আর্য্য ( রামচন্দ্র ) না ইমা রাইমা ( কৈকেয়ী ) গী থোদোক থৃপখ্রে।

সীতা—মসিদি জটা পুবগী থোদোক্নি।

লক্ষ্মণ—ইক্ষ্বাকু হায়বা বংশগী    থাগমগী নিংথৌ থিবিক্না
মচানিপাগী মথক্তা    রাজলক্ষ্মীনা লাক্লগা।
তৌখিরম্বা ব্রত অদু    আর্য্য রামচন্দ্রনদি
অতাং ওইনা বানপ্রস্থ—    ব্রত অগুবু চৎপিরি ॥২২॥

সীতা—মক্তুবা শেংলবা ঈশিংবু পুম্বিবী মতীক মগুণ চাওবী গঙ্গানি মসিনা।

রাম—দেবি! রঘুকুল দেবতে!    মহাকপু থুক্নজবি।
অদুহৈদা ঐথোক্নগী    প্রপিতামহথিবিক্না
সগর নিংথৌগী মকমদা    শগোল থিবদা পুক্নীং চঙ্
নৈপাক নৈশা হোত্তুনা    নৈমুংবুদি চঙথরগা
শাউরবা কপিল মুনিগী    তেজনদি চাকথোকথি।
ভাগীরথি! মতীক নৈবি!    ভগীরথ নিংথৌনা

মাচুংদনা শিবা ফাওবা    কন্না তপস্যা তৌরগা
মতম কুইরবা মতুংদা    মঙ্গৌ জলবু শোকহন্নগা
মখোয় থিবিক অড়বু    লানবিথিরবনি ইবেম্মা ! ॥২৩॥

ইমা মহাক্না অরুন্ধতীগুম্না মমৌনুপী— সীতাগী মাইফ বাথল থমবিয়ু।

লক্ষ্মণ—যমুনাগী মপালদা চিত্র কূট চৎনবা লম্বীদা মহর্ষি ভরদ্বাজনা মশক তাকখিবা শ্যামবট অড়না অসিনি। (রামনা খৌরাংনা য়েংই)

সীতা—আর্য্যপুত্রনা মকম অসি নীংশিংবিরিবরা ?

রাম—কয়ন্না কাউগনি জানকি !

লমশাং চৎলকপগী বাবনা    তল্লবা চোক্লবা ফজবা,
ঐগী অচেৎপা আলিঙ্গনমা    নীংথিনা সংবাহনꣲ তৌখুবা
মোইহৎলবা শন্নৌ মতাগুম    শোল্লবা নশাবু মহাক্না
ঈথবাক্তদি থম্লড়ুনা    কুমথুন ছনখিবা মকমড়ুনি ॥২৪॥

লক্ষ্মণ—বিন্ধ্যারণ্য মচীন্দা থোকখিবা বিরাধরাক্ষসগী থৌদোক অড়ুনি অসিনা।

সীতা—মসি য়েংড়ুনা কায়দে। আর্য্যপুত্রনা কোমামনাগী ছত্র পাযড়ুনা ঐগী ইথক্তা থমবিড়ুনা ঐনা দক্ষিণারণ্যদা চত্তবা হৌবড়ু য়েংগে।

চীঙ্গী ভুরেলগী মপান্দা    তপোবনশিংদো উরকপা
লৈরিবসিনি য়েক্ক্ না    মখোয় অড়গী মনুংদা
বনদা লৈবা মুনিশিংগী    আশ্রমগী উপাল হৌরিবা,

* সংবাহন = মোইবা।
† দক্ষিণারণ্য — বিন্ধ্য চীংজাওদা লৈবা বন।

মখোয়গী থৌদাং 'খোয়বদি   অতিথি পূজাদা ওইরিবা
য়াইস্থ চন্নাবু খোংলিবা   পুক্নীং কাবস্থ ঙন্নিবা—
অদুগুম্নবা মুখাদবা—   মুনিশিংনস্থ লৈরিবা ॥২৫॥

লক্ষ্মণ—থুয়ক হাঙদনা হৌবা উপালশিংনা অহাঙবা লৈতবা মুনা লংলব—লক্ষ্মদোমদা লৈরিবা ববনা মপান অনীমক কোয়শ্রবী—গোদাবরী তুরেলগী ঈথক্কা য়ৈবদা মাগী গুহাদা লিল্লিবা, তত্তুনা চুরিবা মোংমা মাগী লংবান্নবা মচুবু মরেক মকাউ কাহনখিব, জনস্থানগী* মরায়দা লৈবা প্রস্রবণ চীং য়েক্তুনা লৈরি।

রাম—মীংখিবি! ঐখোয়না চীংথুদা   লক্ষ্মণগী সেবাদা মুত্তাইনা
লেমখিবনি মতম কয়ামুক   ঈশিং কাউরবী গোদাবরী।
লমদম অদুদা চেল্লিবনি   মাগী মমাক্তা লৈরম্বনি
ঐখোয় অচুম্বকস্থ পুন্নম্না   মীংশিংলিবরা পুন্নমক'সে ॥২৬॥

অমস্থ—মথং মমাউদি মাইদমা তুপ্ল য়রী শায়রম্মি
মতম'তুদা ইবানীগী   চুবা চুবা থেংনরম্মি।
ইপান্থোম মপান্থোম'মীমা   চেত্তেৎ কোয়না লৈরম্মি
কীবম'সিদা অচৌং য়ুথক   লোইথি খঙহৌদে মোত্তাদবা ॥২৭॥

লক্ষ্মণ—মসি পঞ্চবটীদা লৈবী শূর্পণখানি।

সীতা—হা! আর্য্যপুত্র! মমাইনা মহাকপু উজবদি অসি কাওবতনি।

রাম—কিগনবি! মসি চিত্রনি, চিত্রনি।

সীতা—অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, মী ফওবদা য়াহনবা ঙাক্তনি।

রাম—হয়রাবনি! জনস্থানগী থৌদোক অসি ঐঙোন্দদি হৌজিক হৌজিক থোকপগুম্মি।

* জনস্থান—দণ্ডকারণ্য।

পাপচেনবা হিংচাবশিংনা সনাগী শক্তি শাতুনা
তৌথিবা থবক খিবিকী শিগুণবস্ত্র লক্ষ্মণ গুরা
মীংশিংলুরগা রাহল্লি মীতাদবা জননস্থানদা
খোকখিব— রাম চরিত্র,— অদুমক্তনা মুং কাওবা
কপ্লাউবগী মতৌ তৌরি বজ্র' থম্মোয় কায়ক্তশিম্ম।
চরিত্র'তুদা রামগী মথৌ লেপখি ইন্দ্রিয়শিং ॥২৮॥

সীতা— (পিরাং শিন্থনা) রঘুকুলগী সুজ্ঞোইকম ওইবা দেব ! ঐগীদমক অস্থক রারিখিবনিকো।

লক্ষ্মণ—( রামবু য়েংতুনা থোইদোকপা রাখল অমগা লোয়নবা )
করি মতোনো অসিদে ?

আর্য্যগী পিরাং মপৈন: তৎলবা মুক্তা পয়েংগুম
মরী ওইন থেক্রক্তুনা মরীক তপিকপা ওইতুনা
ওস্থোইকরি লৈমায়থক্তা অবাবা পম্থেং থম্মোইদা
কাজিন্দুনস্থ ফনমক চীনবাম অমদি মাতোমগী
কপ কপ লাউবদি মতৌনা ফুরে' রাবনা থম্মোইদো।
হায়রবসিদি পুম্বমক্তা খজেবনি ঈররায় লায়না ॥২৯॥

রাম—ইবুঙ্গো !

মতম অদুদা সীতাগা কারুনবদগী পোক্লকপা—
অরা মৈত্র কল্লবস্থ লক্ষ্মণ খুম্বগী রাখলনা
থাজেলশিম্ম ঐমা, অদুবু হৌজিক্কি অমুক কৌরকপা
অরা মৈনদি লকাগী ময়ায় চবুক্কা চপচানা
চোংথোক্লকপ থপোম্বগুম অরাব পীরি পূক্লাংদা ॥৩০॥

সীতা—অৱাবনি! অৱাবনি! কাহেনবা উৎকণ্ঠামক্তনা ইশানা ইশাবু আৰ্য্যপুত্ৰগা কায়নৱবী ওইনা থল্লবনি।

লক্ষ্মণ—(মথন্দা) ফরে, অশীগী মিৎ, অমহোমদা চিংথোক্লগে। (কোংনা চিত্ৰবু উৎলগা) মন্বন্তর * অমা চুপ্পা লৈরক্লিবা পক্ষিরাজ ঈকাইখুম্নিঙাই ওইবা ইপাগীমরূপ জটায়ুগী চরিত্র অমসুং থোমাগী থুদম ওইবা চিত্ৰনি মসি।

সীতা—হা ইপা ইবুঙো! নচাগী প্রেম চপচানা থোকখ্রে।

রাম—ইপা ইবুঙো! কশ্যপবংশদা পোকপা—পক্ষিরাজ! মহাক-কুম্বা অথোইবা গুণচেনবা নিপানা কয়ম্বা মকমদা পোকপগে?

লক্ষ্মণ—অমস্থানগী নোংচুপ্তা দনুকবন্ধ ‡ না কোল্লিবা—চিত্ৰকুঞ্জবান্ কৌবা দণ্ডকারণ্যগী লম শরুক অদু মসিনি; মসিনা ঋষ্য-মূক পর্বততা লৈবা মতঙ্গ মুনিগী আশ্রম অদুনি, মসিনা শ্রবণা কৌবা শিদ্ধশবরী অদুনি অমসুং মসিনা পম্পাসরোবর অদুনি।

সীতা—আৰ্য্যপুত্ৰনা থাৰ্ম্মতবদা ওম্মক্ত হুনা থোক্লোক্লা কপ্লিখবা মকম অদুনি।

---

* মন্বন্তর—ব্রহ্মাগী নুংথল তায়বা মতমগী ১৪ সুংদা মনুতরামথিনা পাল্লি। মনু অমনা পানবা মতমদি "সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি হায়বা যুগ মরীবু অমমম ওইনা থীবদা ৭১ তর-মাথোই শুবফাওবসিনি, মতম অসিবু মন্বন্তর হায়রগা থগৈ।

‡ দনুকবন্ধ—মাগী মশা (Body) দা মকোক য়াওদবা হিংচাবা অমগী মমীংনি।

রাম—দেবি! ওস্নোক্লা পূক্নীং হূবা সরোবরনি।

অহানবা পিরাং তাপ্রবা অকোনবা পিরাং পোক্লকপা
চৈরাক অতুদা ঐহাক্না উখি ময়ায়গী শক্লক'সে
মকোক চাউবা থরো থম্বাল ওস্নোক্লা রাম্না শাংলিবা
ময়ায়কাররবা—মল্লিক কোৱা উচেক খিবিক্কী
মশা অড়ম হুম্বদা মোস্নোম মোস্নোম লৈরিবা ॥৩১॥

লক্ষ্মণ— মসি আর্য্য হনুমান্নি।

সীতা— মতম কুইনা (লৌশাং শীংনা) বারকপশিংগী অরাবনু কোক-
খোকপিড়না মতেং চাউনা পাংবিবা মতীক চাউবা মারুতি।

রাম—মাগী মপাঙ্গল মক্তনা মরোল অহুমস্তু ঐখোয়স্তু
সীংজবা থুংবা ওইখিবা, অঞ্জনাকোবী মমাগী
সুঙ্গোইবা মচাঙ হেলহনবা অখোয়বা পাঙ্গল পুরিবা
হনুমানসিনু ঐহাক্কু উরি লাইবক করমা ॥৩২॥

সীতা—ইবুঙ্গো! লৈশাং লৈতম্রবা কদম্বতরুগী মথক্তা বাহোংশিংনা
অগোয় শারিবা চীং অসিগী মমাং করি কৌই? মাগী মথক্তা
তেজশাক্তি ফজনদংনা মথাক্ত ওইহোররবা রাউথাংনবা মতম থরদং
স্নান য়াওদনা লৈবিখিবা, মহাক্না কোন্দুনা থমখিবা আর্য্য-
পুত্রনু মাগী উগী উথাদা য়োক্লিবা।

লক্ষ্মণ—লৈরাং অর্জ্জুনগী লৈনম্না হা হা লাউরবা চীঙসিদি
মাল্যবান কোবা অহ্লান সুশিল যুররবা অলোবা
খোংলমেঙলবা মোংশিংনা মাগী মতোন্দা তুঙলিবা।

রাম—তোক্রে তোক্রে ইবুঙ্গো মথা য়েংবা ঙম্লোই ।
হন্না সীতাকাননবা তৌরে থোক্কদবগুম ॥৩॥

লক্ষ্মণ—অসিগী মতুংদদি আর্য্যাগী ইকায় খুম্নমিংঙাই ওইবা য়োং অমস্তুং হিংচাবশিংগী মশীংনাইত্রবা মথং মন্নাউ আইবা অঙকপা থোদোকশিং লৈরে, আর্য্যা সীতাদেবীস্তু বাবীরে ; অদুনা পোথবিরসন্তু, য়াথংনিজরি ।

সীতা—আর্য্যপুত্র । চিত্রদর্শন তৌজরুবদগী ইপুম্নৌংগী অপাম্ব অমা লাক্লে, অদুনা হঙ্গৎচগবদ খর লৈরে ।

রাম—তাকউ দেবি !

সীতা—লেক লেক লাউনা ফজবা, অমস্তুং সুক্রবা চীক্রবা বন (উমং)—শিংগী মনুংদা অমুকহন্না চৎচবা, অমস্তুং ভাগীরথীগী ঈংলবা ঈশিংদা স্নান তৌরগা ইশাগী পাপথিবিক কোকচবা ফংলগনি খঙজরে ।

রাম—ইবুঙ্গো ! লক্ষ্মণ !

লক্ষ্মণ—তাকপিসি ।

রাম—"নতৈমন্না পামজবা মরম অদু পরপ পরপ্পা পাঙথোক্কদবনি" হায়না গুরুশিংনা তাকপিবক্লে কৌজিক । অদুনা চৎপদা চোংফল্লোইদবা দোলাই অমতং য়োংহল্লকউ ।

সীতা—আর্য্যপুত্রস্তু মফম অদুদা লেঙবিগদবনি ।

রাম—থম্মোয় নুঙ্গৈ কল্লিবি ! অসিবু অমুক হায়নগত্রা !

সীতা—অদুদি ঐনা পামজবমক্তি

লক্ষ্মণ—তাকপিবদু মফম ( অসি হায়রগা থোকখি )

রাম—চায়রবি! খোঙনাও অসিগী মনাক্তা ঐথোয় অনী মিকুপ অমত্তং হিল্লুনা পোথানি।

সীতা—য়াম্না করবনি; থয়া কুইনা চিত্রদর্শন তৌজরুবদা হকচাংসি চোকথ ক্কুইথখিবনা মমাইদি তুম্নীংবনা মুঙ্গুরবনি।

রাম—অদু ওইরবদি মকম অসিদা হিপ্পনবগীদমক ঐবু চেংনা পায়রু।

অকিবগা পরিশ্রমগা অমাদগী শোয়কখিবা—
হম্মাং মরিক পক্লিবা, থাগী মঙালনা শোকখিবা
(য়েখিবা)
মররা ঈশিং তারিবা— চন্দ্রকান্তমণিগী
পরেংগুম্না পূক্লাং হুবা ইথবায় হিংকর ওইরিবা—
মপাম্বোম অতুনা ঐগী কোমসিল্লকউদা ঙকলমদা।।৩৪।।

( কোলহল্লগা পেনবগা লোয়ননা ) প্রিয়ে! কারিনো অসিদে!

সুঙ্গাইবর অরাবরা অঙকপরা 'মদি তুম্বরা
হুগী *বসর্প লায়নারা মরাইরা লেপ্পা ঙমদরে।
মঙ্গা শম্বা খুদিংদা ইশাগী মরোং হোংলকই
ইন্দ্রিয় 'পূম্বা পঙশিল্লি লায় খঙহল্লি মাঙহল্লি।।৩৫।।

সীতা—( মোক্তুনা ) নমাইবু অসিয়োনা চানবিরবদবু অসি মতুনা করিবু তাকপীগদগে?

রাম—মীৎস্না থম্মাল মামবি ও!

খোয়গুম্নবামরাহে পুর্নাশ নৈরাং-লাংশিমবা
তেকথৎহনবা ঙম্মনি, পুম্পোল ওইনা পেলহনবা।

---

*বসর্প Spread, Circulation.

ইন্দ্রিয়বু শুমহৎপা হন্থি, ওইবি অমৃত
মাকোংদদি' পুক্লীংগী রসায়নগী মশক্কি ৩৬।

সীত—খোমকম ফজবা ইবুঙ্ঙো ! লেঙশিনবিরকউ চেপ্লসি। (অসি হায়দুনা মায়কৈ থুদিং হৌপকমথি)

রাম—থিগদবা করি লৈরিবগে ?

লুহোঙৈঙ্গেদগী হৌদুনা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা
মখোক কায়কপা মতমদা মুমদা বমদা মহাক্লা।
থাম্মিবা 'তোপ্পী কনামা থাম্মিদরিবা পুম্নমক
থাড্‌বা মোমগী মশক ওইবা লৈরে রামগী পাম্মোমসে ।।৩৭।

সীতা—( হপ্পিগী অভিনয় তৌদুনা ) লৈরে, আর্য্যপুত্র (অসি হায়রগা হিপখি)

রাম—মবাইে খোয়থুম্লগী অসি ইথানুংদা তুমখ্রেদো ( মুম্না য়েংলগা নুংশিবগা লোয়মনা )

মুমগী লক্ষ্মীনি মঙাকসে মিত্তা অমৃতচুরানি
খেংম শোক্লবা মহাক্ত চন্দন মহীগী মশক্কি।
চকশমগীমথা থাম্মিবা পাম্মোমনা উনম্ভুম অমদি
মুক্তাপরেংগুম ঈভবনি পুম্নমক মাগী পেম্মিঙাইনি
কায়নবদনি মহাক্ত খাঙবদা বানা খোকপদি ।।৩৮।।

প্রতীহারী -(চঙলক্লগা) য়োঁয়ক্লে রাজন্ !

রাম—কনানো ?

প্রতীহারী—ঙাকথেংনবা সেবক দুর্ম্মুখনি।

রাম—(মংন্দা) অন্তঃপুরদা লৈবা দুর্ম্মুখনি, মহাক, ঐনা কোম্নুংগী মীয়ামশিংগী মচীন্ তাকনগে হায়দুনা থাদোক্লুবনি। (কোংনা) চঙহল্লকউ। (প্রতীহারী থোকখি)

দুর্ম্মুখ—( চঙলক্লগ মথন্দা ) অবাবনি! সীতাদেবীগী থাঙ্ঙমদবা ফজদবা মীরাকৈবু করম তৌনা মহারাজগী মনা চরণদা হল্লংসিগে? লাইবক থীবা ঐত্তোন্দদা অসিগুম্বা সনারাথং তাপীবনি।

সীতা—(মঙদা লোল্লকই) হা আর্য্যপুত্র। কদায়দনো ইবুঙ্ঙে!

রাম—ও! চিত্র দর্শনদগী বিরহগী বাখলমক্কুমা পূক্নীং থুক্লবী সীতানা মঙ্মক্তদন্থ কিরি।

( প্রেমগ লোয়ননা সীতাগী মশানান্দুনা )

ঐগী অরানুঙ্ঙোইগী শরুকপুদি য়ারিবী
পুদোং থীডেয়াইকডৈ ক্ষোরোই ইমা লৈজবী
ওইবী পুক্নীং পোথাকম, অহন ওইবা মতাঙনা
মাগী অনুরাগবু কোকহনবদি ঙমদবা
ঈকায় ইকি লেনথুগা থাঙ্গে শেংবা অথোয়বা—
প্রেমগী পাত্র ওইরিবী তালোয়গীদি তত্তবা
নুঙ্ঙোই য়াইক কংবসে য়াম্না বানা থোকপনি ।।৩১।।

দুর্ম্মুখ—( নাক্না চঙলক্লগ ) মহারাজগী জয়।

রাম—থুঙ্লকপদু হায়য়ু।

দুর্ম্মুখ—পুরবাসী অমসুং দেশবাসী পূম্নমক্না মহারাজবু থাগৎচরি—

মহারাজ রামচন্দ্রনা ঐখোয়গী পূরুীংদা মহারাজ দশরথবু কাউহনবিরে।

রাম—মন্থুদি থাগৎবাহৈনি ; কত্তবা করিমো হায়রু, হাকথোক্লবা হোৎমসি।

দুর্ম্মুখ—(মপিত্তানা) মুং মাকোং ওইবিসি। (মাকোংদা অসি অসি)

রাম—ওম্ভোকপনি ! চৈথেং কনখ্রবা বাগ্, বজ্রনি। (অসি হায়রগা বাম্লখি)

দুর্ম্মুখ—লৌশিং তাবিমু মহারাজ !

রাম—( লৌশিং তায়গা )

মীয়ুমদা নৈরুবদগী মীনা সীতাবু চিংনবা
অঙকপা উপায় অমমা উচিন নাচিন্না কোকহনখি।
মোংদম থীবনা মতু 'মুক মায়কৈ খুদিং শল্লরে
অত্তাওবা হূইনা চিকপগী তুমা তৌবগী মতৌওম। ৪০॥
নোংদমথীবা ঐনা তৌগদবা করিনো ? ( বাথল তৌবগা লোয়মনা ) করি অমা তৌমিত্তাই নৈবগে ?

করিগুম্বা অমমা মীনা পেল্লবা তৌবা
অকবমীগী ব্রতনি, ঐবু বনদা শীতুনা
মথবায়বু থাত্তুনা হাকখি মতু ইপানা ॥৪১॥

হৌজিক্তা ভগবান্ বশিষ্ঠনা পাউসু থাবিরকখি। অমদি
সূর্য্যবংশগী কুথোইবা নিংথৌশিংনা তাইবংদা
চরিত্রবু অপানবা উৎপিরম্মি, অতুবু।
ঐগী ইরমগীদমক চরিত্রশিং অতুদা
মীরা মীপাউ কত্তবা লাক্লবদি মাঙজরে ॥৪২॥

হাদেবি ! যজ্ঞভূমিদগী পোক্লকপি ! জনক বংশবু মুঙ্গাইহনবি ! মহাত্মা চানবিদুনা পোকপিরক্লগা পৃথিবীবু শেংদোকপীথিবি অগ্নিদেব বশিষ্ঠদেব অমসুং অরুন্ধতী দেবিনা নঙী নচোরিভপু থাগৎখিবনি ; রাগভনা নথরায় ওইবীনি । অচৌবা বন চৎপা মতমদা ঐগী লোয়নাব ! ইপাবু পেলহনখিবি ! সুংশিনা রামদবা বা ভাংবী ! অয়োইবা নংগী নরাইবক অসিদি করি হায়রিগে ।

ভাইবংপানববু নপাম্না শেংদোকপিখ্রবা নত্তোন্দা
মীয়া কন্তবা ভাংনরি নপাম্না মীশিপুংম্নক
নপু পানবা ওইরগা নত্তদি নপু রাওগ্রবা ।।৪৩।।

(দুর্মুখগী মফমদা) নঙী অদোবা মিংথৌ রামনা থত্তহল্লক্লি হায়না কক্ষমণদা হায়রু ( মাকোংদা অসি অসি )

দুর্মুখ—অগ্নিপরীক্ষাদা শেংলে হায়না প্রমাণ তৌখ্রবী অমসুং মাগী গর্ভদা শেংলবা রঘুকুল সন্তানগী মমা ওমখ্রবী সীতাদেবীগী মফমদা মহারাজগা লৌকিক মী কন্তবগী মরানা অরানবা লমচৎ চৎথবিরক্লিবসি করিনো ?

রাম—লেপ্লো, লেপ্লো, পুরবাসী অমসুং দেশবাসীশিংনা মী কন্তবা করিগী ওইগনি ।

ইক্ষ্বাকু বংশদি প্রজানা য়াবনি, নোংদম থীবনা
প্রজানা পাউথোক্লবগী মরম ঙমথক থোকখরে ।
অগ্নিপরীক্ষ’ মতমদা লাপ্না পোকখিবা অত্তকপা—
থবকপু থাজগদগে পৃথিবীগী মী কনানা ।।৪৪।।

অদুনা চৎলো ।

দুর্ম্মুখ—অরাবনি দেবি! (চংখি)

রাম—অরাবনি! মীনা ফজ্জদনা ভাঙনবা—লমচং চৎপা তমখিবা মীশক ওইরেদকো ঐদে।

অঙাং ওইরিঙৈদগী য়োক্লকপী
প্রেথমা পূম্না লৈমিন্নরকপীবু
মমথাক তৌদুনাদ অশিবগী
মকমদা শীন্নখিবা তারেদো
শাগোকপনা তৌগুম' য়োকপা শাদা ॥৪৫॥

শোক্লবা য়াত্রবা পাপচেনবা ঐনা করিগীদমক দেবীবু মাংথোক-দোরিবনে? (তপ্না তপ্না সীতাগী কোক থাঙ্গৎলগা পাখোম চিংথোক্কুনা)

হৌনদবা থবক্লা — চগু'ন ওইবা ঐহাকপু
থাদোক্লোনে অপঙবি! — চন্দন পাম্বানি থনবোই?
য়েৎলুম্নগা মঙোন্দা — শিগদবা শোয়দনা—
হু পাম্বী অদুদাদি — য়েৎলুরেদে শকাক্লা ॥৪৬॥

(হৌগৎলগা অরাবনি! মথরায় পাল্লিন পূম্নক মশক মখা গুমথে, ঙসি রামগী পুন্সি লোইরবানি, অকংবা অরনব উপালমা নম্লবা—উমংগুম্নবা তাইবংপান হৌক্তক হাঙবগুম্ন, পুঙতাইবা লৈত্রে সংসার অরাবমক্কনি। চঙজকম লৈতে ঐঙাকী, করি তৌসিগে? করিনে উপায় কনায়দা চৎসিগে?

রামদা জ্ঞান পীবিরম্লে — অরাবা থঙনববগী।
শিবয়াবা মকন্নশিংদা — অরাব পীবা লেঙদবা
থরায়শিংনা বজ্রগী — *শঙ্কুনা তৌবগুম তৌরি ॥৪৭॥

---

*শঙ্কু=শল্য তাগুম্বা থুংলাই অমা।

হা মাতঃ! অরুন্ধতি! হা ভগবন্ বশিষ্ঠ! বিশ্বামিত্র! হা ভগবন্ অগ্নিদেব! হা দেবি পৃথিবি! হা ইপা ইবুঙ্গো! হা ইমা ইবেমশিং। হা চাররবা মরূপ সুগ্রীব! হা হনুমন! হা চাউনা ইজেং পাংবিথিবা লঙ্কামিংথৌ বিভীষণ! হা সখি ত্রিজটে! তোল্লবা রামনা নখোয় পুম্নমকপু চোপহনখ্রবনি অমসুং লালহনখ্রবনি। অমম্বোমদদি কৌবমকপু ইত্তিক ওইরবনি।

তৌবিমলদি খঙবা ঐনা মমাঙপনবদা
মহাত্মাশিং পুম্নমক পাপ পকখ্রবোই খল্লিদে।।৪৮।।
খোজাল লৈতবা ঐহাক্ক ইথবাক্কা মোন খাঙ্গদুনা
তুম্লিবী য়ুম্বু লৈতেংবী থুক্কুনা হোনবা—অশাংবা—
নুংশাস্বরনা চোংলবা খাগুরবা গর্ভনদি
মশা নুপ্পা গৃহিনীবু খাদোক্লগা চাণ্ডাককুম্বা
শা-কৈশচিংবৈ মকমদা হুনবগুম হুনবত্তাররবনি ।।৪৯।।

(সীতাগী মখোঙ অনী মকেক্কা হাপ্লগা) দেবি! রামগী মকোক্কা মখোঙ থম্বালনা লোকপা মসিনা অরোইবনি। (মসি হায়দুনা কপই)

নেপথ্যদা—ব্রহ্মণশিংদা উৎপাত, ব্রাহ্মণশিংদা উৎপাত।

রাম—করি তৌররগে? থরা থঙ্গু—

(নেপথ্যদা অমুকন্থু) যমুনা মপান্দা লৈবা তপস্যা করবা ঋষিশিং।
লবণ হিংচাবা কিদুনা মহারাজদা লাকচরি ।।৫০।।

রাম— ওস্তোকপনি! হৌজিক ফাউবা হিংচাববু কিদরিবা? অদুনদি কুম্ভীনসীগী মচানিপাবু হাৎননবা শত্রুঘ্নবু থাগে।

( খোঙথাং খর থাংলুরগা অমুক হঞ্জিল্লক্লগা )

হা দেবি! কীবম অসিদা করম্না চংকদোরি? ভগবতি! পৃথিবী! লমচৎ ফজবী নচা সীতাবু য়েংবিয়ু।

জনকবংশ রঘুবংশ অনীদা পোকপা খিবিকী
মঙ্গলগী মশক ওইরিবী লমচৎ ফজবী মহাকপু
অশেঙবা যজ্ঞ মফমদা মহাক্ন পোকপিখিবনি ॥৫১॥

( অসি হায়রম্লগা চংথি )

সীতা—মীংথিজবা আর্য্যপুত্র! কদায়দ লেবিরবগে ইবুঙো! (থঙহৌ হৌগৎলগা) অৱাবনি! অৱাবনি! এঙদা আর্য্যপুত্রনা হন্দোকপিরমতুনা ঐনা আর্য্যপুত্রবু কৌরি। ঐবু আর্য্যপুত্রনা ইথন্দা হন্দোকপিরম্লগা কদায়দ লেঙবিগ্রবনো? মসি করিগীনো? করিগুম্বা উরগা ইশানা ইশাগী শক্তি শীজিন্নবা ভুম্নবদি অশাউবা থঙহনগে। মফম অসিদা কন কনা লৈবাগে?

দুর্ম্মুখ—(চঙলক্লগা) দেবি! কুমার লক্ষ্মণন হঙৎচরক্রি—দোলাই শেনশাতুনা লৈরে; লেঙখৎপিরসি।

সীতা—ঐ কাখৎলগে। (হৌগত্তুনা লে ঙগাং থরা থাংলগা) ঐগী গর্ভ অসি চোংবগুন তৌরি; অতুনা ঐ তপ্না তপ্না চৎকে।

দুর্ম্মুখ—দেবি! অসোমদা লেঙবিরকাসি।

সীতা—তাপসশিংবু খুরুমজৈ, রঘুকুলগী দেবতাশিংবু খুরুমজৈ, আর্য্যপুত্রগী চরণ কমলবু খুরুমজৈ, গুরুজনশিংবু একপু খুরুমজৈ।

(পুম্নমক থোকাথ।

( চিত্রদর্শন কৌবা অহানবা অঙ্ক লোইরে )

# অনিশুবা অঙ্ক

( নেপথ্যদা ) লেঙশিনবিয়ক্লেদনা তাপসি !

(লমকোয়বীগী কিজোমদা চঙলক্লগা) তাপসী —ওঃ ! বনদেবতা অসিনা

উনা উহৈ লৈয়াংগী মশক ওইবা অর্ঘ্যনা ঐগী পূজাতৌরি ।

বনদেবতা (চঙলক্লুনা অর্ঘ্য কৎলগা)

বন অসিদা নখোয়না শীজিন্নবিয়ু নীংবতা
ঐঙোন্দদি ঙসিসে য়াইক সুমিৎ ওইরবনি
অক্ববনীশক অমগা অমগা থেংনজবদি
পুণ্য অমনা থোকপনি বন অসিদা লৈরিবা
উরুম ঈশিং অমসুং তপস্যাগী মরীদা
চাবা য়াব ফলমূল পূন্নমকসু ননীংনি ॥১।

তাপসী—মফম অসিদমুদি হায়বিক্লাই করি লৈবগে ?

সাধুগী লমচৎ ব্যবহার— পূন্নমক পেন্নবনি,
লোল্লুক বাহৈ থিবিকসু পূক্নীং ইচু হূবান,
পূক্নীং য়াথল থিবিকপু মীগী য়াইফনবনি,
লোয়নবসু নমথাক্নী— শক্লক অমা য়াওদবা
অহানবদা মমৈদা সুংশিনবা লেঙদনা
লুববা সাধুচরিত্র পূন্নক্লগী ছেনবনি ।২।

( মতুংদা অনিমক কননি )

বনদেবতা—অদোম্সু কনানি হায়না হঙজগদগে ?

তাপসী—ঐহাক আত্রেয়ীনি ।

বনদেবতা—আত্রেয়ি! কদোম্নগীনো অসিদা লেঙলক্লিবদে অমসুং দণ্ডকারণ্যদা লেঙশিল্লকপনা মরম করিগী?

আত্রেয়ী—অগস্ত্যমচিংব সাম—বেদকৈবা মুনিশিং

লৈরি মফম অসিদা মফমদগী মখোয়গী—।

বেদান্তবিদ্যা তমগে লাকচবনি বাল্মীকি—

মুনিগী আশ্রমদু'দৈ দণ্ডকারণ্য'সিদা।।৩।।

বনদেবতা—মুনি কতে কতেন ফাওবা বেদবিদ্যা মপূং ফানা ফংজনবগী-দমক কুইরবা, বেদগী অধ্যাপক বাল্মীকিবু থত্থরিবনি, অদুগা অসুক বানা মতম শাংনা লংকে (মীয়ম) দা চৎপগী মরম করিনো?

আত্রেয়ী—মফম অদুদাদি লাইরিক লাইসু তম্বদা কায়মনবা মরক্তা য়াম্না লৈবনা মফম অসি তাম্না লাকচবনি।

বনদেবতা—করম হৌনা?

আত্রেয়ী কনাগুম্ব প্রধান দেবতা অমনা ভুক্লিডাইডাক্তা মওইবা খোম-থাইবদমডাইঁরবা নিপানিচা অসিথক ভগবান্ বাল্মীকিগী মফমদা থম্লগা চংখ্রে। মখোয় অনি অদু চুম্নগী মসুংশি নত্তে, কনাগী অচৎ চত্তনা মখরায় পানবা পূম্নমক, মশক অদু উবদা *বাৎসল্য প্রেমনা ডাওরিবনি।

বনদেবতা—অঙাং অনি অদুগী মমিংদি থঙবিবরা?

আত্রেয়ী—দেবতা অদুনা অঙাং অনিগী মমিং কুশ অমসুং লব কৌই হায়না তাকপিরম্মি তৌবদুম্ব মতৌসু তাকপিরম্মি।

বনদেবতা—তৌবদুম্বদি করিনো?

---

*বাৎসল্য প্রেম = মচাবু নুংশিবা মশুবু নুংশিবা।

আত্রেয়ী—মতুংদা মোংমগী মুমিত্ত মুমিংযু'বা মতমদা ব্রহ্মর্ষি বাল্মীকি তমসানদীদা লেঙলুবদা মকম অদুদা পুম্না নৈমিয়য়ম্ব ক্রৌঞ্চ পক্ষী ( চেক্ল ) লাবা অমোম্ আমগী মমুংদা ক্রৌঞ্চ লাবনু ব্যাধগী তেম্না পানবদু উবিখিবা মতম অদুদা শম্লুদনা চিন্দগী খংথোক থোকখিব "অনুষ্টুভ" ছন্দনা লেংবা শৈয়েং অম খিদোকখি।

চাণ্ডাল নঙদি মতম কুইন তেক্কুকায়দনা লৈয়োইকো
কামদা মুন্দুনা লৈয়িবা— ক্রৌঞ্চ লাবন্ হাংখিবা ॥৫॥

বনদেবতা—বেদগী মমুংদা য়াওদবা অমোব ছন্দ অসিনা থোক্লকপদি অঙকপনি।

আত্রেয়ী—মতম অদুদা, শব্দময়ব্রহ্মনা মাগী মকমদা কাওখিবা—ভগবান্ বাল্মীকিগী মাক্তা সৃষ্টিকর্ত্তা ব্রহ্ম লেঙবিয়রক্লগা তাকপিখি—"ঋষি নহাক চপচানা শব্দময়ব্রহ্মবু খঙলবনি, অদুনা নহাক রাম চরিতইয়ু, মাগী তেঙবু কনানম্ম লিংব ভম্লোইদব - অদুগুম্বা ঋষিগী জ্ঞান মঙোন্দা ফাওরসনু ; নহাক আদিকবি ওইরবনি" অসি তাকপিরম্লগা অন্তর্দ্ধান তৌখি। অদুগী তুংদ বাল্মীকিনা শব্দ-ব্রহ্মগী অহানবা শকথোঙ ওইবা—রামায়ণ কৌব ইতিহাসবু লেখি।

বনদেবত—ফয়েখ! অদু ওইরবদি তাইবংপানগী মী পুম্নমক পণ্ডিত ওইরে।

আত্রেয়ী—মরম অসিনা মকম অদুদা নাইরিক তম্বগী অপনবা য়াম্না লৈ হায়জাখবতুনি।

বনদেবতা—অচুম্বনি।

আত্রেয়ী—ঐহাক পোথ'জরে, কৌশিক অগস্ত্যাশ্রমগী লম্বী তাকপিয়ু।

বনদেবতা—মকম অসিদগী পঞ্চবটীদা চঙবিরগা গোদাবরী অসিগী মপাম ইম্না লেংবিয়ু।

আত্রেয়ী—(পিরাং শিল্ল-শিল্লনা) মসি তপোবনলা? অসিনা পঞ্চবটীরা? মসিনা গোদাবরীরা? মসি প্রস্রবণ গিরিরা? অমস্তুং অদোম্না জনস্থানদা লৈবী বনদেবতা বাসন্তীরা?

বাসন্তী—পূম্নমক অচুম্নি।

আত্রেয়ী—ইবেম্মা জানকি!

রারী রাজাই শাবদা মথং মথং মতাম্না
পঞ্চরম্ম সুংশিবা মরূপশিংনা মতাকী।
মমিংদনক চয়ররী— মচবু ঐথোয় ইফমদা
তৌরি উচমশিবগুম শংশং শংশং ইমিংতা। ৬।

বাসন্তী—(কিনা কিনা মনন্দা) "মমিংদমক ভয়ররী" হায়বসিদি করিনমো? (কোংনা খার্যো! সীতা দেবীগী থুদোংথীবা করি থোক্লবগে?

আত্রেয়ী—থুদোংথীবদা নত্তে, ফজ্জদবা র'থোক অমম্তুনি।

বাসন্তী—করম্না জাংনে?

আত্রেয়ী—(মাকোংদা অসি খসি)

বাসন্তী—মাঙলে, মাঙলে, ভমখিব পোংদনগী চৈখ্রাম। (অসি হায়রম্লগা রাম্থখি)

আত্রেয়ী—ইবেম্মা! জ্ঞান তাবিয়ু।

বাসন্তী—(হৈহাক লেরগা) হা ইতা সুংশাবি। লাইবক ফবি! নহাকী

পুন্সিগী নরোইবা খোঙকমদা অঙ্গম ওইখ্রবনিকো ! রামভদ্র ! রামভদ্র ! নঙোন্দা শাউদ্রুম কাম্নদে । আর্য্যে ! আত্রেয়ি ! লক্ষ্মণনা মতেম সীতাবু থাদোক্লম্লগা হনখ্রবা মতুংদা সীতাগী ফিবম কয়ি ওইখি, মদুগী ইপাউ খঙবিবয় ?

আত্রেয়ী—খঙজদে, খঙজদে ।

বাসন্তী—ওস্তোকপনি ! অবাবনি ! রানীকৌশল্যা নচিংবী অহল লম্বল নৈরিবদা অমসুং আর্য্যা অরুন্ধতী অমদি বশিষ্ঠনা ঙাক-শেল্লিবা ইবুংদবু আসঙুম্বা থোদোক কয়ম হায়না খোকখ্রবনো ?

আত্রেয়ী—মতম অদুদা গুরুজন পুম্নমক ঋষ্যশৃঙ্গগী যজ্ঞদা চৎখি । চহী তরানিথোই চুপ্প তৌবা যজ্ঞ অদু কৌজিক লোইবে ! ঋষ্যশৃঙ্গনা মবুক পেল্লদুনা গুরুজন পুম্নমক বিদায় তৌখ্রে । অদুগী তুংদা ভগবতী অরুন্ধতীনা তাকাপাখি—"ঐ সীতা নৈত্রবা অযোধ্যাদা চৎলরোই" রামগী মমাইবেম্মশিংসু ব অদু অচুম্বনি হায়না য়াবিখি । মশোয়গী পুক্লীং উদুনা ভগবান্ বশিষ্ঠদেবনা "ঐখোয় বাল্মীকিগী তপোবনদা নৈরুবাসে" হায়না চুমথ্রবা ফজথ্রবা ব'হে অনিতাকপিখি ।

বাসন্তী—নিংদো অদু হৌজিক করি তৌরগে ?

অত্রেয়ী—নিংদো অদুনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌরি ।

বাসন্তী—হায় ! হায় ! অমুকস্থু লুহোঙখ্রবা !

আত্রেয়ী—পাপকী বা অদু হোদোকাপিরগনু ।

বাসন্তী—অদু ওইরবাদ যজ্ঞ অদুদা সহধর্ম্মিণীনা কনানো ?

অত্রেয়ী—সীতাগী সনাগী মূর্ত্তিনা ।

বাসন্তী—অঙকপনি অঙকপা !

বজ্রদগী হেন্না কনবা                কৈরাংদগী থোংপা হেন্না
মীকোক থোংবগী পুক্নীংবু        কনানা খঙবা ঙমগনি ॥৭।

আত্রেয়ী— মহৰ্ষিবামদেবনা মন্ত্রপাঠ তৌদুনা সংস্কার তৌখ্রবা হাংমনা শগোলম্ভু থাদোকখ্রে।

শাস্ত্রগী বারেল মতুং ইন্না মহাক ঙাকদবা মীসু লেপখ্রে ; লক্ষ্মণগী মচানিপা চন্দ্রকেতুবু শগোল ঙাকপশিংগী সেনাপতি হাপ্লুবা অপোইবা খুংলাইগী মথৈ পীদুনা *চতুরঙ্গ সৈন্যবু তুংদা ইলহন্দুনা থাখ্রে।

বাসন্তী—(মুংশিবা অঙকপা অমসুং পা তাবগা লোয়নমা) কুমার লক্ষ্মণনসু মচা ফঙখ্রবা ! কায়মাইপেন্না !

আত্রেয়ী—মতম অসিদা ব্রাহ্মণ অমনা রাজদ্বার (সনথোঙ) দা মাগী অশিবা মচানিপা অড় থমগা মথবাক্তা খুদুন্না শুদুনা "অব্রহ্মণ্যম্" হায়না কন্না লাউরম্মে। মদু তারগা "হিংথোগী মরাল লৈতবা প্রজাগী মমুংদা মতম চাদনা শিবা কৌনদে" হায়না মুংশিহৈবা রামভদ্রনা মশাগী মরালনি হায়না খল্লিরৈদা আকাশবাণী লাউরকই—হে রাম !

শম্বুক কৌবা শূদ্রনা                পৃথিবীসিদা তপ তৌরি।
মকোক কক্কদবা মাবু             হাংলু, হিংহল্লু ব্রাহ্মণবু ॥৮॥

মদু হেক তাবমক্তা হিংথো রামনা থাঙ পায়দুনা পুষ্পকবিমান

---

*চতুরঙ্গ সেন্য—শগোল, শামু, রথ, খোঙনা চৎলবা তেপ্পোল মরি অসিবু চতুরঙ্গ সৈন্য কৌই।

তোংন্থনা শূদ্রতপস্বী অদুবু থিনবা হায়দুনা মায়কৈ পৃথবক থুংনা লেপ্পখি।

বাসন্তী—শম্বূক কৌবা শূদ্রনা যজ্ঞগী থূম (মৈথু) দং থক্কুনা অমম্থান অসিদা তপস্যা তৌরি। অদুনদি অমুকস্থ রামচন্দ্রনা বন অসিদা খোঙলেঙবিরকত্রা ?

আত্রেয়ী—ইবেম্মা ! লেঙলসি।

বাসন্তী—করে। সুংশা অসি হক্না কনখ্রে।

উচেক মহুম শাৰিবা    উপাল কম্না মপান্দা
লৈরি গোদাবরীগী,    মুংশামৈশা লাংলবা
লমথুম্ব য়েনগী মপৈনা    খোংলি মখোয়'মথক্তা,
উচেক কাংবু থরনা    মচীমদি হন্নপা
উগী উকুন্মুংদগী    ভীম ফাদুনা চিংথোক্লি,
মায়কৈ অমরোমদনা    শামুগী হাক্চরবা—
চায়রাং অদু তকপদা    নোমবা উপান্থক্তে
মুংশানা লৈখোক লোয়বা    লৈরাংশিংনা ফেনক্লি,
অসিগুম্বা লৈরাংনা    গোদাবরী নদীবু
উপালশিংনা ইরাংপা—    মতামাল্লি য়েংবদা ॥৯॥

( মতুংদা অনিমক চৎখি )

বিষ্কম্ভক

(মতুংদা খোক্তালগা লোয়নমা থাঙ হাইগত্তুনা রামচন্দ্র চঙলকই)

রাম—    হে থুং য়েৎশংব ও !    মহুনা শিথুবা ব্রাহ্মণ—
মচ হিংহনবগী    তপ তৌরিব, শূদ্রদা

খাওনা য়াম্নু মহাক্তি ঐহাক মক্তী ইশানি—
অরুম্বনা গর্ভগী রাজরবী সীতাবু
ধমদা থাবা হুয়্রিবা— নঙোন্দ দয়া লৈত্রা ? ।।১০।।

(য়াম্না রানা য়াম্নগা) রামগী মতিক চাবা থবক্তি তোরে, অদুবু ব্রাহ্মণ মচা অডু হিংলমগদ্রা ?

দিব্যপুরুষ অমা ( চঙলক্লগা ) মহারাজগী জয়।

যমগী অকিবা কোকপিবা— নঙনা ইথবায় লৌবিরে
অঙাং অসিসু হিংজরে ঐসু চাওখৎপা ফংজরে।
শম্বক অসিনা মখোঙদা খুরুমজরি মকোক নোম্না
সৎসঙ্গদগী ওইরকপা শিবমঙ্গসু লালহল্লি ।।১১।।

রাম—অনিমক ঐগী অপাম্বনি ; অকমনা তপস্যাগী মহৈ মশানা ফংজো।

মকম অডুদা মুঙচাইবা— ভোগখিবিক্লা লৈরিবা ।
বৈরাজ কৌবা অয়ংবা— লোকশিং অডুদা লৈকুমো ।।১২।।

শম্বূক—মহাক্কী চরণগী কৃপানা ঐনা ব্রহ্মলোক ফংজগনৌরিবনি, তপস্যানা মত্তে। অডুগা তপস্যানা পাংবা মতেংদি—

মথরায়পানবাখিবিক্কী মপু ডাকপিবা অখোইবা
থ্বাইমা খিনিডঙাই ওইরিবা মহাক্লা ঐবু থিবদা
যোজন চামগী লম্বীবু লান্দুনা য়োৎক্রে'সিদা
মসি ঐগী তপস্যাগী মপান্দনা ফংজরবনি
মন্ত্রবনি কয়ম তৌনা অযোধ্যাদগী মহাক্লা
ওইখোক্কবনি লেঙলকপা দণ্ডকারণ্য অসিদা ।।১৩।।

রাম—অসিরা দণ্ডকারণ্য অদো ? (মায়কৈ থুদিং য়েংলগা)

দণ্ডকারণ্য লমদমগী ঐনা উরিবশরাকশিং
মায়কৈ অমগী মকন্না তথোৎ তমেঙবা অমুবা,
অমরোমদনা অকিবা কংনা পাকথি শনথিবনা
শ্যাও শ্যাও লাউরিবা মেঙদবা চৌঙ্গীকুয়েলথিবিঙী
জম্ জম্ লাউবা মখোয়া মায়কৈ থিবিক শিল্লিবা
করিগুম্বা মকমদদি মুনিনা শীজিন্নথিবা
ঈশিংআশ্রম চীং তুরেল লৈথুমন্নু থুদোংথীরবা
লম্বীগা শন্নবা ঙাক্লি ঐনা হান্না থজিখবনি ।।১৪।।

শম্বূক – মসি দণ্ডকারণ্য অদুমক্লি । মহারাজনা
তমথিরবা রাক্ষস লিশিংতরা মরিথক
খর-দুষণ-ত্রিশিরা হাৎখিবনি অসিদা ।।১৫।।

অদুনা মরম ওইদুনা সিদ্ধক্ষেত্র ওইবা জনস্থান অসিদা ঐখোয়গুম্বা ।কগনবা দেশবাসীশিংনা অকি অমং লৈতনা চৎখোক চৎশিন তৌজরি ।

রাম—মসি দণ্ডকারণ্যদা মত্তে, জনস্থানম্নুনি ।

শম্বূক—অচুম্বনি, পূম্নমক্কী তুজুংনিঙাই ওইবা জনস্থান য়োমা লৈরিবা অশংবা বনগী পবেংনা খা পাংনা ইনথ্রে ; মসিগী মসুংদা লৈবা চীংগী গুহা পূম্নমক অঙাওবা অমদি শাউগনবা কৈনচিংবা শানা থল্লি । মরমদি

মসিগী মায়কৈ'মদা লৈবা মকমথিবিক'সে
ইচীক তুমবা লেঙদবা ঙাক্লি, মায়কৈ অমদা
জীবশিংগী অকিবা মখোল কয়াম্নু খোক্লি,

তৃঙ্গিংতুনা তুমথুবা    লিঙ্গাউশিংগী হোন্দোকপা
থমদগী মৈ থোক্লি    কোমশিংগী মনুংদদি
থজিক থজিক ঈশিংদৈ    *কৃকলাস জীবনা
ইথৌ লাংবা মরম্না    থক্লি লাইরেম'হুমাংবু ।।১৬।।
মমাইত্তো থরনা    লেঙদমদি নৈরম্বা—
জনস্থান'দু ঐহাক্না    উরি থারনা মমাইত্তে—
থৌদোকশিংদো থোকখিবা    থক থক পাল্লি থম্মোইদা ।।১৭।।

( মায়কৈ খুদিং য়েংলগা ) মরম খুদিংদা সীতানা শামজরম্বা মহাবনশিং অদু উক্লিবসিনি। মসিদগী হেনবা কিনিঙাম্ন অদা করি নৈগদগে ?

(শিবাং শিন্দুনা)

নৈহী মমম্না চূরবা—    বনদা মতাক্না নৈগনি।
মসিদা মানা নুঙাইখি    মাগী প্রেমদুদি মাগুশ্নি ।।১৮।।
নুংশিনবা মীশক্না    করি মত্তা তৌদনা।
উমঙাংনবতনা    অমাবনু কোকহল্লি
মানা মীগী অচানবা    ওইকুরিবা মীশক্তো
মাগী মাগী ওত্তবনি    পোৎশক মমল নাইদবা ।।১৯।।

শম্বূক—য়েংবদা পূক্নীং রাগদবসি য়েংদুনা কায়দে, মরাইকারবা—খোম্নাংগুদনা খোংলিবা বাহোংগী মথোরীমা খোৎশগগুম খোংলবা চিদাইমা পূমকোয় কোয়শিনবা অমসুং কুংলবা মুরবা ছাঁরা মপুং কারবা উয়াম্না নীংথিজরব, মথল মথলগী জীবশিংবা অকি অথং নৈতনা চৎলিবা পূক্নীং হুয়বা মরাইথংবা বনশিং অশিদুম মীৎয়েংতাবিয়ু।

*কৃকলাস=মতম কুইনা চাদনা হিংবা ড়ম্বা, শক্লোম পুবা চুন, দুমিৎহুংবী।

বন অসিগী মপুঙদা চেল্লি তুরেল কয়ামা,
ময়ায়কাবা উচেক্কী— মপৈনদি তোংলিবা—
লীগী মপাল কেনবদা— তুরেলশিংগী ঈংলবা
লুজরবা ঈশিংদা পকপ্রে মমম সুংশিবা,
মহৈশিংনা মুনবদা— মুশিন মুশিন মুয়বা—
লামগী বনদা য়াইবদা তুরেল চেল্লি থোংলাউনা ।।২০।।

অমসু—গুহাসুংগী শরোম পাখঙ শিংগী "থুং" হাইবা মখোন্দো
খোঙ্গেল খোঙ্গাংনা কয়ানুক-- চেঙ্গা চৌনাও রিথুইনা।
শল্লকী কৌবী উরীগী— য়াঙ্গোই শামুনা শেখবা—
মশা কায়োংদৈ শিল্লবা— খোঙ্গাংগী ঈজলবা'মদি
মীওইবৈ মাতোম'পেলকনবা শাবা মনম্বা চেঙ্গোইরি।২১।

রাম—( পিরোইনববু পিখাম্না ) মহাশয়! লম্বীলমথাঙদা অপনবা লৈত্রেসনু, অশেঙব মকমদা চংননবা দেববিমান কংজরো।

শম্বূক—থায়নরৈদগী বেদগী ওঝা ওইরকপা অগস্ত্যমুনিবু খুরুমজরম্লগা লেঙদবা ব্রহ্মলোকতা চংচয়গে। ( অসি হায়রম্লগা চংখি )

রাম— মমাঙৈগী বন অদু উরে ঙসি অমুকসু,
মতম কুইনা মডুদা লৈরড়ুনা ঐখোয়না
মখো তৌবা গৃহস্থ বানপ্রস্থ ওইড়ুনা
তাইবংপানগী অয়াম্বা নুঙঙাই মহাউ তংলম্মি ।।২২।।

অমসু—য়াংকোং খোংবা চীংশিংদো মাঙদা উরিবসিনি,
ময়াই কাবা শজিনা তিনবা বন'ছু মসিনি,
পুন্নাংচুবা অশোক। শাম্বী উরী খিবিক্লা

কুংবা মুসিল মুত্রবা লীপাম্বীনা তিল্লবা
মপালশিংদো ভুবেলগী মাঙদা উম্রিব'সিনি ॥২৩॥
লাপ্পা উবদা মাবু নোং'বৈক্তম্না উম্রিবা।
প্রস্রবণ চীংজুনি গোদাবরী চেল্লি ॥২৪॥

চীংদোল'চোবদা মসিগী জটায়ু পক্ষিরাজগী
লৈরম্মি মকোল, মহাক্কী মথাদা লৈব. উনাগী
থাংপোক শঙদ ঐথোয়পূম্বা থোয়জঙবা লৈমিন্নরম্বা,
অকুৎপা মকম'জুদনা মহৈনা লূমথরক্কে্না
গোদাবরী ঈশিংকাওবা লূকথরকপা মুশিনমুবা
উপালথিবিক্কী ফজবা নীংথিনা মকা লাম্লম্বা,
মকম'জুদা উচেকশিংনা থোংজুনা লৈকম ওইরিবা
অজুমা মরম ওইজুনা বননা লাউবগুম থল্লিবা ॥২৫॥

ওঃ! মজুদা মতম কুইনা লৈরকপনা শকথঙ মায়থঙনরবা, কেন্দোকপা মথল মথা অয়াম্বা থোদোক কয়াগী সাক্ষী ওইবা মকমশিং লৈরিবা, অমসুং চায়থোইবা সীতাগী চাবরী মতা বাসন্তী কৌবী বনদেবতানা লৈরিবা অজুঙৈগী পঞ্চবটী অদু মকম অসিমক্তদনি। ওসি রামদা থোক্লরিবসিবু করিনো?

হৌজিক—

কুইনা পূরুীং লাঙহনবা হূগী মহী অকনবা
পাকথোক শন্দোকপগুম্লে, তাগী তাত্তেক অমথক
চেৎনা য়ৈশিনখিবগুম তৌরি থম্মোয় নকাদা,
থম্মোয় ময়ায় মক্তদা মরুপানবা—অপোম্বা—

তৌরে পোখায়খিবগুম, অরাবগী মপৈনা
পূর্ক্লাং চনৌঙ তাহন্দে ঐবু মূর্চ্ছা কংহল্লি ।।২৬।।

অচুমকপু—থায়নগী মক্লাপ শক্লবা মকমশিংদি য়েঙ্খিগে। (য়েংলগা)
ওস্তোকপনি ! মকমগী ফিবম (মরোঙ হোংলয়ে ; মচুদি—
তুরেল ঈচেল চেল্লম্বা মকমচু মপাম ওইরয়ে,
পামেনগী অকুং অয়লগী মরোঙসু ঈতে তৈরয়ে,
কুইরবা তুংদা উরিবা—বন"সে অতোপ্প অমমি
হায়নচুম খাল্ল ঐহাক্লা, চৌংজাও শংসি লৈবতনা
থায়নচৌগী বন'চুমক্লি হায়মা খমবচু মচায়রে ।।২৭।।

অরাবনি !—ছন্দোক্কুনা চৎলবমক্কসু পঞ্চবটীগী প্রেমনা ঐবু চিং-
শিনবগুম তৌরি।
ঐনা মকম অচুদা সীতাগদি লোয়নমনা
য়ুমদা লৈ'গুম লৈচুমনা মতম কয়া লেল্লম্মি,
মাগী বারী অশাঙবা মতম থুদিংদা শাচুমনা
অযোধ্যাদা লৈরম্মি ঙসি পপিচেনবা রামনা
চামথোক্তবী সীতাবু ছন্দোক্লগা ইথন্দা
পঞ্চবটী অচুবু কয়ম হায়না য়েংশিগে,
ঈকায় থুম্নরমদনা মাবু করম হনসিগে ।।২৮।।

শম্বুক—(চঙলক্লগা) মহারাজগী জয় ! মহারাজ ! ভগবান্ অগস্ত্যনা,
ঐগী চৌন্দগী মকম অসিদা মহারাজ লেংবিরকপগী পাউ

অসি তাবিরদুনা মহারাজদা রাহৈ থর তাকপীরক্নি—মুংশি-জরবী লোপামুদ্রনা, বিমানদগী কুমথরকপা মতমদা ওরূমবা মঙ্গলগী পোৎলম থরা লাওদুনা মহাকপু ভাইদুনা লৈরি, অমসুং মহর্ষিশিংনসু ভাইদনা লৈরি। মরম অসিনা লাক্লগা ঐখোয়গী ঈকমদা ঈকায়খুম্নবা উৎলো, মতুংদা অরাওবা পুষ্পক তোওদুনা নরৈবাক্তা হল্লগা অশ্বমেধযজ্ঞগীদমক শেম শারু।

রাম—ভগবান্ অগস্ত্যনা তাকপীরকপদুমক তৌজগে ?

শম্বূক—অদুওইরবদি অসোমদা পুষ্পক থৌবিরসি।

রাম—মতীক চেনবি পঞ্চবটী। গুরুজনগী য়াথংনমি রামনা নীচৎ কাল্লবা, তাকপীয়ু।

শম্বূক—মহারাজ মীৎয়েং তাবিয়ু

উরিব'সি ঈমাওদা ক্রৌঞ্চাবত গিরিনি,
মাগী কুঞ্জগৃহদা ঘুং ঘুং লাউনা মকুনা
খোংলিবা মখোলদুনা তিমবা বাগী বাপেগী
মখোল' হৌবতাবদা কাকশিংনা কিদুনা
লৈরি তুমিন তুমিন্না, কোয়পাই কোয়পাই পাইরিবা—
রাহোং-মখোল ফংবদা পূকফত্তবা লিমশিংসু
চন্দন পাম্বী অরিবৈ কারোং কারি কিদুনা ॥২৯॥
উরে চৌংশাং পরেং'সে থা মায়কৈদা লৈরিবা
লোক্লুংসিদা মহাক্কী গোদাবরীতুরেলগী
ক্রোং ক্রোং লাউরি ঈশিংনা চৌং অাসগী চাংথক'সে

খোঙ্বা পুমজিনবিরবা   যুবা উয়ে চৌংদোম'সে,
মহৈ মহৈ থেংনবা—   মরম্বা পূম্রেক লেঙবা—
ঈথক'চোবা কয়াগী   ঈরাওখোল্লা কিরম।
ঈরেপ লেপকম থেংদবা   ঈমাওদদি উরিবা
ভূরেল কয়া লেংনবা   পুন্দুমদি লৈরিবা ॥৩০॥

( মতুংদা লোইনা থোকখি )

( শক্কটী প্রবেশ কৌবা অনিশুবা অঙ্ক লোইরে )

# অহুমশুবা অঙ্ক

(মতুংদা তমসা অমসুং মুরলা কৌবী ভূরেলগী *অধিষ্ঠাত্রী দেবতা অনি চঙলকপা)

তমসা—সখি ! মুরলে ! মতমা তকিং তকিংলিবরু করি তৌরবগে ?

মুরলা—ভগবতি ! তমসে ! ভূরেললক্কগী অখোইবী গোদাবরীদা তম্নরগীদমক ভগবান্ অগস্ত্যগী পত্নী লোপামুদ্রানা ঐঅসি থাবিরকপনি। খঙবিদকে লোয়নবী থাদোকখিবা মতুংদগী

থোইনা পুক্নী ঈংবনা   রামচন্দ্রগী'রাবা
†পুটপাক-মতোঙ্গুম   মপান্দদি খোক্কনা
খম্মোয়নুংদা অকনবা   চেথেঙ পীরি তন্তনা ॥১॥

---

* অধিষ্ঠাত্রী দেবতা a guardian or presiding deity.

† উনাবচিংবনা শাবা পাত্রগুম্বা অমদা হাপ্লগা সনাহিদাক্লচিংবরু পাক্লমঙুম মঙা।

চান্নবা মীশক কায়নবগী অদুগুম্বা শাংলবা অবাবদুনা মথঙ মথঙ হেন্নকপদা হৌজিক রামভদ্র থোইনা তিঙ্গং-রাঙ্গংলে ; মহাকপু উবদা ইথম্মোয় অসি তনিক তন্নিকপঙ্গুম তৌই। পঞ্চবটীবনদা লোয়নবীগা লোয়ননা লৈবা মতমদা চিংনদনা পাউখোকখিবা থৌদোক কয়াগী সাক্ষী ওইবা নমদমশিং অদু রামচন্দ্রনা শোয়দনা য়েংবিরগনি। কনমক তপ্নবস্থ ঈঙলবস্থ মকমশিং অদুদদি রামভদ্রগী ফিবম অসিদা চাংহেন্নবা অবাবগী অকনবা চৈথেঙনা থোঙকম খুদিং থোইনা খুদোংথীনিঙাই লৈ। অদুনা ভগবতি ! গোদাবরি ! মকম অদুদদি চ্যেকশিনবীগনি।

ঈরীক কুপাত্রক কুপ্পবু হুম্ হুনা ঈংলবা
খম্বাল লৈরিক মমস্থ চেম্নদুনা চৎলিবা
ঈথক কাইদ মুংশিংনা লৌশিং মাগী মাঙলকপা
মতম মতম অদুদা লৌশিং পীনবিরুকো ।।২।।

তমসা—মুংশিবিবগীদমক কান্নবা মতেং পীবিসনু রাই, তৌইগুম্বসুং হসি রামভদ্রনা লৌশিংতানা লৈমনবগী মরু ওইবা উপায়দি রাম্না নক্না লৈরবনি !

মুরলা—করম তৌনা ?

তমসা—তাও, মমাইঙেদা লক্ষ্মণনা সীতা দেবীবু বাল্মীকিগী তপোবনগী মনাক্তা হুন্দোক্রম্নগা চৎখ্রবদা *প্রসববেদনা ফংবী সীতাদেবীনা থাঙবা ভমজদ্রদুনা গঙ্গাদা চোংথবা মতম অদুমক্তদা মরুম অদুদা মচানিপা অনী পোকই ; মতম অদুদা ভগবতী পৃথিবী অমসুং গঙ্গানা অঙাং অনিদুগা লোয়ননা সীতাবু লোরগা

*প্রসববেদনা = অঙাং উন্নবমদাই মতমদ, মমানা ফংবা অরাবা।

পাতালদা পুখি। খোঙ্গাং অমৃত থাইরবা মতুংদা অহাং অমি অদু গঙ্গাদেবী মশামক্না মহর্ষি বাল্মীকিগী মকমদা শিন্নখি।

মুরলা—(অতকপগা (লোয়নমা)

অসিগুম্বা মীশকশিংগী অবা অমংসু ঙকপনি।
তাঙ্গালিদসু মকংই মতেং পীবিমখসু ॥৩॥

তমসা— "হৌজিক শম্বুকগী থৌদোক অসিমা জন্মস্থানদা রামভদ্র লেংবিরকপা য়াই শীজিন্ত" হায়বসি সরযুগী মচৌন্দগী তাবগা ভগবতী গঙ্গাদেবীনা, রামভদ্রগী মরীদা সুংশিববদগী ভগবতী লোপামুদ্রানা চিংমবিথিবতুমক চিংমবিদুনা সীতাগা লোয়নমা চৎমবী লীচৎ শাদুনা গোদাবরীবু য়েংবা থিবা লেঙলক্লে।

মুরলা—ভগবতী গঙ্গাদেবীনা থনবিথিবা রাথল য়াম্না ফজবনি, মরমদি রামচন্দ্রনা কোম্নুংদা লৈরিঙৈ মতমদদি লৈপাক্কী য়াইফ খৌরাংদ পুক্নীং চঙদুনা লৈবমিন্না অরাবা কাথদুনা লৈবা হন্নি। মিংথৌ মথৌ তৌদবা মতমদা অরাবদগা লোয়নমা মকাক্না পঞ্চবটীদা চঙলকপদি খোইমা রামমবগী মরম্নি। অদুবু সীতা দেবীনা রামভদ্রগী পূক্নীং করম্না ফাগনি?

তমসা—ভগবতী গঙ্গাদেবীনা তাকপিথিবর্মক্লি— যজ্ঞভূমিদগী পোকথিবী সীতে! হসি ф আয়ুষ্মান্ ওইবা কুশলবগী পোকপদগী তরানিথোইশুবা চহীগী মশীং থঙনবা ওইনা মঙ্গলগ্রন্থিবন্ধন

---

ф আয়ুষ্মান্=অহল ওইবা শংনা মতীকমশুপ চেন্না পোকপা মহাদা শীজিন্নব: নাটককী বাহৈ। (generally used in drammas by elderly persons in addressing a nobly born person)

তৌরি ; অদুম্না মহাক্না মথুংমক্ত হেকচবা লৈরাংমা বৈবস্বত-মনুগীসন্তান ওইবা রামচন্দ্রগী বংশবু পোকপীবা পাপকোকপিবা অম্বা নকুবোক অহানবা সূর্য্যদেববু পূজা তৌজৌ : তৌইত্তখঙ্গুং লৈথক্তা লৈরবস্থ ঐগী ইতৌক্না মহাকপু মীদি হায়রুগনু ; উমং লাইরেম্বীশিংমক্তস্থ উবা কংলোইদবনি। ঐরোম্দনু তাকপীখি—"তমসে ! ইচা ইবেম্মা সীতাসে মত্তবু রাম্বা সুংশিজবীমি, অদুম্না মঙ্গো মাবু শেমগৎবনি।" হৌজিক মাম্বা তাকপীবা মত্তুং ইন্না ঐম্বা তৌরি।

মুরলা—ঐস্থ পাউ অসি ভগবতী লোপামুদ্রাদা হঙ্গৎলুখিগে, রামচন্দ্রনু লেপ্তলক্রম্বা রারে খল্লি।

তমসা—সীতা দেবী অদু গোদাবরীগী ঈরেলদগী থোক্লক্লগা

তাইকেং তাইবা চম্লবা     চায়রুংনদি নীংথিবা
শমজি ইকাকায়রবা     মায়থোংবুদি পুদুমা
অরাবগী শক্তমগুম্     রামগী কারম মৈচাক্না
মশকমাইমা লাকগুম     লাক্লি পঞ্চবটীদা ॥৪॥

মুরলা—মসিনি সীতা দেবীদো !

থম্মোয় লৈরাং কংহুমবা     কুইরক্লবা তমখিবা—
অরাবমা কেতকী     পুষ্পগীদি মনুঙগী
মকহমবগুম লৈমাবু     লাংবম থাগী মুংশোমা
মথোক্তগী চোয়রবা     পূক্নীং হুবা উবাগুম
তাইকেং তাইমা কংলবা—     মশাসিবু মোংহল্লি ॥৫॥

( মত্তুংদা অনিমক চৎখি )

## বিষ্কম্ভক

( নেপথ্যদা ) অবাবনি ! ( মথুংনা কন্না নৈ হেক্লা অরাবগা অমসুং লাউতক্লবগা লোয়নবা তানা তানা সীতা চংলকই ।)

সীতা—হায় ! অসিদি প্রিয়সখী বাসন্তীগী বাহেনি ।

অমুক হন্না নেপথ্যবা )

মথাচৈডদা সীতাবা মথুংনা হেকপা শন্নকী

উন্নী'তুগী মজাবা য়োকখি শামু মচা'থা ।

সীতা—মাগী কনি— ?

( অমুকন্তু নেপথ্যদ )

মাগী সুপী অতুগা লোয়নতুনা ঈশিংদা

শান্নতুনা নৈন্নিউৈ মতম'তুদা কন্নবা

মথায় কাবা শামু'বা মাবু তৌরে আক্রমণ ।।৬।।

সীতা—( ঙিংনা খোঙকম থমা থাংলগা ) আর্য্যপুত্র ! ইচা অতুবুনি কনবিয়ু কনবিয়ু । ( বাখল তৌরগা ) ওহোকপনি ! পঞ্চবটী-দর্শন তৌরুবনিনা কুইনা হৈনথুব মরেকশিংনা লাইনক থৌবাগী তুংইন্নবাক্লি । হা আর্য্যপুত্র ( হায়তুনা বাঙ্খি )

তমসা—( চক্লক্লগা ) ইবেম্মা ! লৌশিং তাউ, লৌশিং তাউ ।

( নেপথ্যদা ) বিমানরাজ ! অসিমক্তদা লৈয়ু ।

সীতা—লৌশিং তাবতুনা অকিবা, শীকপা অমসুং সুঙ্ঙাইবগা (লোয়নবা) আঃ ! ঈশিংনা মযুক থন্নবা মোজী মোঙপুলক্তনা চীংলেখা শাংলবা বাহৈ অসি কনায়দগীনো খোক্লক্ক্ না মথোলবা আকোং থন্নবী লাইবক চাউবী ঐবু থহৌবনা সুঙ্ঙাই হনবিরবা ?

তমসা—( মোমোম মোক্লা অমস্তুং মপিতাম্না ) ইবেম্মা !

মরম লেপ্লকমত্রিবা বাহৈ অসি তাম্বগা

মোথোং তাবদা বাহোং অমোমগীদি মতৌগুম

তগক্লিব মহাক্লা রাখল্লিবা করিগী ? । ৭॥

সীতা—ভগবতি ! "লেপ্লকমত্রিবা" হায়না করিগী তাকপিবনো ? ঐদি থোঙ্খোক অসি তাবদা আর্য্যপুত্রমকীনি খঙবনি ।

তমসা— ইক্ষ্বাকুবংশগী মহারাজ রামচন্দ্র, তপস্যাতৌবা শূদ্রজ্রা মতীক ওকপা চৈরাক পীগে হায়না জনস্থানদা লেঙবিরক্লে হায়ব তারে ।

সীতা—মিংথৌ মহাক্লা মিংথৌগী মথৌ থাদবসি ঐথোয়গী লাইবক ফবমনি ।

(নেপথ্যদা) শা অমস্তুং উপালশিং মকম'তুদা ঐহাক্না
মরূপ মপাঙ ওইরম্মি, চায়থোইবী সীতাগা
লোয়নদুনা ঐহাক্লা মতম কুইমা লৈরম্মি,
লোক কয়া গুহাকয়া মকম অতুদা লৈখিবা
গোদাবরী তুরেলগী মপান্দা লৈবা চীঙী
মনাক মকপা লমদমদো উরিবশিং অসিনি ॥৮॥

সীতা—(উরগা) অরাবনি ! হকচাং অসি, অয়ুক্না থোকপা থাজগুম্না তাইকেংতাইরবনি, কংলবনি অমস্তুং শোল্লবনি, অতুম ওইনমক চীং লেম্ব অমস্তুং ফজবা প্রভাবমক্তমা আর্য্যপুত্রনি হায়বা অতুম্নখঙই । অতুনা ঐবু পায়বু । ( অসি হায়রগা বাঙ্খি )

তমসা—( ফাতুনা ) ইবেম্মা ! জ্ঞান তাউ, জ্ঞান তাউ ।

( নেপথ্যদা ) পঞ্চবটীবু উবসিনা

সুংদা তুমিন থুপ্লিবা কন্না চাকদোরিবা—
অৱাবা মৈগী মৈথু— মপৈগুম্বা অক্তকপা
মাঙজোমনা লাক্কনা কৃপশিল্লয়ে ঐহোন্দঃ ॥৯॥
হা প্রিয়ে জানকি !

তমসা (মথন্দা) থোক্লিবসিদি গুরুজন শিংমক্তগু চিংনবিগাই ওইবক্লে।

সীতা—( জ্ঞানতাবগা ) অৱাবনি ! কনিনমো থোক্লিবসিবো ?

( নেপথ্যদা ) হা দেবি দণ্ডকারণ্যদা লৈরিবগী প্রিয়সখি ! বিদেহরাজ-তনয়ে ! ( অসি হায়রগা বাক্তখি )

সীতা—মাঙলে, মাঙলে, লাইবকথীবা ঐগীদমক মীৎমা থম্বাল অশঙবা অনীমক উইশিন্দুনা বাক্তখ্রে। লৈমায়থক্তা লেঙদনা কবিগু গুমদনঃ তাদুনা লৈরে। ভগবতি ! তমসে ! কনবিয়ু, কনবিয়ু, আর্য্যপুত্রবু হিংহনবিয়ু (অসি হায়দুনা তমসাগী মখোঙ অমীদা তুখি।

তমসা—হিংহল্লু মঙনা ঈবেম্মা ! লৈপাক্তী মপু রামবু।
মথুংতা মামা পাম্বনি নাল্লু মহাকপু মথুংনা ॥১০॥

সীতা—অমবু ওইরে অমবু ওইরে ওইসনু, ভগবতীনা তাকপীবক্তু-মতায়। (অসি হায়দুনা তক্লিংনা চৎখি)
(মতুঙদা সীতানা পিতানা তানা থুংনা নাল্লিবা লৈমায়দা তারিবা রাম, করাওবা অমস্তং জ্ঞান লোয়মনদুনা লৈরম্বা)

সীতা—(থুজিক্তেং সুঙঙাইজবগা লোয়মনা মথন্দা) তাইবংপান মপু রামগী পরায় অমুক লাক্লে শঙলে।

রাম—ওঃ। করিনো'সিদে

শহরিচন্দনগী মরাগী মরীরা 'হুনি
থাগী মতমগী চুপ্পবা শরুক্কা হীগা রৈবরা।
চান্দ্রবা থবায় পুক্কীদু নেমহনবিবা ঐহাক্কী
‡ সঞ্জীবনৌষধিগী মসমুৎ লীকপরা থম্মোয়দা ॥১১॥

মসাক্তেম্বা সীতাগা লৈমিন্নবা মতমদা
চুমা মশক থাম্বিবা, পুক্কীং চুম্না শুক্নপা
পুমতেক তেকখৎহন্নিয়া মশা মপোকতুনি শোয়দবে।
খাইন মৈশাদৈ শোকপা মূর্চ্ছা বুদি মাঙহল্লে
মুত্তোইহল্লে অদুমু পুক্কীং লৌশিং পীবিদে ॥১২॥

সীতা—(কিনা অমসুং মাক্কা হন্নোক্লগা) যদি কাওবসিদনা ঐতোন্দদি হাকপু হাকমল্লে।

রাম—(কল্লগা) চানবিরবী সীতানা ঐবু শোকপীখিত্রিবরা ?

সীতা—আর্য্যপুত্রনা ঐবু থিবিরকখিগত্রা ?

রাম—কবে, য়েখিগে।

সীতা—ভগবতি! তমসে! ঐদি হন্নোকচগে। ঐবু করিগুম্বা উবিত্রবদি রাথং রাওদনা স্নামাক্তা চঙলকই হায়দুনা মহারাজনা ঐবু শাউবিগনি।

তমসা—ইবেম্মা! গঙ্গাগী বরগী মতুংনা মতদি বনদেবতাশিংমক্কসু উত্রবীনি।

---

‡ সঞ্জীবনৌষধি=সী হিংজনবা চম্ব, মরৈ মুনবদা মশা শিবা পাম্বী।
হরিচন্দন=স্বর্গদা কৌবা মচু থাইনং মামবা উপাম্বী অমা।

সীতা—উম্, অতুমদি নৈ, চুপ্নি।

রাম—হা প্রিয়ে জানকি!

সীতা—(রাবনগী মকালামদবা খোঙ্গোকা লোয়মনা) আর্য্যপুত্র! খোদোক অসিগী মতৌক চারবা বাহৈনি। (মপি তানা) নত্তুঙ্গা কল্লবী, মপোক কয়ামুক্তস্থ মাবু উঙমদনা উবয়োনা অমেপ্পা খঙদবী, লাইবকখীবী ঐগী ইমিং পন্দুনা কৌবি-রিবী আর্য্যপুত্রগী মফমদা ঐনা কবঙ্গা মুংশিহৈতবী ওইশিগে। ঐনা মাগী থম্মোই খঙ্জিঙ, মানস্থ ঐগী খঙবি।

রাম—(মায়কৈ খুদিং য়েংলগা) মফম অসিদা কনাস্থ লৈতে।

সীতা—ভগবতি! তমসে! মরম লৈতনা থাদোকপিরবস্থ মাগী মশক উঙবদা ইপূক্লীংগী ফিবম কবি ওইগ্রে হায়বহু ঐ খঙগ্রে ঐ খঙগ্রে।

তমসা—ঐ খঙই, ইবেম্মা! ঐ খঙই।

উরানি খল্লমদবনা  উপায়বু থিনিঙ্ঙমদবা,
ফজদবা লমচত্তুনা  শাউরম্বা মঙ্গৌ পূক্লীংদো।
কুইরবা মতমগী মঙ্গুংদা  খঙহৌদনা থেংনবদা
তোকম খঙদবগুম্লবা,  মুংশি মীকৌ তাবদগী
পেল্লবা'রাবা উবদা  থোইনা কেম্নদি বাম্ববা
হৌজিক্কা প্রেমমক্তনা  মহৌচেনাখবগুম্লক্রে ॥১৩॥

রাম—দেবি! প্রেমনা মহৌ চেল্লবা  ঈংলবা নংগী স্পর্শ +
থোঙালগুম্ম শক্লাইবা  হৌজিকমকস্থ ঐহাকপু
মুঙঙ ইহল্লি কদাযদা  লৈনিবগে নহাকপো ॥১৪॥

---

+ স্পর্শ—পোকপা।

সীতা—আর্য্য পুত্রগী মপাম্নাইদবপ্রেমবু অমস্থং হয়াও সুংত্তাই হেনজনবা অহৌবা ভেংথাথোল ঐহাক তাকয়ে। মরম নৈত্তনা থাদোক-পীথিবমা তাশোম্না লেংবগা মাম্নরবী ঐগী মপোকপু ঐনা, ভেংথাথোলবু থাজকরুবদগী থাগৎনিত্তাইদি থম্নি।

রাম—সীতাদি কদায়দগী? মহাকী রাথল থলমমথিবদগী থোকখিবা রামগী প্রেমদি।

নেপথ্যদা—প্রমদি, প্রমদি (মমাইত্তেদা সীতানা মথুৎনা হেকথিবা শক্লকী অসিনচিংবা নৈথেং থীরকই)

রাম—(অরাবগা অমস্থং উৎকণ্ঠাগা লোয়নমা) মাগী করি?
(নেপথ্যদা অনুকম্প—"মাগী সুপী অদুগ।" অসিনচিংবা মথাগী শরুক অদু থীরকই)

সীতা—হৌজিক কনাবু থাখিগদগে?

রাম—মাগী সুপীগা লোয়নমা শার্দ্দুরব চায়বীগী মচানিপাবু আক্রমণ তৌরবা কত্ত্রবত্থ কদায়দনো? (মসি হায়রগা হৌগৎখি)

বাসন্তী—ত্তাকিং ত্তাকিং চত্তলক্রুগা) মহারাজ রামচন্দ্র!

সীতা—ঐগী চায়জররবী সখী বাসন্তী!

বাসন্তী—মহারাজনা জয় ওইবিরি।

রাম—মুম্না (মুম্না য়েংলগা) সীতাদেবীগী চায়জররবী সখী বাসন্তী!

বাসন্তী—মহারাজ! থীন্দনা লেত্তবিরসি, লেত্তবিরসি; অসিদগী জটায়ুগীরি শৃঙ্গগী থা মায়কৈদা নৈবা সীতাতীর্থদা লেত্তখত্থনা গোদাবরীদা লেপ্তশিনবিরগা মহারাজনা সীতাদেবীগী মচানিপাবু কণবিয়ু।

সীতা—হঃ ইপা ইবুঙ্গো জটায়ু! নহাক লৈতবদা জন্মস্থান অসি ইহাক্ত হাঙ্গলে।

রাম—বাহৈশিং অসি তাবদা থম্মোয় কায়বা ঙাক্কনি।

বাসন্তী—লোমদা লেঙবিরসি মহারাজ!

সীতা—ভগবতি! বনদেবতামকুস্ত থাজৈমক শেংবা এবু উত্রবরা?

তমসা—ইবেম্মা! গঙ্গাদেবীগী শক্তিদি লাইপুম্নমক্কগী হেনবনি, কনিগী চিংমনি?

সীতা—অদুদি মথোয়গী মতুঙ ইন্নসি (অসি হায়রদুনা অনিমক চংলি)

রাম—(চংলগা) ভগবতি! গোদাবরি! খুরুমজরি।

বাসন্তী—মুগীগা লোয়নব সীতাদেবীগী মচানিপামা মমান্নবা অকনবা শামুবু মায়খিবা পীয়ে, মুংঙোইবিয়ো মহারাজনা।

রাম—মতম লৈবা খিবিক্কা ইচামা জন্ন ওইসনু।

সীতা—ইমাই পেম্মা! মসিমা অন্নুম ওইগ্রবা!

রাম—নরাইবক ফবনমি।

খম্মৌ মতোমগুম্নবা— রাগী রাতোম অমিমা
খিন্দোক্লকপা মতমদা শামু মচা অসিমা
মাকোঙদি চিন্নিবা— লবলীগী মমাবু
চিংদুমদি লৌখিবা, মংগী মচা অসিমা
মচুম তাবা শামুশিং ডম্নে, পাখঙ কায়কপা—
মতমদুদা ফংনব— য়াইফবদ্র ফংজয়ে ।।১৫।।

সীতা—ইচা অসি মতম কুইনা পুন্সিদুনা নোংখিজবী লোয়নবীগা কুইনা কায়নদবা ওইসনু।

রাম—সখি ! বাসন্তি ! য়েংবিয়ু, শায়ুমচা অসি, মাগী লোয়নবীগী মপুক মেত্তহনবগী লৌশিংসু হৈরে।

শায়ু অমোম্বা থম্মৌ— কয়া ফুক্রপা মাগী
মচীন মনুংদদি হাপখি শায়ু লাবমা'লোমদা
অশাংপা থম্বালম্বা মমম্ ফুংশিবা ঈশিং'চীনগী
অমোমগী চীন্দা লৈবা থম্মৌগীদি মথক্তা
মপুং কামা চাইথখি— অত্তদগী মশাদা
অচুম্বা মত্তা য়াওবা— থম্বা থাম্লি মথক্তা ॥ ১৩॥

সীতা—ভগবতি ! তমসে ! অসিদি অসুম ওইখ্রে, থত্তদে, কুশ অমসুং লবদি মতম অসিদা করম ওইরিবনো।

তমসা—অসিনা ওইরিবা ফীবম অসিমক মথোয় অনীসু ওইখ্রে।

সীতা—ঐহাক অসুক্কী মতীক লাইবক থীনীনি—ইপুরোইবগন্তা কায়নবা নত্তনা ইচাগসু কায়নবীনি।

তমসা—লাইবক হায়বদি অসিনি।

সীতা—ঐনা ইচা পোকই হায়দুনবু করি ভোনগবনো ? ঐগী ইচানিপা অনিগী পঙ্কুণ্ডদিকুণ্ডবা ভৌরোকত্তৌবা থোংলবা য়াগী মত্তালনা লংলবা মথক্তাইনা তিল্লবা, পুক্লীং হুবা মরেক শেংলবা বাকৈ অমসুং মীশোক মীংথিজবনা তিল্লবা, ক্ষেমে ক্ষেমে লাউবা শম্না কজরবা মায়থোং থম্বাল অনিবু আর্য্যপুত্রনা চুপ্লিখিদে।

তমসা—লাইগী থৌজান্দগী চুপ্প ওইরসসু।

সীতা—ভগবতি ! তমসে ! শচ, অনিবু ফিংশিংলুবদ থোম্নাং হৌহুনা

শিন্নরবী ঐহাক্না, অমিগী পন্থোনা নাক্তা নৈবিবনীনা মতম থরগীদমক য়ুমপাম্বী ওইজরবনি ।

তমসা—মসিগী মরমদা কঝি হায়গনি, মচা কায়রবদি থমথেংনা পুংশিকঝি অমস্তুং মপা মমা ( পন্নেম পন্থো ) অমিবু ভাইমহনবা পোংশক্লি।

মতৌ মনাও অমিগী | থম্মোক হায়ব পোংশকী
প্রেমগী মরীভুনগী— | মচাহায়বা অথোইবা
কিশি অমথক কিঝি | বিধাতা কৌবা লাইনা ।।১৭।।

বাসন্তী—মহারাজ, অসোমদস্ত মিৎয়েং তাবিসি ।

মশাদগী পোক্লকপা | কুইদরিবা কজবা
মমৈবুদি লেঙলিবা | মডাল পুবা মমিগী
লুহুপকুম্ন উরিবা, | মাগীতাল্লোয় লোয়নবা
মমাঙৈগীদি বাহোঙ | লাবসিনা থোইদোক্লা—
হরাও জগোয় শায়গা— | মতুংদদি থোঙলক্লি ।।১৮।

সীতা—(হরাওনা পি তানা) মতুমি, মতুমি ।

রাম—ইবুঙো ! হরাওজো, ঐথোয় পুম্নমক নৈরে ।

সীতা—হরাওজসনু ।

রাম—সীংথিবী জনক'মমোম্ন | অসৌবা উমা মেজবা
থুবাক্ল তাম্না থাভুনা | মহাকপু জগোয় শাহনখি ।
কোইরক কোয়নদি মহাক্লা | চংলকপগী মতমভুনা
মাগী মিৎমহা অমিনা | চংলম্মি নৈন নৈনদি,
শক্লবঃ পী তুম জগোয়না | বাসা মমিৎপু নৈক্ষোভিথ,

মুংলিহৈরবা পুক্লীংনা মতম অদুগী মহাকপু
ইচা ওইনা থনখিবদু হৌজিকসু ঐনা মীংশিংলি ॥১৯॥

তম্মোকপনি ! শা উচেক কাওবা খঙদ চাম্নখিবগী মওং অদু ইহোং
হোংদবনি ।

মপাল থম্নদি শাৎলবা কদম্বপাম্বী অমথক
চাম্নখোইরবী সীতানা য়োক্লুনা চাউহনবিখিবা ।

সীতা—(মুম্না য়েংলগা মপি তানা) আর্য্যপুত্রনা কক্সনা (চপচানা) মীং-
শিংবিরে)

রাম—সীতাগী অদুগুম্নবা চৌংগী রাহোঙলাবসিনা
ঐগী ঐগীমি থন্দুনা মাসিদা তোংচুনা পুক্লোইরি ॥২০॥

বাসন্তী—মহারাজনা মকম অসিদা লেঙশিনবিসি ।
জানকীগা লোয়নবা— ইবুঙোনা নংগী চেপ্নকম—
কদলীবনগী ময়ক্ত— নৈবা উয়ে পুঙপাক্ত
সীতাদেবীনা মসিদা নৈচুনা মখোয়'মকমদা
শজীক থুবাম হনবিখি অদুনা ময়ম ওটচুনা
শজিশিং'দি অদুম মকম'সিবু থাদোক্তে ॥২১॥

রাম—মসি অমুক য়েংবা ঙমদ্রে । ( অসি হায়চুনা কপ্ন' কপ্না অতোপ্পা
মকম অমদা কমথি )

সীতা—সখি ! বাসন্তি ! নঙনা আর্যপুত্রদা অমসুং ঐতোন্দা মসি
উহন্দুনা তোয়্নবসি করিনো ? অরাবনি ! আর্য্যপুত্র অদুমক
পঞ্চবটীবন অদুমক, চিংনদনা পাঙথোকখিব' থোদোক কয়াগী
সাক্ষী ওইবা গোদাবরী মপান্দা নৈবা বনভূমিশিংছু, ইচাপক্রবা

শা উচেক অমসুং উপালবাপালশিংতুমক, অমসুং ঐহাক অতুমক পূম্নমক অসিমক উয়বসু লাইবক থীবি ঐঙোন্দদি কবিসু ওইত্রে।

বাসন্তী—সখি! সীতে! য়ামগী কিবম অসি কবিগী উত্রিবনো?

মতম লৈবখিবিক্কা        মঙনা য়েংনিং য়েংনিংবা
মতুং ইন্না মহাক্কা—        য়েংবা য়াবা ওইদুনা
খয়োম্শংবঙুম খোংপা        মহকতাংনা অনৌবা
মীংপু পেলহল্লম্বা—        মাগী ইন্দ্রিয়'পুম্বা
লোইনা ইশোন শোনখয়ে চোনা তাইয়ে কুচুসু
মপাঙলসু শোনখয়ে        অঙ্গমকপু মহাক্কি
হায়না খঙবদি ঙাম্ম        অনুমান-প্রমাণনা
অসি য়োম মক্কুসু        মপেলহাল্লি মীংপুদি ।২২॥

সীতা—য়েংলি' সখি! য়েংলি।

তমসা—ইবেম্মা! মবুঙঙাবু মতম কুইনা য়েংজবা ফংজৌ।

সীতা—হা বিধাতা! ইবুঙ্গো অসিগা ঐগা কায়নগনি হায়ববু মঙমক্কেদসু কনানা খনখিবগে? অদুনা মপোক অমা ওল্লগা উজবঙুম্না মতম খয়দং মাবু উজবিদৈ অসিদা ইপিন তাখ্রবা অমুক অনৌবা লাকত্রিদৈ ময়ক্কা আর্য্যপুত্রবু য়েংজগে। (অসি হায়রগা য়েংখি)

তমসা—(পি তানা সুংশিনা কোল্লগা) সীতে!

অবা সুঙচোই অনীনা        মাগী পোকফম ওইরিবা
মচী চাউবা পিয়াংনা        মঙোন্দগী তারিবা
চোয়োক চোবা কজবা        মংগী নমীং অসিনা

উমিংবগী ময়াইদা লাওদা শাংবা চংলিবো
প্রেমামৃতমু হেন্না চেন্থরক্লিরি হুদা
পীকপা কুমুদ্বতীগুম মথুরেতবু চাইথবি ময়ুংগুম

বাসন্তী—থোইবিশিন্দুহল্লিবা উপালশিংদা অর্ঘ্যবু
কংলনমু মহৈনা অমহক্কিমু মপান্না।
শাংকায়ুরব থম্বালগী মমম্মদি হাম্বা
বনগী মুংশিং শীংলমু, মতি লীলাগীদমক
খোরম্বাক্ললব উচেকশিং খোংগলমু তংতনা
মহারাজ রামনা লেংগীহক্নে বনশিদা ॥২৪॥

রাম—সখি! বাসন্তি! নৈমু মকম অশিদা।

বাসন্তী—(কপ্প কপ্পা মপি তানা) মহারাজ! কুমার লক্ষ্মণ য়াইকরিকো?

রাম—(তাদবগী অভিনয় তৌরগা)

সীতানা মথুং থম্বালনা পীনবিখিবা ঈশিংশ
রাইনু চরানা শক্লোক্না য়োকপিরম্বা উপালশিংবু
উচেক'মমুং শজিশিংবু উক্রবগা ইপুক্লৌংগী
মুং কায়হনবা ভমগদবা বজ্রমচিংবৈ বেগগুম
হায়কম থজদবা বিকার মথল অমথক কাওর্ক্রি ॥২৫

বাসন্তী—মহারাজ! এনা হজংচরি—কুমার লক্ষ্মণ য়াইকবিরিকো?

রাম—(মথন্দা) এত্তোন্দনা প্রেম য়াওদব "মহারাজ" হায়না যাকৈনা কোবা, লক্ষ্মণগী মরীদনা য়াইকরাহং, মত্তুদমু প্রেমনা থুমহৎলন মরোম মকা লাএনব অসিনদি থক্করে, বাসন্তী অসিনা

---

কুমুদ্বতী=মঙ্গোম অনৌবগী ভুবেল।

সীতাগী মমম শেংনা খঙলম্বা তারে। ( ফোংনা ) উম!
কুমার লক্ষ্মণ য়াইফরি। ( অসি হায়রগা কপখি )

বাসন্তী—মহারাজ! অসুপকী মতীক তমখিবিরিবা! করিগীনো
অসুপকী মতীক তমখিবিরিবদে?

সীতা—সখি! বাসন্তি! মহাক্না অদুক কয়া খেংনা ভাঙলিবনা
করিগীনো? ঐগী আর্য্যপুত্রদি খায় পূম্নমক্না ফজনা লোয়-
নগদবনি, অদুগী মথক্তা ঐগী সখীনদি থোইদোক হেন্দোক্না

বাসন্তী—

মঙনা ঐগী পুন্সিমি নঙনা ঐগী থম্মোয়নি
ঐগী মীত্তা থাবলমি অমৃতনি ইশাদা
সুংশি মপাও'সিগুম্বা কয়া কয়া হায়দুনা
পঙক্করবী সীতাবু পেলহনবিরগা থোইনা
করে তোক্লসি, বুঙেগা! মখা তাবা কান্নদে ॥২৬॥

( অসি হায়রম্লগা বাম্থখি।)

রাম—মসিনা রা মখা তাদবা অমম্লুং বাম্থবা অচুম্বনি। সখি!
বাসন্তি! লৌশিং তাউ লৌশিং তাউ।

বাসন্তী—( লৌশিং তারগা) অদুবু মহারাজনা তৌকমথোক্কবা খবকপু
তৌবিখিবসি করিগীনো?

সীতা—সখি! বাসন্তি মখা তারগনু, মখা তারগনু।

রাম—ঐগী প্রজাশিংনা য়ানিংদবনা

বাসন্তী—করিগী য়ানিংদবনো?

রাম—অদুদি প্রজাশিংনা খঙলমগনি।

তমসা—মখোয় অদুবু তখি তখি তাকপীরম্বনা মতীক ওক্রম্বখি।

বাসন্তী—হে ইবুক্তে ! তমখিবা ! মীংচৎ পাম্বা মস্তোন্দা।

কত্ত'মীংচৎ অকিবা থোকপসিবু হৌমক্রা ?

শজি মীত্তা তারিবী—সীতাগীদশা উমংদা

করি থোকপ্রে মচুদা করি থমবি তাকপীয়ু ॥২৭॥

সীতা—সখি ! বাসন্তি ! মহাকমক্লি তমখিরিবদি ; মঙমা তেংথা

তেংথাচুনা ঐখোয়গী অবা মৈচাকপু অমুকস্ত হেনহল্লি।

তম্াসা—মংগী প্রেম অমস্তুং অরাবমক্তনা হায়বমি।

রাম—সখি ! মরম অসিদা করি থমনিঙাইবু লৈবগে ?

চহী'মত্তা ভায়রিবা— মিপাইগমবা শজিগী

মমীৎ মামবী মমীৎমা, গর্ভ মপূং ফাবনা

লেঙম শাঙমজক্রবী সীতা দেবী মহাক্টী

থাগী মঙাল মাঙ্গবী থম্বো'মোব' পারিবী—

উরিগুম্বী হকচাংদো শাহিং চাবা জীবনা

মাঙহল্লম্বা শোয়রবোই হায়বা লেপ্লে পুক্রীংনা ॥২৮॥

সীতা—আর্য্যপুত্র ! লৈজরি, ঐ লৈজরি।

রাম—হা প্রিয়ে ! সীতে ! কদায়দা লৈবগে নহাকপো ?

সীতা—অরাবনি ! আর্য্যপুত্রস্ত থোমথোক্লা কপ্লবা !

তমসা—ইবেম্মা ! মসি চপচামা তোকম থোকপনি। মরমদি অরাবা

ফংলিবশিংনা অরাবহু কোকহনগদবনি।

চাউখৎলকপা ঈশিংনা ঈতুংফমগী অমাঙবা

থোক্লক্কদোরবদি চিঙিঙ মচু ঈশৎনা

অহুগুম্বা অৱাবা— হেঙ্গৎলকপা মতমদা
তেংথামারোয়বতনা থম্মোইবুদি কাবমি ॥২৯॥

খোইদোক্লা রামভদ্রদদি তাইবংপাম অসি মথল শুবা অৱাবনী মফম ওইরে।

চেংকশিল্লবা পূক্লীংমা ঙাক্কদবনি পৃথিবী,
ওল্লাঙ থাগী মুংশামা তৌবগুম্বা লৈরাংবু
চায়থোইবী কায়নবে অৱাবনা থরায়বু
চোকথ হুইথহল্লিদো, থাদোকখ্রুগা মশামা
তেংথাডুনা অৱাবা— কোক্লনবা হোৎনবা
পঙল্লা য়াবা মত্তেদো, অডুনা হৌজিক'রাবা
ফোংদোক্তুনা কপ্লসে কায়বনি রামদদি ॥৩০॥

রাম—অৱাবনি! অৱাবনি!

ময়াতাবা অৱাবৈ— চৈথেংমদি থম্মোইবু
নৈহৎলিমে, অডুবু তৎপমক্তি তত্তুরি,
অৱাবনা কুপ্লবা— হক্কা করিগুম্বদা
পায়মা লোশিং লৈরক্তে মত্তে পুম্মাঙ মাঙবদি,
মুংগী মৈমা হকচাংবু চাক্লি উৎতি ওইহল্লি,
কম্লা য়ৈরি বিধিনা থম্মোই থংকে হায়ডুনা
অডুমকপু পুম্মাঙমক মাঙহনবদি তৌবিস্রি ॥৩১॥

সীতা—মসি অচুম্বমক্লি।

রাম—হে প্রজা ইবুঙো ইবেম্মশিং পূম্বমক!

সীতাগী য়ুমদা লৈজবা    য়াম্মিখিরমদে নখোয়না,
অদুনা অহাঙবা বনগী    মনুঙদা ঐনা হন্দোকখি
হন্দোকপগুম মাপী'কভবা    মতুংগী ভুংদা ঐহাক্না—
পুক্নীং থাবস্থ তৌখিদে,    অতুবু চৌজিক'সিদদি
কুইমদি লৈমিন্নবস্না—    পোৎশকশিং'ভুনা ঐহাক্না
পুক্নীংবু ইমৌ খোঙল্লি,    থাম্বিনবদি লৈতবা—
মতম অসিদা থজিক্কং    কপচগে পনহনবিগনু ॥৩২॥

তমসা—থাইহেশিং অসি অরাবসমুত্রগী খোইদোক্লাল্লুবমতৌ তাকপা ভাক্কনি।

বাসন্তী—খোকহুবা মরমগীদমক থাবিরগনু' তপথবিগনি।

রাম—    করম্না তপথবিয়ু হায়রিবা ?

তাইবংপানবা অসিদা    সীতা লৈখিদবদি
কুমশিং তরাকিখোয়দি    শুখ্রবনি অসিদা
মমিং য়োশ লৈপ্রিদ্রে    নত্তে রাম হিংদবস্থ ॥৩৩॥

সীতা—আর্য্যপুত্রগী মরাইহোশং'সিম ঐ ভক্লবনি।

তমসা—ইবেম্মা! অচুম্বনি।

থাইহেশিং'সে নভোন্দা    পেম্নবা ওইদে খোইনা
ঈরোইনর'স্থ প্রেমনা    খ্যাও খ্যাও খ্যাও খ্যাও মরাওই।
হু য়ামবা খোইহিধারা    শিংরাক্লি নভোন্দা ॥৩৪॥

রাম—বাসন্তি!

সুংদা খোয়না চঙখ্রবা—    ভাংশং ভাংনা চাক্লবা
তাশোন'মদি হুপুবা—    লিম্না চৌকপগুম্রবা—

অৱা তাশোয়া সুংদা পীবা চৈথেং কয়াবু
অসুক কুইবা মতমসি ঐনা থাজলক্লবরা ? ॥৩৫॥

সীতা—আর্য্যপুত্রনা হয়া হয়া বাসবগী মরম লাইবক থীবী ঐনা ওইরবনি।

রাম—অসুক কয়া থম্মোই কায়মক্তদসু মমাঙৈগী সুংশিবা উৱা উচেক বায়া শক্তি শত্তাইমচিংববু উক্লবদগী অৱাবচৈথেং কম-শিল্লক্লি।

তক্ফিং তক্ফিং হৌরকপা— অৱাববু খিংনবা
বানা হোৎনজবনি থিক্তমদবা ঈচেলনা
লৈত্তোইপলবু মমথায়না পাক্লা শম্না চেনবগুম
মমহক্তুনা খোৱাংশিং শন্দোক্লক্লি পুক্লীংদা ॥৩৬॥

সীতা—আর্য্যপুত্রগী থিক্তমত্রবা কিমিক্তাই ওইবা অৱাবসি উবগা ইশাগী থম্মোইসি বাবনা সীক্লে।

বাসন্তী—(মথন্দা) অৱাবনি। মহারাজ বামনখিবনা খুদোংথীবে; অতুনা মিৎকম হোৎনবা অৱা বাথল কাউমবা হোৎনখিগে। (কোংনা) মুয়া খত্তবিখিবা জনস্থানগী শক্লকশিং'সি য়েংবিয়গা সুাপুক্লীং সুত্তোইবিগনি মহারাজ!

রাম—য়াম্না কৈ। (অসি হায়দুনা হোগৎতুনা খোঙ থাখি)

সীতা—প্রিয়সখীনা অৱাবা কোক্লবনি হায়দুনা হোৎনরিবসি অৱাবা কোকপরা হায়ববু হেন্দুম হেনগদরা খল্লি।

বাসন্তী—মহারাজ! মহারাজনা!

* পংশিকুঞ্জদা লৈদুনা সীতানা চল্লক্কদবা—
লম্বীদা য়েংবিখিরম্মী, গোদাবরী'মপান্দা।
লৈরদুনা মহাক্না কাঙকুম্মৈ য়েংদুনা
লৈথোক্লু্বা মরম্না মতম থরা থীম্বুখি।
পুক্নীং তথুকতথুকপা ইবুঙেগাবু উবদা
মরামনিদি য়াদুনা থম্বালপুম্বুমমাঙবা।
মথুৎ অমি ফজনা লোম্নদুনাথুরুমখি ॥৩৭॥

সীতা—তমখিবি! সখি! বাসন্তি! থম্মোই লকাদা চঙথবা তাশোমগা পাঙথক্লবা মরাইহেনা মোংদম থীবা ঐবু, অমসুং আর্য্যপুত্রবুসু অরামৈশা লাংহল্লি।

রাম—রায়ৌ পুক্নৌ চাউবি! সীতে! মায়কৈ থুদিংদা নহাকপু। উবগুমদিত্তোই অদুগা ঐবুদি।

কায়রে থম্মোই ঐহাক্কী হীক্লে হকচাং শম্নফম
তাইবং মালং ওইথরে খল্লি চাক্লে তত্তনা॥
সুংগী মৈশা লাংবনা ফংলক্লবা ফিবম্না।
লুপখিবগী মতামি অমম্বদা ঐহাক'সে॥
অঙকপনা কুপথরে থুংনা মায়গে পুম্নমক॥
মোংদম থীবা ঐহাক্না— তোগদবা কম্বিনো? ॥৩৮॥

(মতুংদা রাম্থুখি)

সীতা—মাঙলে, মাঙলে আর্য্যপুত্র অমুকন্থু রাম্থুরবা!

বাসন্তী—মহারাজ! সনা পুক্নীং চাউবিয়ু।

সীতা—হা আর্য্যপুত্র! তাইবংপানবগী য়াইফ থৌরাংবিবা ইবুঙো

---

*পংশিকুঞ্জ = উয়্যানা কোয়াশনবা মফম।

মহাক্কী থবার মোংদম খীবী ঐগীইররগীদমক পোকপদগী চিংনবগী খোঙকমদদা লাকপনা অরুবা কিবমদা তাহে। ঐদি মাঙলেদনা! ( অসি হায়রম্লগা বাস্থুখি )

তমসা—ইবেম্মা! তপখো, তপখো, নংগী মথুংমা শোরুগা রামভদ্রগী লৌশিংলাক্কনি।

বাসন্তী—অরাবনি! হৌজিককাওবা লৌশিং তাদ্রিবা! প্রিয়সখি! সীতা! মহাক কদায়দা লৈবগে? নংগী নবুঙেঙবু হিঙ্গংহল্লু।

সীতা—( পরপ পরপ মাক্তা চঙলরুগা রামচন্দ্রগী থম্মোইদা অমম্মুং লাইবক্তা শোকই )

বাসন্তী—ঐখোয়গী লাইবক্তা রামচন্দ্র লৌশিং ফংলে।

রাম—অসিগুম্বা মশোকনা খঙহৌদনা ঐঙোন্দা
লৌশিংবুদি পীরগা হকচাং মমুংমপান্দা
লৈবা থাজু থিবিক্তা অমৃতনা নামবগুম
মুঙভাইবনা অতোপ্পা অঙকপবু পোকহল্লি ॥৩৯॥

( মুঙভাইমা মিৎ উইনা উইমা ) সখি! বাসন্তি মরাইবকয়াম্না ফরি।

বাসন্তী—মহারাজ! করম্না?

রাম—করি হায়গনি সখি! সীতা অমুক ফংলবনি।

বাসন্তী—মহারাজ! মাদি কদায়দা?

রাম—( শোরুবগী মুঙভাইবদু অভিনয়মা উংলগ ) য়েঙঙ্নে, মহাক ইমাঙমক্তদা লৈরেমেসে।

বাসন্তী—মহারাজ! থম্মোই কারবা তমথিবা চোইচাং ( অর্থ লৈতবা বাহৈ ) না মোংদম খীবী ঐবু হম্না হম্না অবা *মৈশা লাংহল্লি।

সীতা—ঐ হন্দোকম্লিংলে, মরমদি আর্য্যপুত্রবু শোকচবসে মতমকুইনা তাঞ্জররকপনি' পুক্নীং হূবনি, অমসুং ঈংবনি, ঐগী কুইরবা কিনিডজাই ওইবা মৈচাকপু মসিনা থডহৌদনা মাডহনখ্রে।

ইথুং অসি, মশা'গা শন্নরুবদগী হাইগংপা য়াদনা নপশিন্নথিবগুম নৈনি' হুমাং তাদুনা আর্য্যপুত্রগী হকচাংদা থক থক শীন্না নৈনি।

রাম—সখি! কনায়দগী চোইরোননো?

লুহোঙৈডদা বিবাহ— সূত্রয়েংপা মখুংপু
পায়থিবনি ঐহাক্না, তাপ হেক্তা পায়রুবদা
অমৃতগুম ঈংবনি হায়না ঐনা খল্লিবা।

সীতা—আর্য্যপুত্র! ইবুঙো মডদি হৌজিক ফাওবা নৈবিন্নি।

রাম—উনগুম লেনগুম ঈঙলবা ৠলবলীগী অমেডবা—
অনৌবা মতোম গুমখিবা মখুক্তুনি পায়খিবা ॥৪০॥

( অসি হায়রগা সীতাগী মখুং পায়থি )

সীতা—ওন্নোকপনি! আর্য্যপুত্রগা শোক্নরুবদগী ঐহাক পুমডক ডক্নবনি, চেকশিলহৌত্রবনি।

রাম—সখি! বাসন্তি! মুডজাইবনা থুমহংখিডুনা ইন্দ্রিয় পুম্নমক মখৌ পাডখোকপা ডমগ্রে, অদুনা মডনা মসিবু চেংনা পায়য়ু।

বাসন্তী—অবাবনি, থাঙ্গেংশেংনা অডাওবগী কিবন্নি।

সীতা—( ফিংনা মখুংচিংখোক্লগা হন্দোকখি )

রাম—চোকশিলহৌদে, শুডজাইতেদা!

ৠলবলা ডপাল" অমাশ। বাঙ্গালা লোন্দা "লোয়াড়" কৌই।

রাম—চেকশিনহৌদে, সুচ্ছাইতেদা !

তৌমিংবা ওমদবা    তৌবা হুমাংকায়বা মীক্লবা

ইথুত্তগী নাম্বোকথরে    মথুং অদো অসিগুম্ব: ॥৪১॥

সীতা—অরাবনি, আর্য্যপুত্রগী মিং অসি করিগুম্বদা কোয়রে নৈ, করিগুম্বদসু চপ লেপনি, ফিরেপ তাদ্রি।

তমসা—( নুংশিনা, মোক্না অমসুং কুপ্পে ওইনা য়েংলগা )

সীতাগী মশা পুম্নমক    মবুক্তো শোক্কজবদা

হুমাং কায়ে সুচ্ছাইবন:    তনীক তনীক্রে তুজুংলে।

অমোবা নোংগী ঈশিংনা    থীক্লবা, নুংশিংনা নোম্বা

অশাংপা কদম্ববৃক্ষগী    মতোগুম উক্রে সীতাব ॥৪২॥

সীতা—(মথন্দা) ভগবতী তমসানা ঐগী ইতৌ [illegible] ঈকাইদা ঐদে। মহাক্না থল্লম্বা য়াই—মতবু থ[illegible]ক্রকপা মহাকপু নীংলিবা মহাক্না।

রাম—( মায়কৈ থুদিং য়েংলগা ) হায় ! লৈত্তেনে ! থৌজাল লৈত্তবি হে সীতে !

সীতা—কিবম অসি য়োরবা মহাকপু উয়বমক্তদসু হিংজুনা লৈম্বিবী ঐ থৌজাল লৈতবাশি।

রাম—কদায়দা লৈবগে দেবি ! হায়মিচ্ছাই লৈতন: বারবা ঐবু হুন্দোক্লম্বা মতীক চাদে !

সীতা—আর্য্যপুত্র ! তাকপিরিবা বাহৈ অদু ওয়ত্তেনবগুন থোক্লে।

বাসন্তী—মহারাজ ! পুক্নীং শুচ্ছাইথোকপিয়ু, তাংবংপানবদা লৈত্তবা

অতম্মা নগুণমা পূর্নাং কাখবিয়ু! ঐগী প্রিয়সখী সীতা
কদায়দা লৈরুবগে ?

রাম—থাঙ্গেশেংনা লৈত্রবনি, লৈয়রবদবু বাসন্তীমা উদ্রিবদি করিমনো ?
অতুবদি মঙলনে অসিবো ? ঐদি তুমদ্রিনা, কদায়দগী মঙনো ?
শোয়দে মতমকুইনা ততুনা থমখিবা রাখলদগী পোকপা শেমারবা
অমমা ঐগী ভুংইরতুনা ঠোক তৌরি।

সীতা—তমখিরবী ঐতমা আর্য্যপুত্রদা তৌবা ঠোক।

বাসন্তী—মহারাজ! মিৎয়েং ভাবিয়ু, মিৎয়েং ভাবিয়ু—

জটায়ুনা থুদেক্লম্বা রাবণগী ইস্পাত' দোলাই'দো
লৈরেমে মকম অসিদা পিশাচমমায় মাল্লবা
শরুভাক্তা মভায়রবা রাবণগী দোলাই চিংলম্বা
*অশ্বতর লৈরে মাঙদা থাঙমা রাবণ য়েক্লবনা
জটায়ু শারুং কক্লগা অশাউ মৈশানা চাক্লিবী
সীতাবু পুরে, হায়রগা মরক্তা নোংথাঙ কুপ্নবা
নোংগী মতৌগুম্নতুনা মকম'সিদগী পাইখৎখি ॥৪৩॥

সীতা—(য়াম্না কিনা) আর্য্যপুত্র! ইপা শকুবা জটায়ুবু হাৎলে,
ঐহাকপুসু হুরে। কনবিয়ু কনবিয়ু।

রাম—(ফুক হৌগৎলগা) হে পাপচেনবা! ইপা জটায়ুগী থবায়
লৌবা! সীতাবু হুরাবনা! কদায়দনো চৎলিবা ?

বাসন্তী—মহারাজ। হিংচাবা শাগৈ তুমনবগী ধুমকেতু! হৌজিকসু
ইবুঙো মহাক্না শাউনিঙ্ঙাই কনা লৈরিবগে ?

সীতা—হায়! ঐদি ইভাও ভাওরুবে!

*অশ্বতর=খচ্চর।

রাম—ঐগী রাজাং অসি, মতম অহুদদি থাঙ্গৎলেবো অচুম্বা ওইরম্মি, হৌজিক্কি চোইরোন্দা তারে।

উপায় ময়াম লৈবনা — পূক্নীং তোয়না থৌগৎপা
থৌদোকশিংনা য়াল্লবা — থবক্লা কমবশিংগী
তাইবংপান্দা অঙকপা — মস অমনা পোকহনবি,
সীতা মাগা কায়নবা — রাবণ হাৎপা কাওতনি
হৌজিক মাগা কায়নবা — লোইকম থঙদবসিবু
ঐনা তূমিন্ন লৈদ্রুনা — করম তোমা থাজনি ॥৪৪॥

সীতা—লোইকম থঙদবা কায়নবা? অরাবনি! ঐদি শিররীবি।
( অসি হায়রগা কপখি )

রাম—ওস্তোক্লা বাখেৎ!

সুগ্রীবয়োং নিংথৌগা — ঐগা মরূপ শামক্লই
কায়দবা অত্রুমস্তু — য়োংখিবিক্কি মপাঙ্গল
জাম্ববানগী ময়োশিং — শীজিন্নবা উমদবা
হনুমান্‌না চঙবদা — শুকহুম ওইমা উমদবা।
বিশ্বকর্ম্মাগী মচা — নিপা মলকৌবনা
লঙ্কাশেম্বা উমদবা — লক্ষ্মণগী তেম্না কান্না
য়াদরবা কদায়দা — লৈম্নিবনো চান্নবি! ॥৪৫॥

সীতা—হৌজিক্কী কায়নবদগীদি অহুবৈগী কায়নবনা হেন্দোক্লা কৈ খল্লি।

রাম—সখি! বাসন্তি! হৌজিক রামবু উবদি বন্ধুবান্ধবশিংগী রাননবগীদমক্তা ওইনা থোক্লে, মসিনা মতম কয়া কুইনা মত্রু কপহনখিগদগে চৎনবা বিদায় পীরো।

সীতা—( পাথৎপগা লোয়নবা তমসাদা কোল্লগা ) ভগবতি! তমসে! আর্য্যপুত্র লেঙদা লেঙলেকো ?

তমসা—ইবেম্মা! কিঙনু। ঐখোয়সু পুন্সি তোল্লোইগদবা—কুশ অমসুং লবগী জন্মতিথিগী মঙ্গল থৌরম পাঙথোক্লবগীদমক গঙ্গাদেবীগী খুয়া খাদা চৎলসি।

সীতা—ভগবতি! চানবিয়ু, মিকুপ অমত্তংদা ওইরবসু ফজেমজ্রবা মীশক অসিবু য়েংজখিগে।

রাম—অশ্বমেধ যজ্ঞগীদমক ঐগী সহধর্ম্মিণী লৈ।

সীতা—( মথন্দা ) আর্য্যপুত্র! মহাক কনানো ?

রাম—সনানা শাবা সীতাগী মূর্ত্তি

সীতা—(নুংশা মপী হোল্লগা মপি তাদুনা) আর্য্যপুত্র! হৌজিক মহাক মহাক ওইরে। মহাক্না ঐগী ঈকাইবগী তাশোন অদু শৎপিরে।

রাম—মদুতবু য়েংলগা পোল্লবা মিৎ পেলশনগে।

সীতা—আর্য্যপুত্রনা মাবু ঈকায়খুম্নবিরিবী, মানা আর্য্যপুত্রগী পুক্নীং ফারগা তাইবংপানগী আশাবু কল্লিবী মহাক অদু খঙ্গানি।

তমসা—( মোমোন নোকপা, নুংশিবা অমসুং পি তাবগা লোয়নবা সীতাবু কোল্লগা ) ইবেম্মা! অসুম্না নশাবু থাগৎলি।

সীতা—( ঈকাইদুনা মকুলুকথরগা মথন্দা ) ভগবতী তমসানা ঐবু নোক্লরে।

বাসন্তী—ইবুঙো মহাকপু উন্নবা ফংজবা, ঐখোয়গী লাইবক ফবনি। লেঙবগী মরমদদি থবক কায়ন্নোইদবা য়েংদুনা তৌবিয়ু।

সীতা—বাসন্তীনা ঐগী আশা কায়হনবিরে।

তমসা—ইবেম্মা ! লাক্লো, ঐখোয় চৎলসি।

সীতা—( অৱাবগা লোয়ননা ) করে, অহুমডোয়রে।

তমসা—করম তৌনবু মডনা চৎকদগে ? মহাকী
যেংজনিংবমক্তনা শাংলবা নমিৎ অসে
চায়ৱবা য়ামগী মশাদা ময়া তাখ্রে,
থম্মোই কায়বা থবক্তা চিংথোকপবু লোইদরি ॥৪৬॥

সীতা—পুণ্যদনা কংজয়বা ইবুঙে মহাকী চরণবু হয়া হয়াখুরুমজরি।
( অসি হায়রম্লগা য়াম্থি )

তমসা—ইবেম্মা ! লৌশিং তাউ, লৌশিং তাউ।

সীতা—নোং হাইদোকখ্রগা পুর্ণিমা থাজবু কয়াকুইনা উগদগে ?

তমসা—বিধাতাগী সৃষ্টি অঙকপনি।

করুণরস অমত্তনা মরম তোঙডায়বনা
তোঙডাম তোঙডাম শকওল্লি, ঈশিং অমথক্তনা
ঈরৈ, ঈথক কোঙ্গোলগী মশক তোঙডায়া কংবগুম,
অয়োইবদি মখোয়দো মক্তে ঈশিং নত্তবা ॥৪৭॥

য়াম—বিমানরাজ ! চৎলু, চৎলু অসোমদা।
( পুষ্পক হৌগৎলি )
( তমসামা সীতাদা বাসন্তীমা রামদা )
পৃথিবী গঙ্গা'মীনা ঐখোয়গুম্বগা তিয়া
*ছন্দ প্রয়োক্তা অহানবা ✽কুলপতি বাল্মীকি—।

---

*ছন্দপ্রযোক্ত—শৈরেং ইবা। ✽কুলপতি—মুনিলিশিং তয়াবু চাবা থাক্তুনা, মফি খোন্দুনা মহৈ তম্বিরিবা ওঝা অদুবু কুলপতি কৌই।

অরুন্ধতী দেবীগা— লোয়নবা বশিষ্ঠনা
তাইবং মঙ্গলগীদমক মচগী মঙ্গল পিসনু ॥৪৮॥

( পুম্নমক থোকখি )

ছায়া কৌবা অহুমশুবঅঙ্ক লোইয়ে।

# মরিশুবা অঙ্ক

( মতুংদা তাপস অনী চঙলকই )

অমনা—সৌধাতকি ! ঙসি ভগবান্ বশিষ্ঠগী আশ্রমদা †অতিথি য়াম্না য়োয়ক্লে মতুগীদমক তৌরিবা থৌরাং অসিনা মসিদা ফজরিবসে। মদুদি—

মচা পোকপদা ভায়রিবী শক্তি'মোম্না থকথিবা—
বাইনুচরা থোংবগী— চৌবোল মহী অশাবা:
অথুম্বগী অয়েম্বা আশ্রম'শক্তি লাবনা
থক্লিংবমথৈ থক্লি বোয়োই মকৈ য়াওরবা
শাক থোংবগী সুংশিবা মনম্না মায়কৈ শীল্লে
ঘী তোংপা চেহনা থোংবা চাকৌ সুংশিবা মনম্না
থক্তিক থক্তিক থোক্লগা শীল্লে মায়কৈ থুদিংদা ॥১১॥

সৌধাতকি—ঙসি মকোয় পোক হৌরবশিংনা লাকপসিদি লাইরিক লাইশু তম্বদা শস্ত্রে'ক্ল কায়নবগী ময়ম্নি।

---

†অতিথি— মীয়ম অমসুং মীয়ুমদগী লাকপা মী।

অহানবা তাপস—( নোক্লগা ) সৌধাতকি ! লাইগুরুশিংদা মঙগী ঈকাইখুম্নবগী বাহৈ অসিদি অঙকপনি !

সৌধাতকি ভাণ্ডায়ন ! অস্রুক য়াম্বা অহলশিংগী লুচিংবা ওইঙ্গুবা লেঙবিরক্লিবা অতিথি অসিগী মিং করি কৌবগে ?

ভাণ্ডায়ন—কয়েম্নবদি করে। ভগবান্ বশিষ্ঠদেবনা অরুন্ধতীবু মাঙদা থম্লগা মতুংদা মহারাজ দশরথগী নৈমশিংবু পুদুনা ঋষ্যশৃঙ্গগী আশ্রমদগী লেঙবিরক্লিবনি, অদুগা করিগী কয়েম্নরিবনো ?

সৌধাতকি—বশিষ্ঠ হায়বা ?

ভাণ্ডায়ন—হোয়।

সৌধাতকি—ঐদি কৈজাউরা, নত্রগা কৈশাল্লা হায়না খল্লম্বনি।

ভাণ্ডায়ন—করি ! উশিং খোওইদনা ভাংজলাকচগনু।

সৌধাতকি—মাসনা হেক য়োয়কপগা কল্যাণী কৌবা ষণ হাতম মচাদু "গৌ গৌ" লাউনা হেক্তা শায়খিবনি।

ভাণ্ডায়ন—"মাংসগা লোয়ননা মধুপর্ক পীগদবনি" হায়বা বেদবাক্যবু ঈকাই খুম্নদুনা গৃহস্থশিংনা ‡অভ্যাগত বেদজ্ঞ ব্রাহ্মণদা পীক্লিবা ষণ হাতম, নত্রগা কাওদোং ফায়বা ষণ লাবা অমা নত্রগা হামেঙ লাবা অচৌবা অমা কংনৈ। মরমদি মনুনচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রকারসিংনা মতৌ অদুম তৌনা ধর্ম্ম শাস্ত্রদা ইবিরম্মি।

সৌধাতকি—ভাণ্ডায়ন ! নঙ ঐদোন্দা মায়খীরবনি।

ভাণ্ডায়ন—করম্না ?

সৌধাতকি—মরমদি বশিষ্ঠ লেঙলকপদদি ষণহাতম মচা হাংলে, অদুবা

---

‡ অভ্যাগত—A guest, visitor

ঙসি রাজর্ষিজনক লেঙবিরকখি, মাগীদমক ভগবান্ বাল্মীকিমক্কা বক্সোম অকখা, খোয়হৌনা মধুপর্ক শেম্বিখি; বণহাতমবু খাদোকখি।

ভাণ্ডায়ন— মাংস খাদোক্তি বশিংগীদমক ঋষিশিংনা অক্ষুম তৌনা তৌগদবনি খনবিরম্মি; তৌইগুম্বক্সুং মহারাজ জনকসি মাংস খাদোকখ্রবনি।

সৌধাতকি—কব্বিগীদমকমে! মাংস খাদোকখ্রিবদি?

ভাণ্ডায়ন—মহক্কা সীতাদেবী অসিগুম্বা লাইবকথীবগী পাউ অসি হেক তাবগা বানপ্রস্থাশ্রমী ওইখ্রে অমসুং চন্দ্রদ্বীপ তপোবনদা তপস্যা তৌড়িনা, চহী কয়ামুক লেমখ্রে।

সৌধাতকি—মকম অদুদগী লেঙলক্রবদি কব্বিগীদমক?

ভাণ্ডায়ন—থাবনগী মুংশিরবা মরূপ বাল্মীকিবু উনগে হায়রগা।

সৌধতকি—ঙসি ভাইশেনশিংগা মহাক উন্নরবর?

ভাণ্ডায়ন—"নশামক চত্তুনা জনক উন্নগদবনি" হায়বা পাউ অসি তাক্লু নবগীদমক ভগবান্ বশিষ্ঠদেবনা হৌজিক্তা ভগবতী অরুন্ধতী-দেবীবু কৌশল্যাদেবীগী মকমদা থাখ্রে।

সৌধাতকি—অহল্লম্মনশিংনা মহৈ মহৈ উন্নবগুম্না ঐখোয়সু অতৈ অতৈ অঙাংশিংগা লোয়ননা শান্নডুনা লাইরিক তমহৈদবা মুদিং অসিগী মনায় ভাকাস।

( মতুংদা অনীমক চংখি )

ভাণ্ডায়ন—বেদবক্তা পুন্সিরবা রাজর্ষি জনকনা বাল্মীকি অমসুং বশিষ্ঠগী সেবা তৌরম্লগা হৌজিক আশ্রমগী মপালদা উখোংদা লৈবিরিনেসে, মহাক অসে,

থম্মোইদা কুইনা লৈরিবা          রাবনা চাক্লি সীতাগী।
মনুংদা মৈনা থুংলবা          শমীবৃক্ষনা চাকপগুম ॥২॥

( মতুংদা অনিমক চংখি )

বিষ্কম্ভক।

( মতুংদা জনক চঙলকই )

জনক—ইচা সুপী সীতানা          মাবু হন্দোকপিবদা
মখৌ কনবা অচৌবা          থম্মোই নোকপা অরাবা।
কখিবদো অতুনা          ঐচোন্দসু অরাবা ॥
অমথক্তুম পীবক্রে          ভনি ঐগী থম্মোইবু।
ইরায় লায়না খিনগাইবা,          মথং মথং চথরি ॥
অসুক কুইরবদসু          থোকই ইনৌ নৌবগুম।
হোরায়গুম্বা থম্মোইবু          লৌরি লোতব মাইদনা ॥৩॥

ওস্মোকপা অরাবনি! ইশানা অহল ওইরকপন, থাজেমদবা অরাবনা, অমদি পর্বক অমসুং "সাস্তপন"দা চংবা তপস্যান ইশাগী দেহগী মশ, থাতু পূম্বমক থরক থরক কঙ্গ্রনাম; অতুম থোরম থুরিংমক্তা মতৌক চাদবা ওইরক্রে; অতুম্মমক ওইদুনসু কায়দবা হকচাংনা হৌজিক ফাওবা মাঙত্রি। আত্মঘাত তৌবা মীশিংগীদমক বিধাতানা সুমৎ-থাগী মঙাল চঙদবা অন্ধতামস্র কোবা মক্ক থাক্তুনা থম্মি হায়না ঋষিশিংনা থাজমৈ। কুমজা কর হৌদ্রবসু মাবু হেক থম্লুবদা ইনৌ নোমা তরং তরংনা থোরকপা অরাবা ঐচোন্দা মরায় চায়ত্রে। ইপাগী ইবেম্মা! যজ্ঞভূমিদগী পোকচবী সীত! নহাক্না অরে হৌব পুংসদা অচুম্ব, নং কদ্রবনিকো!

ইকায়হন্জোইজবনা ইনিংতম্না কপচবন্থ ঙমদে। বায়দকো ইবেম্মা!
ইপাদে—

নয়া য়াভোম কাঙহুনা কপচখিবা মোকখিবা,
মরী ইরৈ নৈতবা মপুং ইকা কাদবা,
পূর্ণীং হূবা য়াইমা মঙোন্দগী থোকখিবা,
মমায় থম্মাল'দু কাউদ্রে পী'রুঙৈগী মহাক্কী ॥৪।

ভগবতি! পৃথিবী! মহাক থাঙ্গেশেংন থম্মোই কনবীমি। মরমদি

অগ্নিদেব বশিষ্ঠ বাল্মীকিমাচিংনবা
মুনি গন্ন মহাক্না রঘু শাগৈগী'হানবা
পুকোক ঙঙবা সূর্য্যনা মরমচৎপু থাম্মবী,
বেদবাণী কোবীনা ব্রহ্মবিদ্যা পোকপগুম
মঙনা মাবু, পোকখিবী মরমচৎতা মহাক্কী
অকায়বা নৈতে হায়না লেপখ্রব মমাঙদা
মচা মুপী অদুগী অদুগুম্বা অয়াবা
মঙমা মতৌ কয়ম্না থাঙালবনো হোজিককাও ॥৫॥

(নেপথ্যদা) ভগবতী অমসুং মহাদেবী অমিমমক অসোমদা লেঙ-
াবয়কসি।

জনক—(উয়গা) ও! ভগবতী অরুন্ধতী'ন, পৃষ্টি কোবা কঞ্চুকীবা
মাগী লম্বা ভাক্রি। (হোগংলগা) অদুগা মহাদেবী হায়-
রিবসিমা কনাবুনো? (মুন্ন য়েংলগা) অয়াবান! মহারাজ-
দশরথকী ধর্ম্মপত্নী ঐগী প্রিয়সখী কৌশল্যা! মসিবু
কৌশল্যানি হায়বা কনানা খাজগদগে?

দশরথগী সঙ্গায়দা রাজলক্ষ্মীগা যান্নন: ।
লৈজরম্মীনি মহাকসে, মাইন্নে হায়দুনন্নু কায়দে ।।
রাজলক্ষ্মীমক ওইরম্মি হৌজিক্তি মোংদম থীবনা ।
অবা'বৈ মশক ওইরবা ইতোপ তোপ্পা করিগুম্বা
জীব অমগুম ওইথরে অঙকপা ফংবা ওনথরে ।।৬।।
মসি পাপতগী ওইবা অহোংবা কিতম অমনি ।
ঐতোন্দদি শক্লাইবা সুত্তাইবগুম থোক্রম্বা
মহাক'সিবু উবদি অশোক অপম মকমদা ।
থুম চাইবগী মতোগুম থাজবা যাবে ঐহ'ক্না ।।৭।।

( অদুগী তুংদা অরুন্ধতী, কৌশল্যা, কঞ্চুকী চঙলকই )

অরুন্ধতী—ঐ বা হায়গে ! "মশা চৎতুনা বিদেহগী নিংথৌ জনকনা উন্নরুগদবনি" হায়নসি মখোয়গী কুলগুরু বশিষ্ঠগী য়াথংনি, অসিগীদমক ঐবু থাবকপনি । অদুগা থোঙথাং থুদিংগী হেক হেক লেপ্লিবসি করিগীনো ?

কঞ্চুকী—দেবি ! পূজ্জীং ফাথবিয়ু, ভগবান্ বশিষ্ঠদেবগী য়য়াথং তাকপিয়ু হায়না হন্নংচরি ।

কৌশল্যা—মতম অসিদা মিথিলা নিংথৌগা উন্নগদবনি হায়বসিদা অবাবা পূন্নমক পুন্নপনা ফাওবক্লে, থৌরাকিশি তৎলবা পূজ্জীংবু ফাথবা ঙমদ্রে ।

অরুন্ধতী—

মসিদা চিংমনিঙতাইদি করিস্ নৈত্তে অমত্তা ।
মচামগুমচিংবগা কায়নবগা ফংলবা ।।

মীওইবগী অরাবনী — তত্তুনদি চেন্নকপা।
ঈথেং কনবা ঈচেলবা — সুংশিজবা মীশক্তো।
উকবরা মতমদা — নীশীং নীশীং ওইরকই ॥৮॥

কৌশল্যা—ইমৌ সুপী সীতাগী কিবন্না অসি ওইহনবা রাজর্ষি জনুগী মকমদা কয়ম্না ইমায় উৎসিগে।

অরুন্ধতী—

মসে মখোয় খিবিক্কা — লুম তোকম খোক্লবা।
তাইশেলমরী লৈরবা — যাজ্ঞবল্ক্য মুনিনা।
বেদ লোইনা মতোম্না — তম্বিখিবা জনক
বংশদা পোকপশিংদগী — খাউমৈ ওইবা মীশক্তি ॥৯॥

কৌশল্যা—মহারাজ (দশরথ) গী পুক্নীংগী হয়াও নুংঙাই পীরিবা ইমৌ সীতাগী অপোকপ রাজর্ষি জনক অদু অসিনি। হয়াও নুংঙাইমমিতাংরবা অসিদা ঐবু চানবিরি। হা মোংদম্বা! নুংঙাইবগী শরুক লোইগে।

জনক—ভগবতি! অরুন্ধতি! বিদেহলৈবাক্কী ꠸সীরধ্বজনা মহাকপু খুরুমজরি।

নিরনা গুরু খিবিক্কী — মসুংদা গুরু অথোকবা
অশেংবা ব্রহ্মাণ্ডগী — তুংঅকম ওইনা ওইজরক

꠸সীরধ্বজ = জনক। মাগী মমিং সীরধ্বজ কোকুংদি মাগী কীরাল চৈথোক্তা লাঙ্গলনা খুদম ওই চায়দুনা কোক্লবনি। সীর = লাঙ্গল, ধ্বজ = কীরাল চৈথোক।

বশিষ্ঠ মপুরোইবনা মহাক নৈমিত্তবনা
মপাম্বু শেংলে থমখিব, মথোল অক্তবগী য়াইফবা
পামখিদিরবী, অমহম খুরুমজনিঙাই ওইরিবী,
*উষাগুনিরবী মহাকপু খুরুমজৈ ঐনা কোকনোম্বা ॥১০॥

অরুন্ধতী—মহাক পরব্রহ্মসাক্ষাৎকার কংজরো, অপাবা মৈপা পীরিবা সত্ত্বগুণমক্তেগী মশক ওইবা জগৎ কাওরবা সূর্য্য-দেবনা মহাকপু শেংবিরসনু।

জনক—আর্য্য! তৃপ্তি! নিংথৌ পোকপী অসিদি য়াইফরিবদনা?

কাঞ্চুকী—(মথন্দা) ঐখোয়দা ওস্তোক্ত ভাথীনা ভাকপিরে। (কোংনা) রাজর্ষি! হৌজিক শাউখিবদগী মপোক অসিবগী ওইনা রামচন্দ্রগী মশক য়েংলরোইদবী থোইনা হেন্না য়াম্বিবী কৌশল্যা দেবীবু অমুকন্থু হন্না য়াহনবিবদি চুমদে। হায়রকম খঙদবা অথীবা নোংদম অমথক রামচন্দ্রগী মকমদা থোকখি, মতুম্না মরম ওইদুনা কজদবা মীপাউথোক অমা মখোয়গী মচিন্দগী থোক্লুনা মায়কৈ খুদিং শনখিবা অদুগুম্বা পূকচেল পীকপা পুরবাসী অমসুং দেশবাসীশিংনা, সীতাদেবীগী চরিত্রদা অগ্নিপরীক্ষামা দোষ নৈতে হায়না প্রমাণ তৌরু-রবসিবু তাখা তানা থাজখিদে; অদুনা রামচন্দ্রনা তমখিরবা থবক অদি তৌখিবনি।

---

*উষা—Early morning, Dawn.

জনক—হে ! ঐগী ইচানুপী সীতাগী চরিত্রদা শেঙহি শেঙদে প্রমাণ ভৌরিবা অগ্নি কায়রবড় কমানো ? অরাবনি ! সীতাবু মৈ ঊকথি কাগরিবা মীশিংস্না, রামনা চোপহল্লবা ঐবু অমুকন্থু চোপহল্লে।

অরুন্ধতী—( স্বর হোন্দোক্লগা ) মন্থুমক্নি, চুম্মি। অগ্নিগা সীতাগা য়েংনবদা সীতাদগী অগ্নিনা য়াম্না ছস্থবনি। হা ! ইবেম্মা !

মঙসে ঐগী ইকমদা ওই অঙাংস্থশিবান্থ
ওইসনু অমস্থ অমস্থ মঙ্গী পতিভক্তিগী
থোইদোকপ মতৌ অসিমা মঙোন্দা তৌবা ঐগী
ভক্তিবু চেৎশিনহনবনি, নুপী ওইবু অঙাংস্থ
ওইবু অডুম ওইনমক শোয়দনমক নহাক্কি
*জগৎপূজনীয়ানি পূজা তৌনৈ গুণতমা
মগুণ নৈবা মীশিংদা নিপা নুপী য়েংনদে
কমানস্থ থিনদে অহল নহা খায়নদে ॥"

কৌশল্যা—আঃ ! অরাবগী চৈথেঙ ইনৌ ইনৌ নৌমক্লি।
( অসি হায়রগ বাস্থখি )।

জনক—ওস্থোকপনি ! করিনে অসিদে ?

অরুন্ধতী—রাজর্ষি করি মত্তে।

মুংশিজবা মচাকপু উজবদা মহাকী
মপূক্লীংদা দশরথ রামনা চিংবা অচাংশিং

---

*জগৎপূজনীয়া—জগৎনা পূজা তোজাশঙাই ওইবী।

অদুগুম্বা মতমশিং লোইনা মীংশিংলদুনা।
ফিবম কায়রক্লবদা বাষ্থে নঙ্গী নথীনা
মচা মবা লৈজবী নুপী শংগী থম্মোইদি
লৈরাংগুম্বা মেঙবনি অবা' থাংবা ভমদবনি ॥১২॥

জনক —ওস্তোকপনি ! ঐহাক্তি মরম থুদিংদা তমথিবা মী ওইয়ে। মতম কয়াগী মতুংদা উরবী চায়রবা মরূপ দশরথকী নুংশি-রবী নুপী কৌশল্যাবু নুংশি মিৎয়েংনা য়েংব্রে।

ঐগী থাগৎপা য়ারবা ইভাই দশরথনি,
চায়জবা মরূপনি মহাক ঐগী থম্মোইনি,
থাজৈশেংবা নুভাইবা, পুন্সি মহৈ পূন্নমক
ওইখি মাম ঐহাকী হকচাং পুন্সি অমসুং
মসিদগীসু ভতোপ্পা হেন্না পান্না পোৎশকশিং
করি ওইখিদবগে দশরথনা ঐভোন্দা ॥১৩॥

অবাবনি ! কৌশল্যা অদু মসিনি।

মসিগা মপুম্রোইবগা চৌক্লা কেৎনরকপদা
অনিমক্কী ভাইনকম ঐহাক্তনা ওইরম্মী।
ঐন শীনবা থুজন্ন অশাওবা তোক্লাথিরম্মি
মীংশিংদুন কায়দে থম্মোই অসি চাক্লকই ॥১৪॥

অরুন্ধতী— অবাবনি ! কুইনা নুংশাস্বর ! ঃাএবনা মাগী থম্মোই অসি লেপ্তব্রে।

জনক—হা প্রিয়সখি ! ( কমণ্ডলুগী ঈশিং থীকই )।

কঞ্চুকী—

নরূপ কুম্না বিধিনা মচৌনহৈদো তশেংবা
মুত্তোইহনবিরম্লগা অহল ওইরবসিদনা ।
নবায় ওস্তোকখিত্নুমা অকি শকখম পুত্নমা
খোইম হেন্না পূক্কীংগী অবাবনু পীখিরি ॥১৫॥

কৌশল্যা—( লৌশিং তারগা ) ইনেমগী ইবেম্মা ! জানকি ! নত্তু কন্নায়দা লৈবগে ? বিবাহ মতমগী কজব অত্তুতনা অনিশুদনা লৈতেং ওইনা তিল্লিবা তক্ক তক্কবা খোমোন মীমোক্লা পূক্কীংচুবা নমায় থম্বালনু ঐনা কাউবা তমদে । মরুক শেংবা মেরা থাগী থাবলজুম কজবা নশক অত্নুমা ঐখোয়বু মুত্তোইহল্লো ; ইনেম কোমগে লাউ । "ঐগী সীতা অসিদি রঘুকুলগী মতীক মগুণ চাউরবা ইশা ইপু-শিংগী মথোনি, মাবু পোকপা জনককা মরূপ ওইরুবনা ঐখোয়গীনা ইচানুপীনি" হায়না মহারাজনা তত্তনা তাক-পিরম্মি ।

কঞ্চুকী— দেবীনা তাকপিম্নিবসি অচুম্বনি ।

দশরথ শিংখোনা মচামত্তা' মনুংদা
রামবু হেন্না চানবা মথৌ মরি লৈরম্ম
চানবগুম্না শান্তাবু চানবিরম্মি সীতাবু ॥১৬॥

জনক—ঐগী মুংশিজরবা মরূপ ! মহারাজ দশরথ ! মুংশিদকো ! নত্তু কররম কাউসিগে ।

মুপীময়ুম কাওবুমা   মিপাময়ুম কাঙলুপ্পু।
ঈকাই খুম্নজবানি   মসি শাঙ্গী নিয়মনি॥
ঐঙোন্দদি ওয়না   ঐবু পেলহল্লি নঙমা।
অচুম্নমক ওইনম্ব   মতম্নদি মহাকপু॥
সম্বন্ধগী অমদি   মরূ ওইবী সীতাবু।
হুদুমদি পুথরে   কিমিঙাই ওইবা তাইবংপান।
ময়ক'সিদা পাপচেনবা   ঐনা হিংলিবমিকো॥১৭॥

কৌশল্যা—ইবেম্মা! জানকি! ইশাদা চেৎনা কয়া মপথিবমা ওইরমাহে, কাম্নত্রব থবায়মা লাইবক লৌবী ঐবু থাদোক্লে।

অরুন্ধতী—রাজকন্যা! তপাথবিয়ু; ময়ক ময়ক্তা কপ্পসু থবা মথা-দোকপিয়ু। নীংশিংত্রবর ঋষ্যশৃঙ্গগী আশ্রমদা মখোয়গী কুলগুরু বশিষ্ঠন তাকপিখিবদো? মতুমক খোক্লবনি; মমৈদা অকবা মহৈ লাক্লগনি।

কৌশল্যা—ভগবতি! আশা পুম্নমক মাঙখ্রে।

অরুন্ধতী—কয়িমে রাজপুত্রি! ওইদব কানি খনবরা? সংক্ষত্রিয়-বংশদা পোকপি! ওইদবা খনবিগনু; শোয়দনা খোক্কদবন।

ব্রহ্মা-শংশং-কঙ্গহ্রবা   ব্রাহ্মণশিংগী মবাদা
পূক্নীং অমি লোঙলুপ্লু   ময় শংদ মখোশুগী
অচুম্বমা তোংবনি   ওইদ'রাহৈ হায়দেদো॥১৮॥

( নেপথ্যদা বিন খোংবা থাই পূম্নমক তাখি )

জনক—হুসি, বেদ তম্মিবা ছাত্রশিংগী বেদ তম্বা য়াদবা মুমিংনি। অদুনা মখোয়না চোংদুনা হন্দুনা শান্নবদগী লিলখোংবনি।

কৌশল্যা—অঙাং ওইরিবৈ হায়বসিদি মুঙচাইখ্রবনি। ( মুমা য়েংলগা ) মরাম অসিগী মরক্তা অসিদি কনানো—রামচন্দ্রনা ফজরবুক ফজবা লক্ষ্মণ অকবনা তিল্লবা মখোঙ মথুংমচিংবনা ঐখোয়গী মিৎপু পুমইং ইংহল্লি।

অরুন্ধতী—( ছকচাং লৈথোক্লগা হরাওবা অমস্তুং থোয়াংবগা লোয়নবা ) গঙ্গা দেবীনা অরোনব মাকোংগী অমৃত ওইবা পাউ অম থজেল্লম্বত্রু মসি ওইবা তারে; তৌইগুম্বস্তুং কুশ অমস্তুং লবগী মস্তুংদা কনানো মসি হায়বত্থুদি ঐ খঙদ্রি।

জনক—

খরোংশংবা মমাগুম শংবম্নবা তথোংপা।
মরেক মহাও কায়িবা ক্লাক-শা মানবা মশগ্না॥
লৈত্তেংলিব অমস্তুং ফজবনা মশাগী।
ব্রাহ্মণ মচা থিবিবপু লৈতেংবিব ঐহাক্কী॥
ইচা রামচন্দ্রনা অমুক অঙাং ওইগুম্বা।
উরুবদ মসিবু মিৎ অমিদা অমৃত।
তৈবগুম্না তৌরিবা অঙাং অসি কনানো? ॥১৯॥

কঞ্চুকী—অঙাং অসি শোয়দনা ক্ষত্রিয় ব্রহ্মচারী ওইগনি হায়না ঐনা খল্লি।

জনক—মসি অচুম্বনি, কৈ থেংবিয়ু—

মমদা মায়কৈ অমীদা পোরি তেম্মোঙ অনীথক।
মমুংদা হাপ্পা তেনশিংগী মখোক্ত চনবা কঙ্কগী ঞ্চ
পঙ্ক পুম্নমক শোক্রে, চোম্থবকপা শন্নাংবা ॥
অশেংবা উংকি চিহ্ন পক্রি মথবাক্তদি।
কুরু ⁂ হায়বা শক্তিগী মমু মবুদি ইল্লিবা ॥
লেংমম্বা মকৈজোম মঞ্জিষ্ঠ * নচী শক্তিবা।
মেখলানা খুবাগী চেক্কেং চেংমা লাকশিনবা ॥
লীরুং পায়বা খুংওইমা জপমালা পায়ম্বিবা
সনাখোংনাং চৈশুবু মথুংয়েংম পায়ম্বিবা ॥২০॥

ভগবতি! অরুন্ধতী! অঙাং অসি কদায়দগী লাকপনি হায়মা খমবিবগে?

অরুন্ধতী—ঐখোয়স্তু ঙসিদা লাকচরিবনি।

জনক—আর্য্যগৃষ্টি! ঐ য়াম্না খঙ্গিংলে, অদুনা আর্য্যনা লেঙলগা ভগবান্ বাল্মীকিগী মফমদা হংরিক অমম্ভং অঙাং অসিদা ভাকপিরু "মঙগী মশক খঙদ্রিবা অহলশিংমা মঙমু উবিংনি।"

---

ঞ্চকঙ্ক = তেনগী তেনকোক্ত য়াঙনা চংপা য়ানবগীদমক মতু অমা হাপ্নে। মতু মদু কঙ্ক উংকী মতুন।

*কুরু = শক্তি মথল অমা

⁂ মঞ্জিষ্ঠ = ভারতবর্ষদা হোৎ মচু অঙাংবা লৌমবা উ পাম্বী অমা।

কঞ্চুকী—য়াম্না ক্ষগনি ( অসি চায়রগা চৎথি )

কৌশল্যা—আস হায়রুগবু লাকত্রা ? কারনো ভাকপিন্থিবজিকো ?

অরুন্ধতী—শক্তম অসিনবু লমচৎনাইদবা হৌনবরা ?

কৌশল্যা—( য়েংলগা ) অঙাং অসি মোল্লুক্না গৃষ্টিগী বা তাবগা ঋষি
কুমারশিংদু লংণোক্লম্লগা ঐখোয় তম্না চত্তশিল্লক্লি ।

জনক—(মতম কুইমা য়েংলগা) মসিদি অঙকপা পোৎশক অমনি ।

নৌবি অঙাং অসিদা মতিক মগুণ অহেনবা ।
অশিংবমা খঙ্গনি খঙলোই শিংদবনদি ॥
মক্ক লুকপামতৌনৈ ভুম্নয়িংবগা কোমনা ।
হেক্তা মুংশি উবদ, য়োৎচাবীনা অপীকপা ।
অপীকপা য়োৎপু চিংবগুম চিংলি ঐগী থম্মোইবু ॥২১॥

লব—(চত্তলক্লগ মথন্দা) মখোয় অসি ঐগীদি পূজা তৌকম ঙাক্কনি,
অদু ওইরন্ত মখোয়গী মিং, বংশ, কনাদু চান্ন, কমাবু কোন্না
খুক্কমগদগে হায়বাদ ঐ খঙদে, মতুনদি করম তৌমা মরম
কাম্বদনা (চুম্ন) খুক্কমসিগে ? ( বাপল তৌরগা ) তৌইগুম্বমুং
মসিগুম্বদি কায়বা মক্তে হায়রবসি অহল লম্মলশিংদগী তাথি ।
( মোল্লুক নাক্তা চত্তলগ ) লাইগুরুখিবিকপু নমাই লক-লা
মথং মমাও নাইনা খুক্কমজরি । ( অসি হায়তুনা খুক্কমজথি )

অরুন্ধতী অমসুং জনক— পুন্সিয়ু ইবুঙো !

কৌশল্যা— মতম কুইনা পুন্সিয়ু ।

অরুন্ধতী—চঙলকউ ইবুঙ্গো ! (অসি হায়রগা লবক্নবু মখাদা কোন্দরগা মপন্দা ) লাইবক ফদুনা ইথাদা লবক্নবু কোনরগা অবকরো, মীংঙম্বকশা আশা থুংলে ।

কৌশল্যা—সোমদস্তু লাউ ইবুঙ্গো ! (লাক্লবা লবক্নবু পম্লগা) মপুংফাবা শাজ্জিবা অশংব ইস্থালগী মতৌশুম শংবাজ্রবা অমসুং তোজ্ঞানবা মহকচাংদনা রামভদ্রগী মতৌগুম্বা মত্তে, ময়া রাম্নুংদা শন্নাল কৈরিক লৈথিবনা খোনজম মুশিরবা কাঙভগী মখোনগুম্না শাংলবা মখোনস্তু রামভদ্রগী মতৌনি। মপুংফাবব থক্কেং শেরুবগুম মসিগী মশা শোক্লবাসনস্তু রামভাদ্রগী মতৌনি। (মখদাঙ পাযরুদা থাক্সৎলগা মুয়া চ্যোকশিন্ন য়েংলগা মপি তান রাথল অমগা লোয়মনা) রাজর্ষি ! উবিদবরা ? মুয় য়েংশিল্লবদি মসিগী মমায় অসি ইমৌ সীতাগী মমায় থাক্সগা ওস্তোক্লা মাল্লজে।

জনক—উই, সখি উই।

কৌশল্যা—ঐগী থম্মোইনা ভাওবগুম্না কারুফম থভদব অমা থল্লুরুবা চোইরোল লোম্ল।

জনক—( মুয়া য়েংলগা )

| | |
|---|---|
| ইচানুপী সীতাগী | অমসুং রামচন্দ্রগী |
| কুচু কুমেন শাবোভ-শাদা | রাকে খোনজম মেল্লুকপা |
| ব্যবহার মখোনা | অঙাং অাসদা পুল্লপ্না |
| হৈজিন্দুনা লৈরেদো | হা বিধি মোংদম্বা থ ! |
| ইপুরাংনা কারগী | মতুববু থল্লিবা ? ।।২২।। |

কৌশিল্যা—মতবু পোকপী নৈরিবরা ? অপোকপবু নীংশিংবরা ?

লব—নত্ত্রে নত্ত্রে।

কৌশল্যা—অদুদি মতদি কনাগীনো ?

লব—ভগবান বাল্মীকিগী।

কৌশল্যা—ইবুঙো ! হায়গদবমথৈ চায়রু।

লব—অসিমথৈদা খংজে।

( নেপথ্যদা ) লাম্মী পূম্নমক ! কুমার চন্দ্রকেতুনা তাকপীরক্লি কনাগুম্বা অমত্তুনা আশ্রম মনাক্তী নকম অমত্তা চঙশিল্লোইদবনি।

অকুপ্পত্তী অমস্তুং জনক—ও ! যজ্ঞগী শগোল ঙাক্লবগীদমক চন্দ্রকেতু য়োৎক্রমালে, মহাক উবতারে ; অদুনা ঙসি অসি অকবা নুমিৎনি।

কৌশল্যা—লক্ষ্মণগী মচানা তাকপীরাক্লি হায়বা বাহে অসি অমৃত মরুক্ষুনি, তাবদা পেমবনি।

লব—আর্য্যা ! চন্দ্রকেতু হায়ববু কনানে ?

জনক—দশরথগী মচা রাম অমস্তুং লক্ষ্মণবু খঙবরা ?

লব—মথোয় অদু'দ রামায়ণগী মকোক খোংবা পাত্রদুরা ?

জনক—মাশি।

লব—মখোয়বু কবিগী খঙলোইদগে ?

জনক—চন্দ্রকেতু' লক্ষ্মণ অদুগী মচানিপানি।

লব—অদু ওইরবাদ রাজর্ষি মিথিলাধিপতিগী মচানুপীনা পোকপা মশুমিদম' ?

অরুন্ধতী—( নোক্লগা ) রামায়ণগী বারী কনম্না খঙলে তাক্লে।

জনক—(রাখল ভৌরগা) রামায়ণগী বারী মুম থঙলবদি হায়রু. য়ংসি দশরথগী মচাশিংগী মুপীশিংদা পোকপা মচাশিংগী মমীং করি করি কৌই ?

লব—মতাঙ অদুদি ঐ খঙজদে, অভোপ্লমসু খঙদে।

জনক—কবি ( বাল্মীকি ) নদি লেংবা শক্ত্র ?

লব—লেংযু'দি লেংবনি, কোংবদি নত্তে। মদুগী মতাং অমদি অভোপ্ল প্রবন্ধ অমগ লোয়নন তিনশিল্লগা দৃশ্যকাব্য অমগী মরোঙবা পুশিনখি অমসুং মদু মথুংমক্লা ইরগা নৃত্য, গীত বাদ্যগী সূত্রকার ভরত মুনিগী মকমদা থাখি।

জনক—করিগীদমক ?

লব—ভগবান্ ভরতমুনি মহাক্ল অপ্সরাশিংদা অভিনয় তৌহল্লবগী-দমক।

জনক—পুল্লমক ঐখোয়গী মুঙঙাইনবা ঙাক্লি।

লব—শক্লক অদুদা ভগবান্ বাল্মীকিনা চেকশিনব থৃনাইগী নত্তে; ছাত্র কয়াগী মপুঙ শিল্লদুমা লাইরিক অদু ভরতমুনিগী আশ্রমদ থাখিবনি, অমসুং মখোয়গী খুদোং থীব পুল্লমক ঙাকশেনব লীরুং পায়দুনা ঐগী ইয়াম্বু মখোয়গা লোয়ননা থাখি।

কৌশল্যা—নঙগা পোকনিন্নবসু নৈবয়া ইবুঙো ?

লব—নৈ ; আর্য্যগী মিং কুশ কোই।

কৌশল্যা—মামা অহলনি হায়বরা ?

লব—মাখি, পোকপগী অকোন অহানগী মতুংইনা মহাক্না অহলনি।

জনক—মখোয় অনীবু কাইবোক্ল ?

লব—মাখি কোয়।

জনক—মামী অতুগী মমৈদদি করম তৌই হায়বু।

লব—পুরবাসীশিংগী ওইদবা বাখোক্না সুংহাইতনদগী নিংথৌনা [illegible]-
ভূমদগী পোক্লবা সীতা দেবীবু থাদোকখি ; অমসুং লক্ষ্মণনা
মীৎ-মায় পাংঙদবা কুইত্রবা মতমদা মতাক মথন্দ বমদা হুন্দোক-
লমলগা হনখি।

কৌশল্যা—হা ইবেম্মা ! নাপথোং থা মানবী ! লৈরাংগুম থোৎলবা
মশানি, নথন্দস্ত ছায়বা মতম অদুদা নিয়তিগী তমথিরবা
লমচৎ মডোন্দ থোকখ্রবোইকো !

জনক—হা ইবেম্মা !

ইনৌ মোনা তমথিবা অচোম্লবু নংলগা
প্রসূতিগী মতমগী অরাবস্থ ফংলগা
শাহিংচাব শাশংনা পূনকোয় কোয়শিনখ্রবদা
থোইনা চেম্ন কিডুনা ঐবু মীংশিংলমগনি ॥২৩॥

লব—(অরুন্ধতী) আর্য্যে ! মখোয় অসি কনানা কনাখো ?

অরুন্ধতী—মসিনা কৌশল্যানি, মসিনা জনকনি !

লব—(থোইদোক কেন্দোক্ল ঈকাই খুম্মনা অমসুং অরাবা সুকহাইবগা
লোয়ননা যেংখি)

জনক— পূক্কক্তুবা পুরবাসীশিংগী তোঙমদব মতোমে! নিংথৌ ওইবা
রামগী রাজ্য লৈতবা থোদোমে!

ঐনা মতম খুদিংদা মাস হিংসানি 'কমবা
বজ্রপতননি খল্লি, লৌরাং মতেঙ লোইদ্রুমা
অভিশাপপু তোদ্রুমা অশাওবা মৈনা ঐগী
থক থক লাউমা চাকপগী মতম য়োরে চপচাবা।

কৌশল্যা—ভগবতি! অরুন্ধতি! ঙাকপিয়ু, ঙাকপিয়ু! রাজর্ষি রাজা
শাওবিরে, অমুক্তা কাথবিয়ু।

অরুন্ধতী—

অহল লম্মলন চৈবিবা, মীনদি থীমা ঙাংমবা,
পূকচেলদি চাওবা মীশিংগী প্রায়শ্চিত্তগী মশক্কি।
রাজন্! অদুগী মথক্তা রাম হায়বসি মচাশি
তোল্লব প্রজাশিং অসিবু ঙাকপিকম থোক্কে মহাক্তা ॥২৪॥

জনক—

রামচন্দ্রদ ঐহাক্না লৌরুং পায়বা শাপসীবা
অসিমকসি তোক্লগে, ইচাগুম্বা ঐহাক্না
সুংশিজবা রামনি, প্রজাশিংগী মসুঙদা।
ব্রাহ্মণ, অভাং, শক্তলসু লুপী, থোঙতেক মিত্তাংসু
য়াওর কয়া অমসু তোকক্কম থোক্লে খল্লক্লে ॥২৫॥
ব্রাহ্মণ কুমারশিং (তফিং তফিং চংলক্লগা) কুমার!
মী লৈবা লমদমদা শগোল কায়বা জীবগী মমিং ঐখোয়না
তাখি। মদুগী মশক ঐখোয়না উরক্লে।

লব—"শগোল" হায়বা বাহৈদি পশুশাস্ত্র অমসুং যুদ্ধশাস্ত্রদা তোয়বা পল্লি। হায়রু মদু করম তৌই ?

ব্রাহ্মণ কুমারশিং -

ভুংদা মমৈ অচৌবা     পাল্লি মাগী মশাদা।
হাই'দুরু তোয়বা তোয়বা     মডক শাংই মহাক্কো॥
মথুজিন্না মরিমি     শক্তিক 'নৌবা চাবনি।
হৈনৌ মানবা মথীকায়     চৎসি লাক্লো কান্নদে॥
মখোঙ স্বাঙবা জীবমি     লাপ্প' চৎলম্নগনি ॥২৬॥

( অসি হায়দুনা লবগী ইন্নরিবা কৃষ্ণসারমরুন্দা পায়দুনা চিংই )

লব—(মোল্লুক্না শগোল য়েংনিবগা লোয়মনা) আর্য্য পুম্নমক ! য়েংবিয়ু য়েংবিয়ু, মখোয় অসিনা ঐবু চিংলে ( অসি হায়দুনা খোঙ পরপ পরপ থাখি )।

অরুন্ধতী অমসুং জনক—ইবুঙ্গো ! মনীং থুংজরুরো।

কৌশল্যা—ভগবতি ! মসিবু উদনা চিংবা ভস্মোইদবগুম তৌই, অদুনা মফম অমদা চৎলগা মাবু য়েংলুসি।

অরুন্ধতী—মশা খীংবা অঙাং অদু লাপ্প চৎখ্রে, করম্না উগনি।

কঞ্চুকী—( চঙলক্লগা ) ভগবান্ বাল্মীকিনা তাকপিয়ক্লি—ইবুঙ্গো ইবেম্মশিংনা লবগী পাউ মতম চানা খঙবিগনি।

জনক—বাহৈ অসি ভাব তাদে ; অদুনা অকুবা খোদোক অমা খোক্লম্বা তারে। ভগবতি ! অরুন্ধতি ! সখি ! কৌশল্যা

অর্ঘ্য গৃষ্টে ! ঐখোয় ইশা ইশামক চৎলগা ভগবান্ বাল্মী-
কিগা উমরুরসি ( অসি হায়রগা ময়াম অদু চৎখি )

ব্রাহ্মণ কুমারশিং—য়েংবিয়ু কুমার ! অঙকপা জীবনি।

লব—উরে, খঙলে—মসি অশ্বমেধগী শগোলনি।

ব্রাহ্মণ কুমারশিং—কয়ম্না খঙবিবগে ?

লব—অপঙবশা ! অশ্বমেধগী শগোল ভাকদবা লাল্মীদি কবচ লীৎপা
চাম', চৈ পায়বা চাম', লীরুং পায়বা চামামা ভাকদবনি হায়বা
অদু মখোয়না অশ্বমেধগী মতাঙদা তমথুবা মন্ত্রা ? উন্ত্রা ? লাল্মী-
শিং অসি মতুমক চপচাবা ওইরে। থাজদ্রেগা চত্তুনা হংলু।

ব্রাহ্মণকুমার—লাল্মীশা ! মখোয়মা কোয়শিল্লগা শগোল অসিমা
চৎলিবাসিবু কবি কাম্নরিবনো ?

লব—(অপাম্বগা লোয়মনা মথন্দা) অশ্বমেধ হায়বা অসিদি পৃথিবীজয়
তৌবঙম্বা ক্ষত্রিয়শিংগী অকমবা, অমস্তুং মমায়বা ক্ষত্রিয়বু মায়-
থীবা পীনমবগী অচোবা মকম অমনি।

নেপথ্যদ.—

মরোম তরেৎ অসিদা মাগুম কমবা লৈতবা
রাবণ বংশ ভাকহনবা রামচন্দ্রগী শগোলনি।
ক্ষিয়ালসিম্ন মাগীশি রাম বীরনি ভাকপনি ॥২৭॥

লব—(মপূক্লীং শোকপগুম) কয়াদা ঈ শাগৎহনবা বাহৈমোসে !

ব্রাহ্মণ কুমারশিং—হায়শিঙডাই কবি লৈ ? কুমার অশিংবনিকো।

লব—মাপমগা লোয়ননা ( চাউখোক্লা ) লাউরিবসিবু পৃথিবী অসিদা
ক্ষত্রিয় লৈত্রবরা ?

নেপথ্যদা—মহারাজ রামচন্দ্রদেবু ক্ষত্রিয়না করি তৌগদৌরি ?

লব— অপঙবনা !

করে করে করসনু        কিহন্দুনা কৈদৌরি ।

ঐনা ভাংদুনা কাররদে        মখোয়গী কিরাল যুরগনি ॥২৮॥

ব্রাহ্মণ কুমার পুম্নমক ! মখোয়না শগোল অসিবু কোয়থং থৎলগা তেংপাক্না থাদুনা থাদুনা পুখো ; শগোলমচা শজিশংগী মরক্তা লৈসনু ।

নিপা অমা ( শাউনা নাপনগা লোয়নমনা চঙলক্লগা )

মচীন মখা চোমগনু অঙাং ! করি হায়রে ? থুংলাই পায়রিবশিংসে তমথিবা মীনুংশি শঙদব ভাক্তি । অঙাংনি হায়দুনসু নাপনভৌনা ভাংলবদি মখোয়না তাদুনা লৈগদবা নত্তে । য়েক্নবা চাংপদা ফাওরবা রাজপুত্র চন্দ্রকেতুসু অহকপা বন য়েংবিনিংলবাব ; মহাক্না লেঙলক্তি লৈগী মমুঙদা মখোয় পুম্নমক কুংলবা দন অসিদা পরপ পরপ চেঙ্কহৌরে ।

ব্রাহ্মণ কুমারশিং —কুমার ! থুংলাই পায়রবাশং অসিনা থুংলাই উত্তমা কুমারবু চৈথং থাংহাল্ল, শগোল অসিনা ঐখোয়গী কারব লৈতে ; আশ্রমসু লাপ্পা লৈ, অদুনা ঐখোয় শজিগুম্ন চোংদুনা চোংদুনা চেল্লসি ।

লব—(মোমোন মোক্লগা ) থুংলাই থাঙলক্লিবরা করিনো ?

( লৌরি হাপ্তুনা )

লৈরেংগুম্বা লৌরিনা        ঐগী লৌক্লং অসিবু ।

কোইরক কোয়হল্লসনু        মসিগী মতোল 'নিমা ॥

য়াপঙ 'নীগী মতৌশুম অকি মশক ওইসনু।
অসিনগী অকিবা টঙ্কারধ্বনি থোকসনু।
লৌরুং 'সিগী অকিবা মনুঙগী শরুক অসিন।
প্রলয়গীদি মতমদা জগৎপু য়োংকে তৌরিবা।
যমগী মরানা কাবগী মতৌ মরোঙ ওমসনু ॥২৯॥

( মতুঙদা মবোং পোক্না খোঙ খাংদুনা পুষ্পমক চৎখি )।

( কৌশল্যা জনক উমবা কৌবা মরিশুবা অঙ্ক লোইয়ে )।

---

# মঙাশুবা অঙ্ক

নেপথ্যদা—লান্মী পুষ্পমক! ঐখোয়গী উপায় অমদি লাক্লে।

লামগী লামবাউ ঐখোয়গী চন্দ্রকেতু তাদুনা
দোলাইদদি তোংদুনা মকম'সিদা য়ৌরক্লে।
সুমন্ত্রনা তক্বিংনা শগোল ময়াম খোঁয়ক্লি।
য়াঙনা য়াঙনা শগোলনা অতোঙ অকুৎ মক্ষমদা
চেল্লকপদুমক্কনা দোলাইদা খেৎপা ফিরালগী
কোবিদার বৃক্ষনা শাবা চৈখেৎক্না মিক্লি ॥১॥

( মতুংদা সুমন্ত্র সারথিনা খোঁরিবা দোলাইদা তোংদুনা চন্দ্রকেতু লৌরুং পায়দুনা অঙকপা, নুঙঙাইবা অমসুং অফিংবগা লোয়নদ্না চঙলকপা )।

চন্দ্রকেতু—আর্য্য ! সুমন্ত্র ! য়েংবিয়ু য়েংবিয়ু—

মশক য়ুম্না খুত্রিবা অকমবা অঙাং অসিনা
লামকমদা লাক্মী মথক্তা লীক্লাগুম্বা ডেম্নাবু
কাপশিল্লক্লি তত্তুনা মমায় ডাংলে শাউবনা
ক্রে ক্রে হাইয়ে মশমমু খুৎনা পায়বা লীক্লংগী
খোংজি অমী অসিমু মখোল খোক্লি তত্তুনা ॥২॥
রঘুবংশগী অনোবা অক্ষ্রগুম্বা মরোন্দোম্
ঋষিমচা অসিনা লাক্মীশিংগী মশাদা
অরংবা তেমগী মপৈবু থাডুনা ঐবু পেনহল্লি,
শামুগী চায়রুং শরূদা খং খং লাউমা থাম্বিবা
উমদা অকিব মশক্লি অঙকপানি অঙকপা ॥৩॥

সুমন্ত্র আয়ুষ্মন্

লাই হিংচাব খিবিক্কী মপাঙ্গলদগী হেল্লবা
মঙ্গী মশক মাল্লবা অঙাংসিবু উরগা ।
বিশ্বামিত্রগী যজ্ঞবু থুগাইম্বিবা হিংচাবা
তাৎমবগী লীক্লং পায়বা রামবু লীংশিংজম্বিদা ।৪।।

চন্দ্রকেতু—অঙাং অসিমক্তনা ঐখোয় মরামগা লাম্তেংমবসি ঈকাইবগী মশক্লি ।

লক্ক পাম্মীগুম শাংলবা মথুৎনা
পাইরবা কিমিডাই ওইবা খুৎলাই ।
মপৈনাদি পূম্নং লংলি সনাগী
শরীক মচা মচাশিংগী খোম্থাংনা ॥

ঝণ ঝণ লাউরে দোলাই খিবিকন্সু
তত্তুনা মচুম তাম্বিবা মোজ-ুনা
শামু মপৈনা তেঙ্গোল্লক্তা লৈরি,
লাম্মী ময়াম পুন্দুনা লানকম'সিদা
অঙাং অসিমত্তবু পূমকোয় কোয়রে। ৫।।

সুমন্ত্র—ইবুঙ্গো! ময়াম অসিনা পুল্লবদস্থ কম্বিসু তৌবা ভয়রোই-
দবদা তোঙ্গান তারবদি কম্বিবু হায়সিগে।

চন্দ্র—আর্য্য! খুৎলৈ থরদং থুনা পুবিয়ু—মরমদি মসিনা ঐখোয়গী
তেঙ্গোল য়াম্না হাৎচিল্লক্লে য়েংবিয়ু—

অঙাং'সিনা লৌরিগী মখোলবুদ খোকহল্লি,
ঐখোয়য়োমগী তেঙ্গোলগী তুন্দুভিগী মখোলনা
লৌরি মখোল হেলহল্লি, উয়ানদি কুল্লবা
চৌংলমদদি লৈরিবা শামুশিংনা কিত্তুনা
তোয়খোং তোয়খোং খোংলক্লি লৌরিখোম্না ময়ামগী
মনাকোংবু য়াহল্লি, অঙাং'সিন লাম্মাগী
লুয়েন কয়া ককথৎলি, চোংলি মশা পূম্নমক
লৈমায় শীনথ্রে লুয়েননা মমীং তম্না চাত্তুনা
যমসু পেনখিবগুম্রে, কিশয়বা মচীন্দ্রৈ
পাথয়কপা চৌপ্পাক্লা লানকম মসি শীনথরে।।৬।।

সুমন্ত্র—(মথন্দা) অমুক কনবা অঙাং অসিগা লানবা পাউ হায়বা
কয়ম্না ইচিম্না হায়সিগে (য়াথল তৌয়গা) ঐখোয়দি

ইক্ষ্বাকুবংশগী যুমদা মতম কুইনা লৈরক্লবনি, থোক্লরবা লানফম অসিদা করি তৌনবভাই লৈরি।

চন্দ্রকেতু—(তাওকপা ঈকাইবা অমসুং অকিবগা লোয়নবা) ওস্থোক-পনি; লান্মী পূম্নমক কায়তুনা মমায় ওনখ্রে।

সুমন্ত্র—(দোলাই কয়া থৌবগী অভিনয় তৌরগা) অঙাং অসি মজা বারী রাতাই শাবা য়ায়ক্লে।

চন্দ্রকেতু—(কাউবগী অভিনয় তৌরগা) আর্য্য! লানবাউ পুবা-শিংনা মসিগী মমিং হায়রম্বদুবু করি?

সুমন্ত্র—ইবুঙো! "লব" হায়বনি।

চন্দ্রকেতু—

পাম্বোম পাঙল কল্লবা লব কৌবা ইবুঙো!
লান্মীশিংনা কায়দে ঐহাক লৈরে অসিদা
চক্রশিল্লকউ ইনাক্তে নৈনা মৈদা লুপসনু ॥৭॥

সুমন্ত্র—য়েংউ, য়েংউ কুমার!

নাপম চাউবা মোংশাগী মচানা মোঙ্গী মোথোমবু
তারগা শামু হাৎপা তোকপগুম অঙাং আনম্ভ
কৌরুবদা নহাক্লা তেঙ্গোল হাৎপা তোকখরে।

(মক্তুংদা ফিংনা চাউথোক্ল খোং থাংতুনা লব চঙলকপা)

লব—ফজ্জে, ফজ্জে, রাজপুত্র! ইক্ষ্বাকুবংশগী সন্তাননি হায়বা থাঙ্গেশেংবনি। অদুনা হঞ্জিনক্লিবসিনি।

( নেপথ্যদা লাউথোংলবা )

লব—( তরৈ নৈশিল্লক্লগা ) হৌজিক্তা কথুত্তা মায়থিখিবা সেনা-পতিশিং অসিনা কপ্পিল্লক্লুনা নাপনগা লোয়মনা লেপ্তুনা মায়গৈ খুদিংদগী ঐহোক্না খুৎলাক্ত তমশিল্লক্লি। ঈকাইবা খজেবা মীচোপশিং অসি তুকচে।

প্রলয়গী মতমদা ফুংশিংনা কন্না হুম্বদা।
সমুদ্রদগী কারকপা ঈশিংগীদি মপৈনা॥
চীংদা বাইশিল্লুবদা কৌরকপা মৈগী ময়াদা।
তাকথিবগী মতৌগুম মায়গৈ মশি মক্তগী॥
লাকপা থোল্লাউ অহৌবা লাম্মী তেঙ্গোল অসিগী।
মাঙলসনু ঐহাকা অকমঅশাউ মৈনুংদা॥৯॥

( অসি হায়রুনা থোক্তপাংই )

চন্দ্রকেতু—হে অচাং;

অচকপা কংনা মগুপনা থোইদোক হেন্দোক নৈবমা।
মতমা ঐগী ফুংশিবা মরুপ ওইয়রবনিকো॥
ঐগীনি হায়বা খিনীকস্তু মঙ্গি মপোৎ চাক্তনি।
অদুনা মপা মচাবু ওৎপা হৌনদবনি।
মঙ্গী মপাঙ্গল' পঙ্গীক্তা তৌকম চন্দ্রকেতুনি॥ ১০॥

লব—( ফুংচাইন অমস্তুং ফিংনা ওম্থোক্লগা ) মতিক মগুণ চাউরবা সূর্যবংশ-সন্তানগী চাংলকপা বাচাং অসি থোৎলি কান্ন।

অতুমা মরাম অসিনা কায়দে, মসিগী সম্বাম পীবা তাই।

( নেপথ্যদা অমুক নিরমকপা )

লব—( শাউনা অমসুং মশাবু করি নৈতনা থন্দুনা ) আঃ অকনবা অতাং অসিগা লানবা পাতুনা খেংনগদবদা লাম্বোশিং অসিনা ঐবু খীংলে। ( লাম্বোশিংলোমদা চঙশিনখি )

চন্দ্রকেতু—আর্য্য য়েংবিয়ু—

মরাঙ হৌনা মাপন্না মিংয়েংলিবা ঐরোম্বা
তুংদা ঐগী তোঙালনা মতুং ইন্না তান্নবা
তেন্দন্নব লীকুংবু খাঙ্গৎলিবা মহাকুনা,
তুংমাং মায়কৈ অমীদা হৌবক্লবা মুংশিংনা
হুন্বা চুমথাঙ খাল্লিবা নোঙ্গুম কজন্নিবসে ॥১১॥

সুমন্ত্র—কুমার নহাক্তুনা য়েংলগা খঙবনি, ঐদি পুনঙকেতুম হক্লবনি।

চন্দ্রকেতু—হে নিংথৌ পুন্নমক!

শগোল শামু রথগী মৎক্কদি তোংলিবা,
কবচনা হকচাং কল্লিবা চহীদস্থ হল্লিবা।
নিংথৌ ইবুংঙোশিংনা মখোঙনদি চৎলিবা
মথন্দন্থ তান্নরবা, কৃষ্ণসারচর্ম্মবু॥
খাওয়না ইল্লিবা চহী মতাং নোবনা
মশা মরু খোৎলবা অতাং অসিগা লানবাবু।
পাগনি হোৎনন্নিবসে য়াম্না লাল্লবনীকো॥ ১২॥

লব—(অশাউবগা লোয়নবা) মসিনা ঐবু মুংশিবিন্নীবা ?

( হাখন তোরগা ) তোমিংবা তৌসনু । মতম কুইনবা জম্বুকান্ত্রনা তেঙ্গোল অসি পঙথহল্লগে ( অসি হায়রগা থ্যানগী-অভিনয় উৎথি )

সুমন্ত্র—( তকিং তকিংনা ) ইবুঙ্গো ! ঐখোয়গী তেঙ্গোলগী খোল্লাউ ঈনীর লেপখ্রিবা করিগীনো ?

নব—মাপল চাওবা অসিগী মপাঙ্গল চাংয়েংগে ।

সুমন্ত্র—( কিংনা ) ইবুঙ্গো ! কুমার অসিনা জম্বুকান্ত্র কৌত্রামরে খল্লি ।

চন্দ্রকেতু—চিংনমিংঙাই নৈতে ।

অমম্বগা মোংথাঙ্গা অমি পুল্লপ পুমবনা
অকিবা মশক কঙহে মুম্না য়েংশিল্লবস্থু
মিৎ লাইৎলি' মম্বনা মামা খাদোক্লবস্থু ।
মীৎ অসিবু য়াহল্লি ঐগী লাম্বী পুম্নমক
অয়েকপা লাইগুম নৈরি জম্বুকান্ত্র শোয়দয়ে ॥১৩॥

অঙকপনি ! অঙকপনি ।

প্রলয়গী মতমদা ভাইবংপামবু মাঙহনবা ।
ভম্বা শাফু কল্লবা অকিবা মশক কংবা ॥
মুংশিৎমদি জুল্লবা অমহীকস্থ অপুমবা ।
মোংশিংগী মোংথাংমা মাগী গুহা পুম্নমক ॥
পিঙ্গলবর্ণ ওইয়িবা বিন্ধ্য-চীংগী চীংদোমগুম ।
উরি জম্বুকান্ত্রশিং মখোয়শিংসি পাতালগী ॥

সুংদা উরীবারীমা কোয়শিল্লবা মকমদা ।
চোয়পলৈবা মঙ্গশুম মুশিম মুনা লৈরিদো ॥
মৈগী মৈশা লাংলবা লংত্রিক লংবা পিথ্রাইগুম ।
পিঙ্গলবর্ণ ওইরবা মঙালমা ঈরং লংলি ॥
ভৃত্তকান্ত্রশিংসিমা শীমবা থুংগ্রে আকাশ ॥ ১৪ ॥

সুমন্ত্র—মাসিমা ভৃত্তকান্ত্র কদায়দগী অমুক কংলুরিবা ?

চন্দ্রকেতু—ভগবান্ বাল্মীকিদগী ওইরমগনি খল্লি ।

সুমন্ত্র- ভগবান্ বাল্মীকিদি খুংলাই শীক্তিররদবনি অদুগী মথক্তা
ভৃত্তকান্ত্রবুদি শ্‌পশীনমক শীক্তিররদবনি । ময়মদি
কৃশাশ্বগী মচানি খুংলাই মখোয়শিং অসে ।
বিশ্বামিত্রনা য়ৌথি মকমদগী মহাক্কী ।
পীনদুনা মহাক্কা লৈখি রামভদ্রদা ॥ ১৫ ॥

চন্দ্রকেতু—সত্বগুণগী মঙাল্লবু থোকনা চেন্না তারবদি মস্তক্ত ওইবা
অতে মহাত্মাশিংস্ত মশামা খঙবনি ।

সুমন্ত্র—(চেকশিল্লু ইবুঙ্গ ! মহাবীরসি য়ৌরক্লে ।

লব অমস্তং চন্দ্রকেতু—(মহৈ মহৈ ) ওস্কোক্না য়েংবদা পেল্লিদা ।

( সুংশিমা পুক্লিং য়াওনা য়েংলগা )

উকংরগা মসিবু ঐগী থম্মোই অসিবু ।
পূমচিং ওইনা চৌংশিল্লি মুত্তাইবনা থুমকংলি ॥
পূংকম লেমকম কবদা উরখিব' সিমরা ।
মগুণ থোইদোকপনর মকানমুক্তী মপোক্কা ॥

ইশ্না ইচা ওইখিবা অচুমবা তৌবয়া ।
ঐগী ঐগীদি ওইবা খুদেবা মরীচুময়া ॥১৬॥

সুমিত্র—খরাই পামবশিংগী স্বভাবতি অসি চাক্তনি—কনাগুম্বগী মকমদা কনাগুম্বনা খরাই পোক্না সুংশি ; অচুবু মীওইবশিংনা মিৎ চামবদগী থোকপনি, চায়কম লেপকম খুদেবনি, অমসুং ঈশ্বরগী ইচ্ছাদগী থোকপনি চায়বৈ ।

মরম নৈতনা পোক্লকপা প্রেমচু মাংবা থৌমদে ।
সুংশিবা চায়বা লংনা ভুশিনবনি খম্মোইবু ॥১৭॥

লব অমসুং চন্দ্রকেতু—( অমনা অমগী মকমদা )

লেক লেক লাউনা ফজবা *রাজপট্টগুম্বব ।
মপাসিদা কয়মা ঐনা ভেনবু কাপশিগে ।
মসিবু কোপ্তবিংবনা ভুজুং মাঙ্গংলবনি ॥১৮॥

তৌইগুম্বসুং ঐগী খোইদোক্লবা থৌমাবু ।
থিংবা ঙম্বা অসিদা খুৎলাই থাবা মতম ॥
নৈরি করি তৌনিংচাই মসিদদি চঙজবা ।
চম্মোইদবা খুৎলাইনা করি কায়গবমো ॥
ঐগীদমক খুলাইবু পায়খৎলবা মতমদা ।
লাল তোক্লগা ঐহাকপু মসিমা করি চায়গনি ।
তক্লবগী নিয়মনা থিংই সুংশি নিয়মবু ॥১৯॥

---

*রাজপট্ট—মণি মখল অমা ।

সুমন্ত্র—(লববু য়েংলগা নপি তানা মথন্দা) হে পুত্রীং! করিগী মতমা মত্ত-মত্তবা থল্লিবনো ?

মরম অদু আশাগী বিধাতানা মাঙহনখ্রে।
তংখ্রবদা উরানা মপাল শাংপা হৌনদে ॥২০॥

চন্দ্রকেতু—আর্য্য! সুমন্ত্র! ঐ দোলাইদগী কুমথজরগে।

সুমন্ত্র—করিগীদমক ?

চন্দ্রকেতু বীরপুরুষ অসিবু ঈকায় খুম্নবা অমসুং ক্ষত্রিয়ধর্ম্ম ঙাক্লনবা। মরমদি দোলাই তোংবশিংনা মখোয়না চৎপশিংগা লানথেংনবা হৌনদে হায়না শাস্ত্রজ্ঞশিংনা হায়রি।

সুমন্ত্র -(মথন্না) ঐদি অরাবা কিথমদা তারবনি। মরমদি—

অচুম্বা থবক অসিবু ঐনা কররা থানসিগে।
তাকং তকিংবা থবকপু ঐমা কররা য়াসিগে ॥২১॥

চন্দ্রকেতু—ধর্ম্মগী অমসুং অর্থগী চিংমরবা মতমদা পিতৃপুরুষশিংমক্তন্দ্র চান্নবা মরাপ্নি হায়দুনা হংনরিবা আর্য্যনা করি য়াথল থমবিরিবগে ?

সুমন্ত্র—আয়ুষ্মন্! ধর্ম্ম কায়ত্রবা চুম্বা থবকপু য়াজরে।

মসি লানগী নিয়মনি কুইনা চৎনরকপনি।
রঘু শাগেগী অথৌবা মীপকশিংনা ঙাক্লম্মি ॥২২॥

চন্দ্রকেতু—তাকপিবা য়াথং অচুম্বনি।

ইতিহাস পুরাণবু বর্ণাশ্রমগী ধর্ম্মবু।
মনুনচিংবা শাস্ত্রবু রঘুবংশগী রীতিবু।
আর্য্য অহল-লম্মমনা থঙবিরিবনি চপচানা ॥২৩॥

সুমন্ত্র— ( মুংশিনা মপিতানা কোন্দুনা )

ইন্দ্রজিৎপু হাৎখিবা          লক্ষ্মণ হায়বা মুংশিবা।
মহবু পোকপা মপাদো          ভূয়াংদনি পোকখিবা॥
মাগী মচা মরুমস্থ          অকন লমচৎ চৎলক্রে
দশরথবংশগী          ময়াতাবা শোয়রবোই॥২৪॥

চন্দ্রকেতু— ( অবাবগা লোয়নবা )

রঘুকুলগী মকোকী          ধায়াদনি নৈত্রবদা।
ঐখোয়গী বংশ কয়ম্বা          লেঙদনা নৈহোৌগদগে।
হায়বগী অব মৈচাক্রা          চাক্লি পম্বো অহুম্বু॥২৫॥

সুমন্ত্র—অবাবনি! চন্দ্রকেতুগী মবাহৈশিং অসি তাওদা থম্মোই শোকই।

লব—বীররসগা য়ায়রবা বাৎসল্যরস ঐগী পুক্নীংদা ফাওরিবা।

থামা থোক্লগা থয়োনা          সুডোইজবগুম ঐহাকী।
মিঙমম্থ মসি উরগা          সুডোইজবনি অহুবু॥
ঝণ ঝণ লাউনা হৌরবা          লীয়িবুদি চিংবদা।
মথোম্বোকপা অচৌবা          লীক্লং পায়নিংলি পাম্বোম্ন।
অকিবা মশক ফংলবা          বীররসম্থ মকোক্লি॥২৬॥

চন্দ্রকেতু—(দোলাইদগী কুমথরদুনা) আর্য্য! সূর্য্যবংশগী চন্দ্রকেতুনা খুরুমজরি।

সুমন্ত্র—

অমাং অতা লৈতবা ওকী শক্তম পুরবা।
ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুনা পুরঞ্জয়গুম্বা মহাকী।
লাকচবদি অমমা চন্দ্রোইদবা অশেংবা।
অকনবদি তেজনু য়াইফনবদি পীসনু ॥২৭॥

অমসু

মঙ্গী বংশগী হৌরককম সূর্য্যদেবনা লাককমদা
সুজোইবনু পীসনু গুরুজনখিবকী
গুরুবশিষ্ঠদেবনা সুজোইহনবিরমগনু।
ইন্দ্রবিষ্ণু বায়ু অগ্নি গরুড়গী পাঙ্গল কংজবো।
রাম লক্ষ্মণ অনিগী ধনুষ্টঙ্কার মঙ্গনা
মতম লৈবা খিবিক্কা মঙ্গী অয়বু পীসনু ॥২৮॥

লব—কুমার! দোলাইথক্তা লৈবনদুম হেন্না মীংথিজে, হেন্না ইকাই খুম্নবা উৎপিবগী কান্নবা লৈতে।

চন্দ্রকেতু—অদু ওইরবদি মীথোইমীহেনবা ইবুঙ্গোনসু দোলাই অমদা লেঙথৎপিয়ু।

লব—আর্য্য! রাজকুমারবু দোলাইথক্তা থাঙ্গৎপিয়ু।

সুমন্ত্র—মহাক চন্দ্রকেতুগী মরা ইয়ু।

লব—ইশাগী শীজিন্নবা পোত্তা কবি থন্নমিত্তাই লৈবগে? অদুবু ঐথোয়দি বমদা লৈবদিনা দোলাই তোংবা হৈয়ক্তে।

চন্দ্রকেতু—ইবুঙ্গো ! চাওখোকপগী অমসুং মোল্লুকপগী বাঙাংশাঙাংদি মহাক হৈরে। ইক্ষ্বাকুবংশগী রামচন্দ্রনা নত্তবু উয়মবদি মহাক্তী থম্মোই প্রেমনা মহী চেল্লমগনি।

লব—অজর্বি অদু অকবা মীনি হায়না তায়। (ঈকাইবগুম) তোইশুমসুং

মজ্জ মাঙহনবা মীদি নত্তবনি এখোয়দি,<br>
তাইবংপানবা অসিদা নিংথৌ মাবু কনানা<br>
মতৌক মগুণ তারগা ঈকাই খুম্মরোইদবা<br>
য়াওবগে অদুর ওইনমক শগোল ঙাকপাশিংসিগী<br>
রাহৈনা ক্ষত্রিয়শিংসিবু থোওইউশিত্তে হায়না<br>
শাউবদগী পুক্লীংগী থোকখি অওনবা অমথক ॥ ১৯ ॥

চন্দ্রকেতু—(মোমোম মোক্তুনা) অপোকপগী (রামচন্দ্রগী) মতৌক-মগুণ অখোইবা তারগা ইবুঙ্গোনা থাওদা য়াবববা ?

লব—মমম অসিদ ঐগী থাওবদা বাবা ১সুং বাদবা ওইনিংবা ওইসনু। ঐনা হংজানংলিবদি মসিনা- রঘুবংশগী নিংথৌ অদু ইন্দ্রিয়-খুড়ুম চনবা মিপানি হায়না তাজে; অদুনা মশাদি মাপন তোদনা চাউখোক্তবনি, মাগী প্রজাগী মনুভদসু মাপন তোদবনি, মাগী শগোল ঙাকপা লাম্মাশিংদ হিংচাবগী বাঙাং ঙাওলিবা অবিগীনো ?

মুনিশিংনা লাপনবা অঙাওবগী বাঙাংবু<br>
হায়বৈ হিংচাব'বাঙাংনি অবমদি বাহে অদুমক<br>
মেংখবগী ময়ম্বি অলক্ষ্মীগী মথক্কি ॥ ৩০ ॥

মরম অসিনা তাইবংপান অসিদা গুরুপরম্পরাগী মকুংইন্না
যাহে অচুবু কজদনা হায়রৈ, মচু মতুববু থাগৎরৈ।
তাবদা মুঙোইবা অচুম্বা যাহৈনা নিংথা থুংহান্ন,
অলক্ষ্মীবু তাম্থোকই অকবা মিংচৎ পোকহল্লি,
পাপপুম্ব মাঙহল্লি পণ্ডিতশিংনা অসিগুম্বা
যাহৈবু য়াইফ খিবিকী হায়রৈ কামধেনুনি ।।৩১।।

মুমন্ত্র—বাল্মীকিগী পড়ু রাম পুকচেল কজবা অঙাংসিনা, মুনিশিংগী-গুম্বা সংস্কারনা তিল্লিবা বাহৈবুদি হায়রি।

লব—চন্দ্রকেতু ! মঙনা হায়খিবদাই "অপোকপগী মতীক মগুণ তারগা থাংবা ভুস্বিদবরা" মচুদা থঙনিংলি—ক্ষত্রিয়শিংগী ধর্ম্ম অাস অথয়বা মীদা লৈগদবরা ?

মুমন্ত্র—ইক্ষ্বাকুবংশদা পোকপা রামচন্দ্রবু শূপ্রমক খঙদবদগী অচুম্বা ভাঙলিবনি মহাক্না। অচুনা কাহেনবা বাঙাং অচু লেপ্লে।

লাম্মী তেঙ্গোল খিবিকপু মায়খিহনুনা মহাক্না
থাজেশেংনা অকনবা মীগী লমচৎ চৎথরে।
পরশুরামবু ভুম্লিবা রামদদি অসুম হায়গনু।

লব—(মোক্না) নিংথৌ অচু পরশুরামবু ভুম্বনি, অচুতমা করিগী অচুক থাগৎনিঙাই ওইবগে ? মরমদি
ব্রাহ্মণশিংগী মপাঙ্গল মরাহৈদা লৈবনি,
মপাস্বোমদা লৈবনা ক্ষত্রিয়গী পাঙ্গলনি,

পরশুরাম ব্রাহ্মণনি        থুংশু-থুংলাই পায়রবনি।
মাবু ভয়ে হায়রগা        করি থাগৎহিংজাইরো ॥৩৩॥

চন্দ্রকেতু—( থম্মোই শোক্লা ) আর্য্য ! আর্য্য ! মথা তানা শুমহুনা কায়দে।

চৌজিক অসিদা মসিনা        হায়রম থজদব অপৌবা
পুরুষাবতার ওইরবনি,        ভগবান্ পরশুরাম কাও
মজোন্দদি বীর মত্তবা        মরোল তরেৎকি অকিবা
অথংবা খিবিক মাজহনবা        রাম চরিত্র থজদবা ॥ ৩৪ ॥

লব—রামগী চরিত্র অমসুং মাগী মতীকপু থজদবা কনা য়াওবগে ?
জাংগদবা লৈরবস্ত তোক্লসি।

অহলশিংগী চরিত্র        বিচার তৌবা হৌমদে,
লৈরসমু মথোয়ড়ু        করি নৈমনিজাইরো,
সুন্দগী সুপী তারকা        হাৎলবস্ত মহাক্কী
অথোইবা মিংচৎ মথৌমা        তাইবংপান্দা কাওখিব',
"ধর"-গা লাম্ভেংনবদা        খোজকম অহুমদং তুংলোমদা
মায় ওন্দনা হন্দোকখি,        বালি হাৎপা মতাজদা
কয়াদা হৈ শিখিবনো        পূন্নমক্কা থজনরি ॥ ৩৫ ॥

চন্দ্রকেতু—হাই ! লমচৎ মাইদবা ! অপোকপবু তাখিবা ! মাপল চাউবা শারেদ !

লব—করিনো ঐজোন্দা নমিৎ খাবা শারিবা !

সুমন্ত্র—অনি অসি শাউমরে।

মহৈ মহৈ তেস্থানিংলে        মশা ঈনীক নীরুরে,

হাইযে পুন্নবা শমশিংসু মহৌশানা তাড্রাবা
থম্বাল মানবা মমিংসু অমুকসু হেন্না চাউনরে,
খোয়রনা পীশুম অনীগী জগোই শাবগী মতৌনা
তম্নবা মাইহিং পক্লবা থাজগী, থক্তা পাইথিবা
খোইমুমা তোংবা থম্বালগী মতৌশুম ফজৈ মমাযনা ॥ ৩৬ ॥

লব অমসুং চন্দ্রকেতু—অদু ওইররবদি লামগী মতীক চাবা মকমদা চংসি ( অসি হায়রগা পুন্নমক চংখি )

কুমারবিক্রম কৌবা মথাশুবা অঙ্ক লোইরে।

---

# তরূকশুবা অঙ্ক

( অরংবা বিমানদা তোংদুনা বিদ্যাধর মতে মনাও চঙলকপা )

বিদ্যাধর—সূর্য্যবংশগী অঙাং অনীসিগী থঙহোদনা লানকমদা অকিবা শককম ওইররে, ক্ষত্রিয়গী মতীকচাবা মথোনা উংনরে, অনীগী মথোনা উবদা লাই হিংচাবশিংনা ওক্লরে। মদুদি প্রিয়ে য়েঙঙু, য়েঙঙু—

অঙাং অনী অসিনা মথোল হোবা লীক্লংদা
তেঙ্গা খোংলগা তেমকাপ্লি লীক্লংগী শরীক মচানা
ঝন্ ঝন্ লাউরি থুঞ্জিশুম লীরীনা, খোংজি অনীনা
মিল্লি কংনা অকিনা অনীগী মকোক অনীনা
লেংলি অওৎপা নৈতনা অসুম তোনা অনীগী

অকিব কংবা লানকন্না মথং মথং হেল্লক্লি ॥ ১ ॥
মখোয়, মীগী অখোইবা থুংলাইনা 'তিয়া শীনথরে,
অমীগী য়াইফনবগী শোংখোংলগুম লুম্না
ডুন্দুভি মখোল "ডুম ডুমনা" মায়কৈখিবক্কা শীথরে ।। ২ ॥

অচুনা মখোনা লৈবা অত্তাং অমীগী মথক্তা, মকাকন্না শাংলবা কজবা সনাগী থম্বালনা কুংনা কুংনা তাগদবা পারিজাৎমচিংবা সুরতরুশিংগী অনৌবা মণিগী মশক ওইবা মযোলদগী শিন্দুরকপা লৈহীগা শন্নবদা অমুকন্ত ককবা পুষ্পবৃষ্টি-ভাঁরসন্নু।

বিদ্যাধরী—মতমচাদনা কুপ্লকপা মোংথাং' মত্তালনা অতিয়া মগুল অসি পূমনীন শীনপ্লে কয়িগীমে ?

বিদ্যাধর—ঙসি করিনো ?

বিশ্বকর্ম্মা কোবগী শাণযন্ত্রদা কাপ্লগা
লৈরবা সূর্য্যমগুলগী তেজগুম্না লংলবা
রুদ্রগী অত্থমশুরকপা শিংকী মিৎথক চাংলব্রা ? ॥ ৩ ॥

( বাখল তৌরগা ) ওঃ ! খঙলে, চন্দ্রকেতু হায়বা অত্তাংসিনা আগ্নেয়াস্ত্র কাপ্লবনি, মাগী মত্তালনা পুমশন শন্নবনি।

ফিরাল চৈখোক্তা য়াল্লিবা চাক্লিচাক্লিব চামন্নবা
মন্নাং মন্নাংবা বিমানশিং খৈদোক্লশবে লোইনবা,
মৈগী মৈয়াশিংসিনা ফিরালচৈখোক্তা পুল্লিবা
ফিগী ফিজিশিং অত্তদা মিকুপ অমগীদমক
কুকুঁমগীমচু অত্তাংবগী মচুবৃদি পুরিদো ।। ৪ ।।

অঙকপনি ! বজ্রখণ্ডমকপু চাকপেকপা ঙম্বা, মথক্তা মৈয়াক মকুপ মকুপ পাইখুংলিবা অকিবাফংলবা নয়নয় হাইহোল্লবা

মৈরিমা কিন্নিঙ্ঙোই ওইরবা মতীক চাওরবা মৈগী মপৈপিন। মাগী মৈশ মায়কৈ খুদিংদা লাংলে। অদুনা ঐগী ইশাবা চাম্রখোইবীবু খল্লগা লাপ্না থৈদোকখ্রগে। ( মতুমক তোঈ )

বিদ্যাধরী—ইরাইবককবদগী মক্ত বামুক্তাগুম ঈংলব মমেক মহাও কারবা থোংলবা কমকম লাওবা চারথোইবগী মশাগা শোক্লবদা মৈশা পুম্নমক লোইনা কোকখ্রে, অদুগীস্তু মথক্তা মিং অনীমক মুঙ্ঙোইবদগী উইরুম উইক্লে অমস্তুং কোয়মৈ লৈরে।

বিদ্যাধর—টবেম্মা! মরম অসিদা করিগুম্বা অমদি ঐনা তৌখিত্রগা

করিমস্তা তৌম্রবস্ত্র মুঙ্ঙোইবতনা অবাবা
কোকহনবমি, মরমদি মামা মাগী চাম্রবা
মী অদুনা মহাক্কী হায়রুম খঙ্ডবা পোৎশক্কি ॥ ৫ ॥

বিদ্যাধরী—তত্তনা কোয়মৈ লৈদুনা কুপ্লিবা নোংথাংনা লৈত্তেং ওইরিবা অমদি ময়ায় কারবা যাহোঙগী থৌরিগুম্বা মুরবা নোংমক্তনা আকাশ পুমকুপ কুপখ্রে, মসি করিনো?

বিদ্য:ধর—মীংথিবমি! মসি কুমাররলবনা কাম্রকপা বারুণ অস্ত্রগী শক্তিননি। করে, তত্তনা তাররপা নোংগী নোংলিমা আগ্নেয় অস্ত্র থাদখ্রে।

বিদ্যাধরী—ঐনা পেঙ্কে ঐনা পেঙ্কে।

বিদ্যাধর—ওম্ভোকপনি ! পোৎশক পূম্নমক হেনবু হেন্নবদি মাঙনমবগী মরম হেক্তা ওইরকই। মোং মুংশিং অকংবমা ছুম্বদা ভয়ং ভয়ং হায়না ভপ্পি ভপ্পি খোংলিবা মোংমক্তনা থুমখিজুনা শুক শুবা অমম্বনা তাইবং পানবগী মথয়ায়পাঙবা শিং-সে পুমকুপ কুপখিবগুম তৌরে। অমুক্তদা পুমউম উমগে হায়না কাথৎলকপা মহাদেবগী খোৌরাচয়মদা মথয়ায় পাঙবা পূম্নমক চাঙ্খিবগুম তৌরে অমসুং প্রলয়গী মতমদ নাংয়ণনা যোগনিদ্রা তৌদুনা লৈথবদা মাগী পূক্নুংদা চঙদুনা লৈশিবদগী তৌবগুম জীব পূম্নমক থক থক শীক্লি।

ফজে, ইবুঙ্গো ! চন্দ্রকেতু ! নহাক্না বায়ব্য অস্ত্র শাজিন্নরকপা মতম চাবনি। মরমদি

| | |
|---|---|
| তত্ত্বজ্ঞানন ব্রহ্মাদা | তিলকনখিবা জগৎপু |
| অতুগুম্না নহাক্না | বায়ব্যাস্ত্র অসিনা |
| অসুকয়াম্ব শোংয়াম্ব | মফম অমদা তিলহনখ্রে ॥ ৬ ॥ |

বিদ্যাধর—ইবুঙ্গো ! অয়াপ্পা মকমদগী তফিং তফিংনা থাঙৎলবা মথুৎনা ফিগী ফিজি লৈদুনা ( হাইদুনা ) ফজবা যাহেনা লাম থামদুনা নিপা মচা অমা অসিগী ময়ক্তা অচোবা বিমান অমা হাইশহল্লক্লিবা মীশক অসি কনানো ?

বিদ্যাধর—( য়েংলগা ) রঘুপতি রামচন্দ্র, শম্বুকহাৎলগা লেংলক্লি।

মহাপূরুষনা হায়রকপা লামথাম যাহৈ তাবগা

মাগী মরায় য়েংদুনা লান লেপথে লবনা,
চন্দ্রকেতুনা থুরুমখ্রে কৌজক রামচন্দ্রনা
মচা ঙমঙবা য়াইফববু লৌসনু ॥ ৭ ॥

( অসি চাহরগা বিদ্যাধর বিদ্যাধরী অমিমক চৎথি )

বিষ্কম্ভক

( অদুদগী রাম, লব, অমসুং থুরুম থুরুম্ম চন্দ্রকেতু চঙলকই )

রাম—( পুষ্পকরথদগী কুমথ কুমথনা )

হে সূর্য্যবংশগী চন্দ্রগী মশাক ওইব চন্দ্রকেতু !
চহী শরুকউ পরপ পরপ কোয়েং লাউ ঐহোন্দা
উনগুম ঙাংবা মশংগা শোকনবদা ঐহাকী
পুক্নীংগীদি মৈচাকসে পূমকোক ওইনা কোকসনু ॥ ৮॥

চন্দ্রকেতু—থুরুমজায়—

রাম— ( চন্দ্রকেতুবু কোনখৎলগা মুংশিন্দা পিতামা কোয়গা )
দিব্য অস্ত্র কোয়রিবা মশাদি তেক্কে-কায়দেকো ) ?

চন্দ্রকেতু—অঙকপ থবক তৌরবা অমসুং য়েংবদা মুংশিনবা লবগা লেংনজবদ ঐহাক য়াইকজরি। অদুনা ঐনা হঙৎচরি-ঐহাকপুগুন্না অমসুং ঐহাকমক্কুদগী সু হেন্না থৌজাব মিৎয়েং য়েংবীদুনা অথোইবা মহাবীর অসিবু ইপল ইবুঙোনা মিৎয়েং তাবিয়ু।

রাম—( লববু মুন্না য়েংলগা ) হচাগী নমারবা অমগী মূর্ত্তিদি

ওঝোক্না ঈণ্ডি মীংথিজৈ, অকৰা লক্ষণ কয়াদা- ভিমবনি।

জগৎপু ঙাকে হায়ডুনা ধনুৰ্বেদনা হকচাংবু

পুডুনা চোংথোক্লকপনি, বেদবু ঙাকে হায়ডুনা

ক্ষত্রিয়গী ধৰ্ম্মনা মুৰ্ত্তি পান্দুনা থোক্লকপনি

মসি তাইবংপানবগী থৌনাগী গুণগী পূৰ্ণগী

মপৈনা চোংথোক্লক্কুনা নৈরৱিবা মতৌনি ॥ ৯ ॥

লব—অভকপা অমনি! মহাপুৰুষ অসিগী মতৌক অমসুং মশক

তশেং তশেংবনি।

আশা প্ৰেমভক্তিগী অচৌবা তুঙনকম অমনি।

থোইদোক হেন্দোকপা ধৰ্ম্মগী অৱৰনি শন্নাইবা ॥ ১০ ॥

অভকপনি।

মসিবু উক্লরে হায়রগা থৎনচৈনা মেমথরে,

মুভচাইবনা থল্লবা মুংশিবা মকা লান্নকই,

হাইগৎলমচৎ অডুনা কদায়দদি মাঙথ্রবা ?

তোল্লি কায়বা বাখলনা ঐগী ইকু লকহল্লি,

কৰিস্ত তৌবা ভমজদে, তীৰ্থগী মতৌগুন্নবা

মহাপুৰুষ থিবিকী ফভভমদবা প্ৰভাবনি ॥ ১১ ॥

ৰাম—অহাং অসিনা থুদক্কা ঐগী অৱাবা থিবিকপু

কোকহনবনা কৰিগী, প্ৰেমনা থম্মোইথুম্ব ক'ম মৰমদগীদ্রো ?

মৰম য়াওদনবু মুংশিবা হৌনবরা হায়বা অসি চুমদবা বামি।

ঐবা মখোয়দা হিংসাগী লমচৎ চৎলুবি। ইপুরুীং অসি মৌবা কৎলুজ্রে, থুৎলাইকাওবা হাইসৎলুবে। ( কোংবা ) [illegible] লবগী মবাম হাকপিয়্।

রাম—ইবুঙ্গো ! মঙগী কবি মরামনো ?

চন্দ্রকেতু—শগোল [illegible]শিংগী মকমদগী তাতপাকপী মৌবা অমু তাবদা মসিমা বীরপুরুষকী লীচৎ চৎখিবনি।

রাম—মতুদি [illegible]গী লৈফেংনি।

মখোমা লৈবমা 'তোঙ্গী' মখোনানু [illegible]
মতু মহোৎশাগীনি [illegible],
সূর্য্য দেবমা মচানমা [illegible]
সূর্য্যকান্তমণিমা [illegible]
চোপই হায়বগীদমক [illegible] মহোৎশাগীনি। [illegible]

চন্দ্র—পিতঃ ! মসিমা ঐখোয়বু শাউবনু মীরশিকদবা মখো, ফিৎতোং তাবিমি—মায়কৈ খুদিংগী তেজোলশিংসি মুংশিনবা মরূপ অসিমা কায় জ্বস্তকাস্ত্রগী শক্তিমা লেতদবা চপ লেপ্তে।

রাম—ইবুঙ্গো ! লব ! থুৎলাই থামজিল্লো ; চন্দ্রকেতু ! মহাকন্ন তাক্কুমা লৈখিবা অমসুং মখৌ তৌব্রবা লাম্বীশিংগী মথক কাজিল্লু।

লব—পিতৃদেবমা তাকপীঝ মতুং ইন্না—( অসি হায়বগা ধ্যানগী- অভিনয় তৌই )।

চন্দ্র—ত্তাকুপীবা মতুং ইমা ( অসি হায়রগা চংথি )

লব—ঐগী জৃম্ভকাস্ত্রগী মথৌ লেপ্লে।

রাম—ইবুঙঙো ! কাপথোকপা লৌশিনবগী সম্প্রগা লোয়ননা জৃম্ভকাস্ত্র
পুম্নমক গুরুগী পাঁউতাকতাগী ফংনবা হাক্কনি।

ব্রহ্মানচিংবা লিয়বা গুরুজনথিবিক্না
বেদগী মঙ্গলগীদমক চহী লীশিং হেন্নবু
তপস্যাবু তৌরগা মশাগীদি তেজগী
মশক ওইবা থুংলাইবু ফংজখিবনি মথোয়না ॥ ১৫ ॥

মতুংদা . ভগবান্ কৃশাশ্ব মুনিনা, চহী লীশিং অমা হেন্না
ছাত্র ওইনা লৈরিবা কুশিকগী মচানিপা বিশ্বামিত্রগী মকমদা
জৃম্ভকাস্ত্র অসিগী মন্ত্রগী মশক ওইবা অথুপ্পা বিদ্যাবু তম্বিখি।
অদুগুম্বা বিশ্বামিত্রনা ঐহোন্দা তম্বিখি, মসিনি গুরু পরম্পরা,
তৌইগুম্নুং কুমায় অসিগী মকমদা তম্বিবকপা গুরুদি
কনাগো ? ঐনা হংলি।

লব—থুংলাইশিং অসি ঐখোয় অনিগী থম্মোইদগী মশানা হেক্তা
থোকচরকপনি।

রাম—( রাখল তৌরগা ) জগৎতা ওইথোক্কবা কয়বু লৈবগে ?
হেক্কোক থোইদোকপা পুণ্যগী ফলনা ওইবস্ত্র য়াই।
অদুগা ঐখোয় অনীগী' চায়বাসিদি কয়িগীগো ?

লব—ঐখোয় ইচিন ইমাও অনী কাইবোক্নি।

রাম—অনিগুবছুদি কনাগো ?

নেপথ্যদা—ভাগুায়ন ! ভ'গুায়ন !

মিংথোগী লাম্মীগা লোয়নবা লাম্থেংনয়ে লবনা

অসি হায়বয়া নহাক্না থোক্লবনি শোয়দনা
অচুমি তাইবংপানবদা মিংথোয়েন হায়বা য়াহৈনা
পুম্মাং ওইনা মাঙসনু ভসি ক্ষত্রিয় জাতিগী
খুৎলাইগী মৈরি পুম্নমক পূংমুৎ ওইনা মুৎসনু ॥ ১৬ ॥

রাম—ইন্দ্রনীলমণিগী মচুমল্লিবা কুচুমা
অঙাং অসিনা কনামো অমুবা অমোবা মোংনা
লুম্না থোঙলকপা মতমদা নৈলশাৎলিবা কদম্ব
বৃক্ষপুম্না ঐহাকপু মখোলনা ভুজুংহল্লিবা ॥ ১৭ ॥

লব—মসি ঐগী ইয়াম্বা আর্য্য কুশনি; ভরতকী আশ্রমদগী হল্লক্লবনি ।

রাম—( পুক্নিং য়াওনা ) অসোমদা কৌশিল্যু ইবুঙো !

লব—কৌশিল্লগে ( অসি হায়দুনা খোঙ থাঙখি )

( মতুংদা কুশ চঙলকপা )

কুশ—( অঙকপা মুঙচাইবা অমসুং ধৈর্য্যগা লোয়নবা নীক্লংচিংদুনা )

মতীক চাউবা বৈবস্বত মনুদগী হোৎনা
মখোয়না ইন্দ্রদেবগী মতেঙ পাংদুনা লাক্লিবা
মাপন চাউবা মীশিংবু তুম্না মাঙহনবগী

মশা মশাদা পকচবা ক্ষত্রিয় মচাগী মথৌমা
মৈবু থাম্বা লাক্লিবা অচুম্বা সূর্য্যবংশগী
মিংথৌশিংগা লোয়নমা শ'খেং লাম্নেংমরবদি
অমংবা থুংশু থুংলাইগী মশেক মঙাল খিবিক্ল'
আরতিদি তৌখ্রবা লৌশিনদি তিল্লবা
লৌরুং অসি ঐহাক্কী থাগৎবিঙাই ওইগনি ॥ ১৮ ॥
( অসি হায়রুনা চাউথোক লেমথোক্লা থোঙখাঙখি )

রাম—ক্ষত্রিয় বালক অসিদা খে'ইদোক তেম্নোকপ মিপ থোকপগী মতৌ অম লৈরি। মরমদি

মরোল অচুমগী জীবগী মথৌমাবু মাপীগুম
থম্মুনা য়েংবা মিৎয়েংবি মাপলগা লোয়নবা অতপ্পা
খোঙপাং অসিমা পৃথ্বীবু মমথবগুম্মি য়েংবদা
অঙাং ওইম ওইমমক চীংগুম লুম্ব' মতৌবু
পুম্মনা মহাক অসিমা শরাইবা বীররসম'
চন্দ্রগ' মাপল কৌবমা লাক্লিবরা কৰিমো ? ॥ ১৯ ॥

লব—( চঙশিল্লগা ) আর্য্যগী জয়।

কুশ—ইবুঙো ! "লাব" হায়বা পাউ অসি করিনো ?

লব—করিস্তু লৈতবা লাননি। মাপন পূম্নমক থাদোকপিরগা মসিগী মাঙ্কা মোল্লুক্লা লৈবয়ু।

কুশ—করিগী ?

লব—কৈবিন্নিবসি স্বয়ং রঘুপতি মক্নি, ইচিম ইমাও অনীমকপু মহাক্না য়াম্না চামবিন্নি, তাদগা য়াম্না মরুমিংলি।

কুশ—(রাথল থল্লগা) রামায়ণ কথাগী মায়ক,বেদ লক্সৈবু ভাক্লিবা অদুনা ?

লব—মামি হোয়।

কুশ—মহাত্মা অদুবু উন্নজবদি মহাপুণ্যগী মশাক্নি, ঐনসু পামজবনি; অদুবু কয়ন্না য়োকুগদগে হায়বদু লেপ্পা ভমদ্রি।

লব—গুরুজনশিংগী মফমদা চঙজবা হৌনবগী মবোঙদা চঙবিয়ু।

কুশ—হেন্না! করিগী ?

লব উর্মিলাগী মচানিপা চন্দ্রকেতু পূকচেল ফজবনি অমসুং অকবা শীমি; মহাক্না ঐবু সুংশিবা মকুশ হায়দুনা মকুপকী লীচৎনা ঐবু পেলহল্লি। মাগী মবাদগী রাজর্ষি অসি ধর্ম্মগী মতুংইন্না ঐশ্বোয়গী ইপামি।

কুশ—হৌজিক ক্ষত্রিয়দসু মোঙবা তাম্বিবা!

লব—মাগী মুক্তি, মথোনা অমসুং চীংলেম্বা মতৌ উৎমগা মথৌ পুন্নমক মীওইবনা ভোঙমদবা ভাক্তুনি হায়না অসুমাম তৌবা য়াবা মহাপুরুষ অসিবু আর্য্যনা মিৎয়েং তাবিসি।

কুশ—(য়েংলগা) অঙকপনি! কয়াদা

ভরু ভরুবা মুর্ত্তিমো অশেংলবা থোনামো

চরিত্রবনু মসিগী কাব্যগী মশক ওইনবু
রামায়ণগী কাবনা লেংখোকখিবা মতীক চায় ॥২০॥
(মাক্তা চওশিল্লগা) পিতঃ! বাল্মীকিগী শিষ্যনা গুরুমজরি।

রাম—আয়ুষ্মন্! চঙলকউ লাও।

ঈশিংনা মুংদা থল্লবা মোংগুম্না খোৎলবা
নশাবু ঐনা কোয়িংই মুংশিবনা ময়ম ওইদুনা ॥ ২১ ॥
( কোল্লগা মথন্দা ) মিপা মচা অসিবু ঐগী ইচাবনে কয়িনো?

হকচাং শরুক থুদিংদৈ মান্নরকপা প্রেমগী
অথোইবা শরুক কুয়বা জ্ঞান হায়বা শরুক্কা
হকচাংদগী থোকখ্রগা লৈবগুম্না ভৌরিবা,
মপুংফাবা মুক্তাইবনা মৈখাইরবা থম্মোইগী
মসতনা শেম্বগুম্বা, অত্তাং অসিনা ঐহাক্কী
হকচাং পুম্নবু কোমবদা থীক্রি অমৃত রসবু ॥ ২২ ॥

লব—পিতঃ! সুমিৎ মৈশা কনমথন্ত্রে, সালবৃক্ষগী মরুমদা
পিতৃ দেবনা মতম থম্মদং (লেঙণীবরিসি।

রাম—মত্তনা পাম্বদুম্মত্তায়। ( পুম্নমক চত্তুনা কনখি )

মোজ্জবা মতম মতুস্থ কুশ-লব অমীনা
লেম্না ফম্বা চৎপসু সাম্র'জ্যগী লক্ষণণি ॥ ২৩ ॥
পুক্লীং হুবা মত্তালনা ভয়ংবা রত্নদা চত্তবগুম,
লৈহি মরিক্কা অশাংপা থম্বাল লৈরাংদা চত্তবগুম

* সাম্রাজ্য—সার্বভৌম, রাজ চক্রবর্ত্তী ওইদুনা পানবা।

মশাখা লোয়নজরকপা মহাক্লনদি থোইদোকপা
মীপুম খুদিং পেনহনবা ফজবা হকচাংদা ভুংজরি ॥ ২৪ ॥

অহাং অমী অসিগী মশাদা রঘুকুলগী অহাংশিংগী মাগ্নবা শককম হেন্দোক্লা লৈবস্ত উরি।

অমি অসিগী কুচুদি চঔ যাম্নবা খুন্নুগী
মখোয়রিগী কুচুনি, মরেংজুম্না অনীগী
যণ লাবগী মরেক্তগুম থাবা লিংবা লৈবনি,
মেমস্ত নেমদে বাংস্ত বাংদে পাম্বোম মরু অমীবা,
পুকতপ্পবা মোংশাগী মিৎয়েংগুম্বা মিৎয়েংনি,
*মঙ্গল পুঙগী পুঙখোলগুম গম্ভীর ওইবা মখোলনি ॥২৫॥

(মুম্না য়েংলগ ওন্থে কপনি! অমীগী মুর্ত্তি অসিদি ঐগী ইশাগদা মাম্নবা নত্তে।

অহাং অমী অসিনা মীতাগম্ব মাগ্নর,
মুম্না মুম্না য়েংলগা খহলকই শোয়দনা।
মোবা ফুগাইবা শাৎলবা থম্বালগুম্না ফজবা
মায়থোং চাম্নবী সীতাগী উরি হম্না অমুকস্ব ॥ ২৬ ॥
মুক্তাগুম্না লুরবা থাগী মহালনা মীংথিবা
চিমথাব অসিস্ত মহু'ন, ফজরবা মাকোংস্ত
সীতাগী মাকোং'চুমক্লি, তৌইগুম্বস্তুং মসিগী
মমিৎ অমীদি অহাংবা মুবা অনী যাবশাইবৈ,
অচুম অচুম ওইবমক মায়ৈ ফজবনদি ॥ ২৭ ॥

---

* মঙ্গল পুঙ=মঙ্গলগী মতমদা য়ৈবা পুঙ।

মকম অদুদা সীত থাদোকখিবা বাল্মীকি মুনিগী মন অদুমু মসিদি, শারোঙ শাদ, চহী মতাঙ অমম্তং মখোমা য়েংবদমু শোয়দনা ইচানি কায়ানদ্রৌ। অতাং অমী অনিনা জৃম্ভকাস্ত্র কল্লখিবগী মরমদা ঐনা থাল্লবাদ চিত্রদর্শনগী মতমদা ঐনা হায়খিবা বাহৈ ভুমক্তনা ফংবনি থাম্ল। মরমদি "জৃম্ভকাস্ত্রশিংদি মথং মথং গুরুশিংবু তাকপিদনদি ফংব য়াবা নত্তে" হায়বসি অহল নম্মশিংদগী ঐনা তশি। ইপুরুংগী অপেনব অমম্তং মুক্তোইবনা চিংনরবা আত্ম বু থাজকল্লি। অদুগী মথক্তে ঐনা সীতাগী গর্ভ অমী শুরে হায়বসি হোজ হোজ থক্তখিবনি।

( পিরাং শিন্দুনা )

ঐখোয় অনীগী প্রেমনা হেল্লবদ, অস্থম অস্থম
অচিকপদা মহাক্না থাজজরদুনমু
ঈকাই নীবী গুইবনা মমিৎ অনী উটাশনখি,
মতম অদুদা ঐহাক্না খুংনা হায়কেৎ নামবদা
মাগী গর্ভ অনীনি হায়রবা শেংনা থক্তলম্মি,
মতম থরা নৈরগা মশামকম্ভ থক্তরনি ॥ ২৮ ॥

( কল্পগা ) অদুদ মখোয় অনীসদা করম তৌখা হংাসগে ?

লব—করিনো অসিদে !

তাইবংপানবগী মফমদা হয়াঙ মুক্তোই পীথবা।
মায়খোংবু ফজহল্ল পিরাংমা নীক্লাভবা থম্বালগুম ॥ ২৯ ॥

কুশ—ইবুঙো !

সীতাদেবী মতুমা কবি পোংশক অমবা।
রঘুনাথগী অরাবা ওইরোইদবা লৈবমা ॥
চাম্নথোইবী লৈতমা তাইবংপানবা অসিমক।
ওইরে উমং কণ্ডকপ খ্যাকক মস্তে মাগী প্রেম ॥
খম্বা নাইরোই কায়নব মরম অসিমা মহাক্না।
রামায়ণ শঙ্কদবা মীশুম হংলি কবিগীদমক ॥ ৩০॥

রাম—( মথন্দ ) শুস্তোকপনি ! অনীগী বাতাং অসিদি সীতাগা মরী শুপ্পনক লৈমদবনি ; অদুমা হংলুতুনা কায়দে। হে চাক্রবা থম্মোই ! খঙহোদনা কবিগী বাৎসল্য প্রেমমা লাঙলক্লি ? মতৌ অস্তুম্না বাবদগী পূক্লিং লাঙলবা ঐবু অতাং অসিনন্থ চানবিরি। করে পূক্লিং কাজিনখিগে। ( কোংনা ) ইবুঙ্গো অনী ! ভগবান্ বাল্মীকিগী বাহৈদগী শিন্থখিবা রামায়ণ সূর্য্যবংশগী অফ মিৎচৎনা শল্লনমি হায়না তাব। মন্থু থরদং তানিংই।

কুশ—মন্থ ঐথোয়না নৈমপ্পবনি ; তৌইশুম্বস্থং বালচরিতগী অথোইবা অধ্যায়গী শোক অমীথক্তি নীংশিংলি।

রাম—হায়বু ইবুঙ্গো !

কুশ—সীতাদেবী রামনা মতৌশামা চানবী ওইবম্মি।
মনাগী শুণনা মহাক্না প্রেমবু হেনগৎহল্লম্মি ॥ ৩১ ॥
অদুম তৌনা রামসু সীতানা নুংশিজবম্মি।
হেন্ন থবায়দগীসু অমীমক্তা থম্মোইনা।
মহৈ মহৈগী প্রেমবু অদুম্মথঙনেবম্মি ॥ ৩২ ॥

কুশ—মন্দাকিনী অমসুং চিত্রকুটগী মনাক নকপা বনদা শান্নবা মতমদা সীতাদেবীদা য়েংহুনবা অ নাথনা শ্লোক অসি খীখিরম্মি—

নংগীদমক নুংপাকসে থম্নুমাল্লে মাঙদা।
অকোয়বদা বকুলগী মপালনা তারি শোংলিক্লুম ॥৩৬॥

রাম—(ঈকায়ব, মোমোন্নবা মীমোক, প্রেম অমসুং অৱাবগা লোয়ননা) অঙাং অসি য়াম্না পঙলি, অদুগী মথক্তা বনদ লৈবম্নি হায়না ঐমা খীডিঙ। হ দেবি! মতম অদুদা পূক্নীং লুম্না পাঙখিবা থোদোক কয়াগী সাক্ষী ওইবা মফম অদুবু নীংশিংবরা? অৱাবমি! অৱাবমি!

রতি লীলাগী মতমগী পরিশ্রমদগী শোরকপা।
হুমাং মরীক্ত ঈংলব, তপ্না তপ্না শীংলিবা ॥
মন্দাকিনীগী নুংশিহনা হুন্দদা কেয়ে কেয়েব ॥
শম্নাংনদি শীল্লবা লাইরকথাঙনা নীংখিবা ॥
কুঙ্কুম চন্দন তৈত্রবস্ত্র থজাই অমীমা লংলবা ॥
কুণ্ডল য়াওদ য়াওদনা নাকোংনা মনীংখিজরিবা।
মায়থোং অদু মহাক্কী উবগুম্নি শংশংনা।৩৭॥

(য়ুম্বীগুম চপ কেপ্তুনা লৈরগা অৱাবগা লোয়ননা)

অৱাবমি!

কুহনা থল্ল থল্লগা শেমগৎ শাগৎলক্লুবা।
মাঙদা শম্বগুম্নবা নুংশিজবা মীশক্লা।
কায়নবা মতমমক্তস্ত নত্তে পুক্নীং কাদবদি।

মাথল অদু লেপত্রগা    তাইবংপাম্বা অসিমক ।।
পূমচাক্ত পূমচাক্ত হাওনেকই মাৈমেন চাকপগুম্ব থম্মোইসে ।৩৮।

নেপথ্যদা—অরুন্ধতী মাগুবা বশিষ্ঠ বাল্মীকি কৌশল্যা ।

জনক মখোয় পূম্বনক    অঙাংশিং থংবৈ তারগা ।।
কিরন্তনা লাকপবু    আশ্রমনা লাপমনখিবনা ।
চহীন অকল ওইবন    কম্বা থাংবা মাদনা ।
পূর্ব্বাংশ ক্ষমা মাজুনস্ত    কম্বা কুইনা চঙলিবা । ৩৯ ।।

রাম—অবাঙনি ! ভগবতী অরুন্ধতী, ভগবান্ বশিষ্ঠ, ইমা অমসুং জনকসু মফম অসিদা । মায়দ করম তৌনা মখোয়বু যেংসিগে (অরাবগা লোয়নন যেংনগা) পিতা জনকসু মফম অসিদা লেঙলক্লিবা । ঐদি বজনা থাম্মুক মারে ।

বংশ অনীগী ফজনা    গুইশেনগী মরীদা
লেপনিরিবা বশিষ্ঠ    মুনিসিংবনা লোল্লিব ॥
মচা অনীগী অদুগসু    সেবাক কর্ম্ম অদুদা ।
পিতাদশরথ জননা    পুন্দুন সুচডাইমখিব ।
উরুবগা ঐচ রু    চৌবা তিংসাগী মরকপু ।
তৌরুবা মতুঙদ    পিতৃসখা জনকপু ।
উজন্দা লম্মোইনা    লাংশং থোক্লা কায়রবনি ।। ৪০ ।।

নেপথ্যদা—কয়াদগী অবাবনো কয়াদগী অবাবনো ।

মচৌশাগী কোম্বরকপ    প্রভাবমক্তা তাইরবা ।

রামবু খংউ উবদা কৌশল্যামচিংবনা ॥
হান্না মূর্চ্ছা কন্ডাখবা জনকনা লৌশিং তাবগা ।
অবাবগী পল্লেংনা ভুংদা বাল্লুবনি ॥ ৪১ ॥

রাম— হ, ইপা ইবুঙো ! হা ইমা ইবেম্মা ! হা জনক !

জনকবংশ রঘুবংশ অমীগী মরম থুদিংগী ।
রাইক কয়া খোক্লকম মহাকপ্পু খোঙাওনরিবা ।
পাপচেল্লবা ঐঙোন্না মখোয়গী খোঙান কান্নদে ॥ ৪২ ॥
কপ্পে, ঐহাক মখোয় অমীবু হরাও হরাওনা কৌরুখিগে।
( অসি হায়রগা কৌগৎখি )

কুশ অমসুং লব—পিতৃদেব অসোমদা লেঙশিনবিরকসি ।
( অবাবগা লোয়নন পূন্নমক খোঙ থাংজিনা চৎখি )

কুমারগী মশক খঙবা কৌবা তরাকশুবা অঙ্ক লোইরে ।

---

# ৭শুবা অঙ্ক

( মতুঙদা লক্ষ্মণ চঙলকই )

লক্ষ্মণ—তাঁরিবরসে ! ভগবান্ বাল্মীকিনা, ঐখোয়গা অকনুং ব্রাহ্মণ, ক্ষাত্রিয় কোম্নুংদা লৈবা অমসুং লৈপাক অসিদা লৈবাশিংগা লোয়নন প্রজাশিংবু কৌরগা অসুরশিং অমসুং

শা উচেকশিং মরক্তগী অথোইবাশিংগা লোয়নবা অচৎচত্তবা মথৱায় পামবশিংবু মশাগী শক্তিনা য়োকনবিয়ে। আর্য্য (রামচন্দ্র) মস্থ ঐঙোন্দা তাকপিখি "ইবুঙ্গো! লক্ষ্মণ! মশাগা লেংজবা কবিগুরু প্রবন্ধ অমথক অপ্সরাশিংনা অভিনয় তৌদুনা উৎকদৌরি, মদু য়েংনবগীদমক ভগবান্ বাল্মীকিনা ঐখোয়বু বার্ত্তনমা কৌবখি; অদুনা যম্ব খোংকম গঙ্গামপান্দা চৎলগা মগ্লামগী ফন্ফম শীল্লু। ঐনস্থ মী অমস্তং লাইগী মশক ওইবা মথৱায় পামবশিংবু মতীক চাব মফমদা ফমহল্লয়ে"।

গৃহস্থ হায়বা আশ্রমদা  
নৈন নৈনা মহাক্না।  
অরাবা মুনিব্রতবু  
হাকপিখিবা আর্য্যনা।  
বাল্মীকি সম্মানগীদমক  
মায়কৈ সোমদ। লেঙলক্নি ॥১॥

( মতুঙদা রাম চঙলকপা )

রাম—ইবুঙ্গো! লক্ষ্মণ! ভাবোকশিং পুম্নমক মফম চানা চানা ফমখ্রেকে। ?

লক্ষ্মণ—আজ্ঞা।

রাম—তৌইগুরুমস্তং কুপ অমস্তং লববু চন্দ্রকেতুবুগুম্না মতীকচাবা মফমদা ফমহন্নগদবনি।

লক্ষ্মণ—মহারাজ ইবুঙ্গোনা রাম্না সুংশিবি হায়দুনা মনাইনা মদুমক শীঙ্গরম্লবনি। অদুগ শ্রীযুতকী থুদা নৈরে, লেঙশিন-বিসি।

( রাম লেঙশিনখি, পুষ্পকস্তু কৎখি )

লক্ষ্মণ—ইবুঙ্গোশিং পুষ্পক ! হোৌগৎলে ।

সূত্রধার—( চঙলক্লগা ) তিনবিরিবা ইবুঙ্গো ইবেম্মশিং পুষ্পক ! সত্যবাদী ভগবান্ বাল্মীকিনা অচৎ চত্তু তাইবংপানদা তাকপিরি "ঐনা ত্তান চক্ষুনা চপচানা উরগা শেংলবা করুণ অমসুং অদ্ভুতরসনা তিন্নবা দৃশ্যকাব্য অমা শেম্লে ; মসিমা খল্লমং-লুবদগী পুষ্পক্ক রাম্না পূক্লীং চঙশিনবিগনি ।

রাম—মতীক চাউরবা, ধর্ম্মবু চপচানা খঙলবা মহর্ষিশিংগী ত্তানদি অরাম খুবম কংহনবনি, সত্বগুণগী মশক ওইবনি, চঙবা ঙমদবা মকম লৈতবনি হায়বসি চিংনিঙহাই ওইদে ।

নেপথ্যদা—হা আর্য্যপুত্র ! হা কুমার লক্ষ্মণ ! লাইবক থীবী ঐহাক বনদা ইথন্দা লৈরি, ভাকপীনবা কনা রাওদে, অসিগী মথক্তা * প্রসব বেদনাসু লাক্লে । হিংবগী আশা লৈত্রবী ঐবু শাহিংচাবজীবশিংনস্তু চানিংলি । লাইবক চাওবী ঐনা ইশাবু হৌজিক গঙ্গাগী গর্ভদা লুপথহনখ্রগে ।

লক্ষ্মণ—( মথন্দ ) অরাবনি ! খনবনা অমা, ধোকপনা অমা ।

সূত্রধার—নিংখৌ রামচন্দ্রনা পৃথিবীকন্যা সীতাবু ।
অচোবা বনদা শীথরে, প্রসববেদনা কংলগা !
মহাক্না মশাবু গঙ্গাগী গর্ভদা লুপচহল্লিরে ॥ ২ ॥

( অসি হায়রম্লগা চৎখি )

* প্রসববেদন = অঙাং উৎহনদাইগী শাউয়েক ।

রাম—হাদেবি ! মিকুপ অমত্তং ভাইরম্মু ।

লক্ষ্মণ—আর্য্য ! মসি, নাটকনি নাটকনি ।

রাম—হা দেবি ! দণ্ডকারণ্যদা লৈমিন্নরকপি ! মঙগী কত্তবা
মন্নাইকর্বসি রামদগী থোকত্রবনিকো ।

লক্ষ্মণ—নাটকত্তা উৎকদবসিডুম মিৎয়েং তাবিসি ।

রাম—বজ্রগুম থম্মোই কল্লবা ঐনা য়েংনবগী শেম শাররনি ।
(মকুত্তদা অত্তাং মিপা মচা অমমম পল্লবী পৃথিবী অমসুং গঙ্গানা
শল্লবী সীতা চঙলকই )

রাম—ইবুঙ্গে ! লক্ষ্মণ ! উখি থঙখিত্রিবা হৌরককম থঙদবা
অমম্বদা চঙশিনবগুম তৌরি; অডুনা ঐবু থরা তাকউ ।

গঙ্গা—য়াইফবি ! সীতে । তপথথে', লাক্লে অফবা মন্নাইবক ।
রঘুবংশ কল্লবা ঈনুঙদা পোক্লে মচা'নী ॥ ৩ ॥

সীতা (পুক্নাং তপথরগা ) ইরাইবকফবনা ইচানিপা অনী পোক্লে ।
হা আর্য্যপুত্র !

( অসি হায়রগা বাম্থখি )

লক্ষ্মণ—( রামগী মথোঙদা তুত্রনা ) আর্য্য ! আর্য্য ! ঐথোয় লাইবক
ফগৎলক্লবনি । রঘু শাগৈগী য়াইফ মতোল থোক্লক্লে । ( উরগা )
অরাবনি ! অরাবনি ! আর্য্যদি পিরাংমক্তনা হকচাং থুমতুনা
বাম্থবিররা ! ( অসি হায়ডুনা ছমাই ছন্মি )

পৃথিবী—ইবেম্মা ! লৌশিং তারো, লৌশং তারো ।

সীতা—( লৌশিংতারগা ) ভগবতি ! ইবেম্মবু কনানো ? অসিমনা কনানো ?

পৃথিবী—মসি, নঙগী শ্বশুরকুলগী দেবতা গঙ্গানি ।

সতী—ভগবতি ! ইবেম্মবু খুরুমজরি, ইবেম্মবু খুরুজরি ।

গঙ্গা—অশেঙবা নরমচৎনা হেন্নকপ রাইকবগী মচাক মরলবু কংজরো ।

লক্ষ্মণ—খোজানবি ।

গঙ্গা—মসি মঙবু পোকপীনি ।

সীতা—হে ইমা ইবেম্মা ! কিবন অসিদা মঙমা ঐবু উথুবা !

পৃথিবী - লাও, ইমাগী ইবেম্মা ! ( অসি হায়রদুনা সীতাবু কোল্লগা- রাম্লখি )

লক্ষ্মণ—( মুঙঙাইবগা লোয়নবা ) লাইবক ফদুনা পৃথিবী অমস্তুং গঙ্গা দেবীনা আর্য্যাদা চঙ্জকম পীবিরে ।

রাম—( উরগা ) থোদোক অসি থোইদোক্ন বানবগী মশক্কি ।

গঙ্গা—পুন্নমক খাঙবা ভন্বী পৃথিবীমক্কসু মচাগী অরাবা ফংলি, মরম অসিনা মচাগী প্রেমনা পুন্নমক্কগী হেন্নি । মক্ত্রগা মচাগী প্রেম হায়রবসিদি খাইমক্কি মকমদা চপ মান্নবা মরামগী লাং অমস্তুং থরার পানবশিংগী থম্মোইমুংদা লৈবা ককপা ঙম্মোইদবা সংসারবু তাইশিন-কাক্তিন্নবা-লংগী মশক্কি । ইবেম্মা ! বিদেহ- নন্দিনি ! দেবি ! ধাত্রি ! নখোয় পুন্নমক ! পুক্নীং তপথবিয়ু ।

পৃথিবী—দেবি ! সীতাবু পোকপী ঐনা করম্না পুক্নীং তপথগদগে ?

কন্নামুক কুইনা সীতানা অরাবা কয়াগা লোয়নবা
হিংচাবশিংগী মরক্তা অহানবদা লৈক্লরে ।
অনীশুবা থোদোক্কুদি তাবদা হঙ্গোইনবনি ॥

লক্ষ্মণ—মথবায় পামবশিংগী মফমদা দেবতাশিংনা উৎবা থক্তনবা লৈতবনি; অমুক খোইদোক্লা গঙ্গাম। মমম অসিনা ইবেম্মবু খুৎ অনি লোম্নমা মনাইনা থুরুংজরি।

রাম—ইমা ইবেম্মা! মহাক্লা ভগীরথদগী হৌবদুনা মথক্ত মথক্ত থৌজানবিররি।

পৃথিবী—দেবি! ঐদি মতম লৈবা থিবিক্তা মখোয় পুম্নমকপু চানবনি। তোইগুম্মমূং মচাগী অরাবদি হায়কেৎ থাজমদবনি, অদুমা ঐনা অদু কায়খিবনি, সীতাগী মফমদা লৈবা রামচন্দ্রগী প্রেমঅদু ঐনা খঙদবদি নত্তে।

কাইগী শোংদম্না ইচা সীতাবু থাদোকখিবদা॥
পুক্নীং রারবা রামনি, মশাগী খোইদোকপা ধৈর্য্যনা
অমদি প্রজাগী পুণ্যনা কিংদুনা লৈজরিবনি॥ ৭॥

রাম—গুরুজনশিংদ মচা মশুশিংগী মফমদা ইচান্দা চানবিবনি।

সীতা—( কপ্না কপ্না মথুৎ লোম্নদুনা ) ইমা! নচাবু মশাদা তিলহনবিয়ো।

রাম—করি তাকপিরকদগে?

গঙ্গা—চহী লীশিং অমা চুপ্না হিথ্যে।

পৃথিবী—ইবেম্মা! মচানিপা অনী অসির কুপ্নঃ শেমগদবনি।

সীতা—ঐদি মপু পান্দবীনি।

রাম—হে থম্মোই! ত্রজগী মশক ওইহনা!

গঙ্গা—মবুত্তে হিংলিত্তমক্তদা করিগীদমক মপুপান্দবী ওইরিবা?

সীতা—লাইবক থীবী ঐনা কয়ম্না মপুপানবী ওইগদবা?

গঙ্গা। অমসুং পৃথিবী—জগৎকি মঙ্গল পীরিবা মশাবু করিগী থোওইদ্রি।

মঙ্গা। নৈনরুবা মন্নীনা থোইনা শেংলি ঐখোয়সু ॥ ৮ ॥

লক্ষ্মণ—আর্য্য ! তাবিসি।

রাম—অতোপ্পশিংনা তাসনু।

( নেপথ্যদা লাউথোংলকপা )

রাম—থোইনা অঙকপা অমা থোক্লুবা তারে।

সীতা—অতিরানা পুমডাল ভাল্লিবা করিগীনো ?

গঙ্গা—অমসুং পৃথিবী—খঙলে, খঙলে।

কৃশাশ্বনা অহানবা বিশ্বামিত্রনা মতুঙদা।
রামনা মন্থুগী মতুঙদা তাকপিখিবা মখোয়বু।
খুৎলাইশিংমু কোঙলক্রে জৃম্ভকগা লোয়ননা ॥ ৯ ॥

নেপথ্যদা—সীতে ! দেবি ! মহাকপু খুরুমজরি ঐখোয়না।

মচামিপা অনীনা ঐখোয় খিবিকী উপায়নি।
চিত্রদর্শনগী মতমদা মসিমক রামনা তাকপিখি ॥ ১০ ॥

সীতা—ঐখোয়গী ইরাইবক ফবনা * অস্ত্রদেবতাশিংনা শক কোঙবিরক্রে।

লক্ষ্মণ—আর্য্যনা তাকপীখি—"শোয়দনা মচাশিংগী মথুৎতা য়োরকখিগনি।"

রাম—খুৎলাই অখোইবা নখোয়বু খুরুমজরি। মখোয়বু কংজবদগী

* অস্ত্রদেবতা = খুৎলাই শেমবা লাই।

ধন্য ওইজবনি। হেক মীংশিংজয়কপদা ইচাশিংগী মকমদা
য়োবিরকনি ।

থুংলাই অথোয়বা মথোয়বু          থুরুমজরি ঐহাক্না।
কংজবদগী মথোয়বু          মহৈ য়াম্নখিবনি॥
হেক্না মীংশিংজবদা          ইচাগী নাক্তা য়োবিনি।
মতম পুন্নমক্তা মথোয়গী          মঙ্গল ওইবা ওইসনু॥১১॥
পাখংলবা অবাবগী          ঈথকতো অঙকপা।
অমসুং মুডাইজবগা          তিন্নরুবদা মখীক ওইনা।
হৌজিক্তা হাইকম থজবা          কিতম অমা ওইখরে॥১২॥

গঙ্গা অমসুং পৃথিবী— মুডাইজয়ো, ইবেম্মা ! মুডাইজয়ো !
মচানিপা অনীমক হৌজিক রামভদ্রগা মান্নরবনি।

সীতা—ভগবতী অনিমক ! মথোয় অনীগী ক্ষত্রিয় মচাগী তৌকম
থোকপা মথোবু কনানা পাঙথোকপীগদগে ?

রাম—বশিষ্ঠনা ডাক্লিবা          রঘুবংশগী থারাবু ।
হেমহল্লিবী সীতানা          মচানিপা অনীগী ।
সংস্কার তৌবিগদবা          মীবু কংদ্রে'রাবনি॥ ১৩ ॥

গঙ্গা অমসুং পৃথিবি—ইবেম্মা ! অয়েম্বদা খল্লুগনু। ময়মদি থোম-
খাইয়বা মতুংদা অঙাং অনীবু ভগবান্ বাল্মীকিগী মকমদা
কৎচরুগনি, মহাকমক্তা অনীমকি ক্ষত্রিয় মচাগী হৌবখা
সংস্কারগী থবক পুন্নমক তৌবিরক্ন। ময়মদি
শতানন্দ, বশিষ্ঠ          ঋষি অনিমা জনককী ।

রঘুগীদি বংশগী গুরু ওইবগুমদুনা।
বাল্মীকি ঋষিন্দু বংশ অমীগী গুরুনি॥ ১৪ ॥

রাম—ভগবতী গঙ্গাগা পৃথিবীগনা থমবিরিবা বাখল রাঙ্গা চুম্বনি।

লক্ষ্মণ—আর্য্য। মমাই ঐমা থাঙ্গৈশেংনমক মরমনিং অসিনা কুশ অমসুং লবনু সীতা দেবীনা পোকপা মচানিপানি হায়না খল্লরবনি।

অমী অসি পোকপদগী থুংলাই লোয়ননরকপনি।
বাল্মীকি হায়ব' মুনিনা সংস্কার 'পুম্বা তৌবিগ্রে।
চহি তরানিথোই শুথরে অকম অথৌ ওইরক্লে॥১৫।

রাম—ইবুঙ্গো! অদুমনীদমা হরাও শুভচাইবমা ইপুক্নীং শাঙবদে! অদুমা মরম ওইদুনা ইঙ্গক ভকপনিদমা!

পৃথিবী—লাক্লো ইবেম্মা! পাতালবু শেংদোকপিরো।

রাম—চায়বি! হে ইবেম্মা! অতোপ্পা লোক 'মদা চংখ্রবোইরেকো।

সীতা—ইমা ইবেম্মা! মচাবু নশাদা ভিনহলবিরো; মচানা তাইবংপানবগী অহোংবা কিবম অসি পুবা থাংবা ভমজত্রবনি।

রাম—করি হায়মা থুম্লক্কবা?

পৃথিবী—ইবেম্মা! মচানিপ অশীসিনা খোমথাহত্রিইকো ওবদংদি মহাক্না য়েংথিদুন। লৈয়ু; মতুংদদি নঙনা পাম্বগী মতুংইন্না।

গঙ্গা—অদুমক্তি তৌগদবা।

( মতুংদা গঙ্গা, পৃথিবী অমসুং সীতা চংখি )

রাম—সীতানা করম্না লোক অমদা চৎখ্রবা ! হা দেবি ! দণ্ডকারণ্যদা লৈরিবৈগী চান্নরবি মরুপ ! সতীধর্ম্মদা লাইগুম্বি ! অতোপ্পা লোক অমদা চৎখ্রবোইরেকো। ( অসি হায়রগা বাম্থখি। )

লক্ষ্মণ—ভগবন্। বাল্মীকে ! ঙাকাপয়ু, কনবিয়ু মহাক্কী ক্যব্যগী কায়ববু অসিরা ?

নেপথ্যদা—আতোদ্যক* লেপ্লে লেপ্লো। অচৎ-চত্তবশিংগা লোয়নম্বিবা মর্ত্ত্যবাসী অমসুং অমর্ত্ত্যবাসী থবায় পানবা পুম্নমক ! মহর্ষি ভগবান্ বাল্মীকিনা অঙকপা শেংলবা অমথক তাকপিরক্লিবসি য়েংউ।

লক্ষ্মণ—( য়েংলগা )

মৈবদগী মতাগুম    গঙ্গাজলনা পাখৎলে।
লাই অমসুং ঋষিনা    অতিয়াসি শীনখরে। ॥
গঙ্গাগা পৃথ্বীগা লোয়ননা    আর্য্যা সীতা দেবীনা।
ঈশুভদগী কায়াক্লু    অঙকপগী মতৌনি ॥ ১৬

নেপথ্যদা অমুকসু—

তাইবং পানবা খিবিক্লা    ঈয়াৎনিঙাই গুইরিবি !
অরুন্ধতি ! ইবেম্মা !    গঙ্গা পৃথিবী কৌজবী ॥
ঐখোয়নীবু পেলহল্লু    নমো নমচৎ শেংজবী।
সীতা দেবী অসিবু    নঙোন্দা শিন্নজনমগে ॥ ১৭ ॥

---

*আতোদ্যক=বীণানচিংবা বাদ্যবু তত, মুরজনচিংববু আনদ্ধ, বংশীনচিংববু সুষির, কাংস্যতালনচিংববু ঘন কৌই। মখল মরী অসি পুল্লগনা আতোদ্যক কৌই।

লক্ষ্মণ—অকবা লাইবক্ল।—অঙকপা! অঙকপা! আর্য্য। মিৎয়েং তাবিয়ু। মিৎয়েং তাবিয়ু। অরাবনি! হৌজিক কাউবা জ্ঞান তাবিদরি।

( মকুংদা অরুন্ধতী অমসুং সীতা চঙলকই )

অরুন্ধতী—ইবেম্ম! জানকি। থীমগনু ঈকাই থীবা তৌগনু। শোকপদা মুঙচাইবা মথুংদা রামভদ্রবু তেকথৎহল্লু॥ ১৮॥

সীতা - ( তাপ চঙডুনা শোক্লগা ) আর্য্য পুত্র! জ্ঞান তাবিয়ু।

রাম—( জ্ঞান তারগ মুঙচাইবগা লোয়নমা ) ওঃ! করিনে। অসিদে! ( য়েংলগা মুঙচাইবা অমসুং অঙকপগা লোয়নমা ) সীতা দেবীনিন। ( ঈকাইবা অমসুং মোমোন মোকপগা লোয়নমা ) ইমা অরুন্ধতী, ঋষ্যশৃঙ্গ অমসুং শান্তাগা লোয়নমা গুরুজন পুম্নমক মুঙচাইবিরে।

অরুন্ধতী—ইবুঙঙো! ভগীরথবংশগী লাইরেম্মী ভগবতী গঙ্গাদেবীনা থোইদোক হেন্দোক্লা পেনবিরে

নেপথ্যদ—তাইবংপানবম্মপু! রামভদ্র। চিত্রদর্শনগী মতমদা ঐহোন্দ তাকপিখিব মরাহে অদু নীংশিউ "ইমা! অরুন্ধতীনা তৌবগুম্না নমোমুপী সীতাগী য়াইফ রাখল থনবিয়ু" ঐহাক্না মরম অদু পাঙথোকচত্রবনি।

অরুন্ধতী—মসি নমেম্মোক পৃথিবীনি।

নেপথ্যদা—মমাঙৈদা মচা সীতাবু থাদোকপা মতমদা ইবুঙঙো মহাক্না তাকপিখি "ভগবাত! পৃথিবী! থাগৎনীঙাই ওইবা

সীতাবু য়েংবি ধীবিয়ু " মহাক্তি ঐখোয়গী মপুম্ব অমস্তুং ইয়াম্ব ওইবনি। অদুনা নয়াথং ঙাকচত্ত্ববী ঐনি ।

রাম—অৱাবনি। ইয়াম্না ইপোৎ ফাব্রবা ঐঙোন্দা ভগবতী গঙ্গা অমস্তুং পৃথিবীনা চানবিরি। অদুনা নখোয় পুম্নমকপু খুরুমজরি।

অরুন্ধতী—লৈবাক অসিদা অমস্তুং কোনুং অসিদা লৈরিবা মী পুম্নমক্ব ঐহাক অরুন্ধতীনি। ভগবতী গঙ্গা অমস্তুং পৃথিবীনা থাগৎপগা লোয়নবা সীতাবু ঐঙোন্দা শিন্নবিরে, মমাঙৈদস্তু ভগবান্ অগ্নিদেবন মাসিবু লমচৎ কায়দবীনি হায়না লেপ্লিখ্রবনি; ব্রহ্মাগা লোয়নরবা লাইশিংনস্তু সতী অখোইবীনি হায়না থগৎ-বনি; অদুনা সূর্য্যবংশগী মো ওইবী অমস্তুং যজ্ঞভুমিদগী পোকপী সীতাদেবীবু রামচন্দ্রনা অমুক হন্না লৌশিনবিরসনু হায়রবু লৈপাককী করি মত লৈবগে?

লক্ষ্মণ - আর্য্যা অরুন্ধতীনা থিরপ হায়রবা প্রজাশিং অমস্তুং মথৱায় পানবা পুম্নমক্না আর্য্যা সীতাদেবীবু খুরুমজরি অদুগা মায়কৈ ঙাকপা লাইশিং অমস্তুং সপ্তর্ষিশিংনা লৈয়াং খুজোক্না সীতাগী পূজা কৎচরি।

অরুন্ধতী—হে রামচন্দ্র! জগৎকী মবুঙে!

সমান্না শাবা মূর্ত্তিগী অশেঙবা মরু ওইরিবী।।
মূর্ত্তি ওইবী সীতাবু অশ্বমেধ যজ্ঞদা।
নঙনা ধর্ম্ম কায়দনা লোয়নবী ওইনা থম্বিয়ু।। ১৯।।

সীতা— ( মথন্দা ) আর্য্যপুত্রদি সীতাগী অরাবা কোকপীবা হৈবনি।

রাম— ভগবতীমা তাকপীবগুমগাই ।

লক্ষ্মণ—পূড়পেম পেঙ্গরে ।

সীতা— হিংজরে হিংজরে ।

লক্ষ্মণ—আর্য্যে ! ঈকাইবা খণ্ডেবা লক্ষ্মণনা খুরুমজরি ।

সীতা— ইবুঙ্গো ! অস্তুম ওইমমক মতম কুইমা হিখো।

অরুন্ধতী— ভগবন্ ! বাল্মীকে ! সীতাগী মবুক্তগী থোকপা রামভদ্রগী মচানিপা কুশ অমস্তু লব অনীমকপু পুশিনবিয়কউ।

( অাস হায়রম্লগা চংখি )

রাম অমস্তুং লক্ষ্মণ—অকবা নোংদম্না নীংলম্বতুমক থোক্লরে।

সীত—( মপিতামা অমস্তুং পূক্লিংগী অপাম্বা অমগা লোয়নমা ) ঐগী ইচানিপা অনী অতু কদায়দনো ?

( মতুংদা বাল্মীকি' কুশ অমস্তুং লব চঙলকপা )

বাল্মীকি—কুশ ! লব ! ইবুঙ্গো অনীমক ! রঘুনাথ অসিনা মখোয়বু পোকপামি, লক্ষ্মণনা মখুড়ামি, সীতাদেবীনা অপোকপীমি অমস্তুং রাজর্ষি জনক অসিনা মখোয়গী নমাপোকপা মবুধোনি।

সীতা—( মুঙ্ঙোইবা অরাবা অমস্তুং অঙকপগা লোয়নমা য়েংলগা )

কুশ অমস্তুং লব—তা ! ইপা ইবুঙ্গো ! মা ইমা ইবেম্মা ! হা ইবুধৌ ইবুঙ্গো !

রাম—( হরাওনা কোল্লগা ) অমনা নোংদমদগী ইবুঙ্গো মখোয় অনীবু ঐনা ফংজরবা।

সীতা—ইবুঙেো ! কুশ ! লব ! মচীন মমাও অমীবক চঙশিন্নকউ লাউ। মপোক ওন্নবীগুম্বী মমাবু কুইমা চেক্কেৎনা কোল্লবো।

কুশ অমসুং লব—( কোন্নগা ) পোকপগী মহৈ য়াজ্ঞবলি।

সীতা—ভগবন্ ! খুরুমজরি।

বাল্মীকি—ফিবম অসিদা পুন্সিচুপ্পা লৈম্মো ইবেম্ম !

সীতা—হা ইমা ! ইপা ইবুঙো, কুলগুরু, ইমেম্মোকশিং, মপূর্ম্মোইবগা লোয়নবী আর্য্যা শান্তাদেবী, লক্ষ্মণগা লোয়নমবা মায়খোং মকা লান্নবা আর্য্যপুত্র, অদুগা কুশ অমসুং লব পূম্বমকপু পুন্নপনা উয়ে। অদুনা হয়াওয়ে, নুঙাইয়ে, পুং পেল পেন্নে।

( নেপথ্যদা নিম্নবকপা )

বাল্মীকি—( হৌগৎস্তুনা য়েংলগা ) লবণাসুর হাৎলম্নগা মথুরাগী মপু শত্রুঘ্নসু য়ৌরক্লে।

লক্ষ্মণ—য়াইফবা হায়বসিদি মসী চৎপনি।

রাম—পূম্বমকসি উনা উমমক থাজদবি মন্ত্রগা মসি য়াইফবগী মহৌশানি।

বাল্মীকি—রামভদ্র ! হায়মু—মঙগী পেন্নমবা কবি তৌখো হায়বগে ?

রাম—অসিদগীসু হেন্না পামজবদি লৈতবা মস্তে, অদুমকপু মসিনা মওইরসনু।

ইমাগুম্বী অমদি গঙ্গাগুম্বী অগৎকী।
য়াইফবা পীনগদবা বাম্নি অসিনা পাপতগী।
কোকথোকপীসনু অদুগা য়াইফ হেলহলবিসনু।

শব্দব্রহ্ম থগলবা বুদ্ধি ময়া চেৎলবা ॥
বাল্মীকি মুনিগী অভিনয়না উৎপদা ॥
মতীক চাবা অকাওবা বাহৈ ময়াম অসিবু।
পণ্ডিতশিংবা অভিনয়না ঈকাই খুম্নমসু ॥ ২০ ॥

( অসি হায়রগা পুন্নমক চৎখি )

সম্মেলন কৌবা তম্বেৎশুবা অঙ্ক লোইরে ।

— · — — —

লোইরবা